ꯊꯔꯥꯏ ꯀꯟꯅꯤꯔꯝꯕ ꯃꯤꯑꯣꯏꯗꯨ

# থ্ৱাই কন্নীরম্বা মীওই'দু

ৱা

রী

ম

চা

নোংথোম্বম বিনোদ বিহারী



Nongthombam Publications, Hojai, Assam

# Thawai Kanbiramba Meeoidu

(A collection of Twelve Manipuri Short Stories)

By - Nongthombam Binod Bihari

Shivbari Road, Hojai Assam, 782 435

---


অহানবা ফোঙবা — ফেব্রুৱারী ১২, ২০১০

কপী মশীং — ৫০০

ফোঙজবা — নোংথোম্বম বিনোদ বিহারীনা
নোংথোম্বম পাব্লিকেসন হোজাই
আসামগী দমক ফোঙজবা।

মখুম য়েকপা — কৈশাম ইবোতম্বী সিংহ, হোজাই।

মীতৈ মযেক ইবা — জয় মোইবাংথেম্বা।





মমল — লুপা ৯৫/

লাইরিক ফংফম — (ক) মণিপুরী সাহিত্য পরিসদ ভবন হোজাই।
(খ) অইবা মশাগী।

টাইপ সেটিং — কম্পিউটার জোন, ষ্টেসন রোড, হোজাই, আসাম।

ম্যাম — চিত্রবন প্রিন্টার্চ
১৬৩ রাধাগোবিন্দ বরুৱা পথ গুবাহাটী- ৭৮১০০৩

## ৱাহৈ খরদং

ৱাবী হাযবসি বাবীনি। মবমদি যেলহৌঙৈদগী চৎনবক্লিবা বাবী লিবা, পাবা, অমসুং ইবগী চৎনবী অমা লৈবম্মী ।অসিগুম্লবা চৎনবী অসিগী মনুংদা 'ৱাবীমচা হাযবা অসিগী লিচৎ অসি পুংতোপতোপী। মাগী সূত্র পিবা ওইথোক্তে। মবমদি হৌজিক হৌজিকমক ইবিবা অমসুং চৎলিবা ৱাবী মচা অসি মীওইবা পুন্সিগী অৱা নৃঙাই খোংচৎত্তা ঙৈহাকতং পথাকবা মিকুপ্তা শাগৎলুবা কল্পনা অদুবু ৱাহৈ ৱাতা প্লোট ষ্টাইল, শক্লোননা চিংবা অসিবু ফজবা মওংদা পুবকপা ঙম্বা অদুবু ৱাবী মচানি হাযনবি অদুবু অসিনা লোইবদি নত্তে।

শ্রী নোংথোম্বম বিনোদ বিহাবীগী 'থৱাই কন্নীবম্বা মীওই'দু কৌবা ৱাবী মচাগী লাইবিক অসি খুৎই ওইনা লৈবিঙৈদা পাজবা ফংজবে। ফৱেষ্ট ডির্পামেন্টগী ওফিসাব অমা ওইনা অহিং নুংথিল কাযদনা কল্লবা কর্ম্ম ক্ষেত্রগীপুন্সি অসিদা মহাকনা মতম কাযথোক্লগা সাহিত্যবু পামজকবদগী ৱাবী মচা ইবগি থৌদাং লৌবিবসিসু অঙকপা অমনি। অদুবু মাগী পুন্সি খোংচৎতা থেংনকবা, উনকবা পুন্নমক প্লোট ওইনা পুথকত্তুনা ৱাবী মচা ওইহল্লিবসি থাগৎনিঙাইনি। অহানবা খুৎথাবদা অসি যৌনা লেপ্পা ঙমজবক্লিবা অসিনদি তুংগি পুন্সিদা ইবক্কদোবিবা ৱাবী মচা খুদিংমক লৈকোন্দা লৈশাৎ তম্বা ঙম্বা লৈবাংগুম মহাক্কী ৱাবী মচানা মনিপুবী সাহিত্য লৈকোন্দা শোযদনা লৈশাৎ তমলবগনি হাযবসি থ্রৈগি থজবনি। মহাক্কী পুন্সিদা থৌদাং অসি পাংথোকপা ঙম্বা ওইসনু হাযদুনা থ্রৈনা অর্শিবাদ পিজবি।

তোলেন নামৈবাকপা
প্রেসিডেন্ট
মনিপুবী সাহিত্য পবিষদ, আসাম,
নগাওঁ ডিস্ট্রিক্ট মশা, হোজাই। ১২-০২-২০১০

# Message



J N Hazarika, AFS,
Divisional Forest Officer
Hamren Forest Division
Hamren (Assam)

I am pleased to know that Mr Nongthonbam Binod Bihari has compiled, written and published a book titled "Thawai Konbiramba Meeoidu", a collection of twelve Manipuri short stories I congratulate him in his noble venture to contribute a literary piece I also take the pride that amidst frequent field visits, forest patrolling and official paper works Mr Nongthonbam Binod Bihari is able to pen down such a valuable piece to book lovers I also hope that the readers will reciprocate his book

I wish him success in his first step to literary field and expect more such contribution from him

Date 12 February, 2010
Place Guwahati

**(J N Hazarika)**

কংচবা

৩১ ০৫ ১৯৭২

১৮ ১১ ২০০৭

ঐগী ইমাকনুপা **যাওলেম মনোজ কুমার**, নংবু মামতোননা ঙসিদ্ অকাওবা লৈতনা নীংশিং দুনতা লৈরি। নংনা মনুং মাতম [illegible] খ্বায় পন্নামকপু থাদোক্লমলগা মপুগী খুযাদ তিনখ্রবা [illegible] পাইরিবেননা [illegible] লৈরে [illegible]। নংবু নীংশিংলিবা [illegible] **'থরাই কন্নীবন্না মীওই'দু'** [illegible] লাইরিক রাবীমচা অসি তমরবনি।

নংগী মামাতোন
**নোংথোম্বম বিনোদ বিহারী**
ইং ১২ ০২ ২০১০



## অইবগী ৱারোল

মপান নাইদ্রবা সাহিত্যগী ঈপাক্তা হিমায চুন্না পূবা ঙমজদ্রিবা হি হোন্ননি। অদুবু সাহিত্যগী ফজববা ঈপোমদা তম্রা চাদনা থম্মোযদগী থোবকপা ঈখিল কযাবু ফোংদোকচবনি। ঈতিক ইপা চাদনা পামজবনা মনাৎ ওইবগা পুথোকচবিবা ৱাবীমচাগী লাইবিকসে তশেংনা অঙাংনা মৈ কিদবগী পাংখক্রি। পুন্সিগী থেংনজবকপা অমদি ফংনজবকপা এক্সপিবিযেন্সকী থৌদোক ৱাথোক কযাবু অপাবশিংগী মফমদা চন্না পাউদমজবনি। মকওইনা ঐগী ওঝা লাইবেনলাকপম শ্রুতি কুমাবনা ঐবু সাহিত্যগী লমদা নমদুনা থোংদাহন্ননি। ওঝানা ঐবু মণিপুবী সোর্ত স্তোবি সোসাইতি ইন্দিযানা শিন্না ৱাবীমচা পাবগী দমক হোজাই ককচীং শিলচব অমদি লক্ষিপুবদা থুদোংচবা শিন্নদুনা সাহিত্যগী মহাও অমা পীবিখি। পন্জখ্রবা মফমশিংদা পাজকনা ৱাবীমচা কযাবু পুনশিল্লগা মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ আসামগী গোল্দেন জুবিলিদা লাইবিক ওইনা পুথোকচনগে হাযদুনা থম্মোযদা খলকখি। মসিদা মীৎযেং থম্লগা হান্না ইদুনা থমখিবা অমদি অনৌবা ৱাবীমচা খবগা থোমজিল্লগা লাইবিক ওইনা পুথোকচবনি। যান্না লিক্লবা মতমদা ডি টি পি তৌবিবকপা ইনাও শ্রী কবন ববা অমদি শ্রী দেবকুমাব বম্মনবুসু ঐনা থাগৎচবি।

অবোযবদা পাবিবিবশিংগী মফমদা লাইবিকসি শিন্নজবি।

অইবা

নোংথোম্বম বিনোদ বিহাবী

শিববাবী বোড, হোজাই

# যাওফম তাকপা



*

# থৱাই কন্নীরম্বা মীওই'দু

ৱাকচিং থাগী নোংমা নুমিদাং অহিং ঐগী মংলানসে নুঙাইমন্দনা অহিং মযাইদা মংফাওনবে। মংফাউববা ঙহাক্কী মতুংদা ঐ মখা অমুক তুমথকবা লৈতনা হৌগৎলগা মাংগোলদা খেৎলিবা পেন্দুলামগী ঘড়ীদু যেংলুবদা তাঞ্জা চাবা হাযবদুবা খদক্তা পুং অনিগী তাম্বাগা লোযননা তং তং অনিবক। মখা কবিসু খন্নদনা ঐ ঙহাক ফমথবগা খংলে মতমসে অহিংগী পুংশিং অনি ।

কবিনো ঙসি মংলানসে হাযবগা ঐ মখা অমুক তুমথখিবা লৈতনা অহিং অদু নোঙান ফাওবা ঙাইখি।

খুৎতা মোবাইল ফোন পাযখৎলগা ইনাক্তা নুঙাযনা তুমলিবা ঐগী নূপী ইচাশিং হৌদোকলশিবা খনখি। অমুকসু খল্লকখি মংদা ওইববু তাইবংদা ওইবা যাদে।

ঐনা ঐগী নূপীদো হৌদোকলগা হাযখি, কবিনো মংসে নুঙাইতেদা।

মহাকনা হাযখি মকু মংলাননি হাযনা লৌ। তুম্বদা যাহিপ ওন্নবা ওইবমগনি। ঐনা মখা অমুক তাখিদনা ইতোমতা খনখি।

মোবাইলগী ফোন বুক হাংদোকলগা ঐগী বেঙ্গালোবদা চার্টাব একাউন্ট তমলিবা ইমাকনুপাদা দাইল তৌগে হাযনা খল্লিঙৈ ঐগী নূপীদি অমুক তুমথগ্রে, কবিগীসু তুমথবোই, লৈবিবা যুম ইথ্মোল থবক শুবা মীওই কযাবো ম য়েংশিনবা লোযননা পিকলিবা অঙাং অনিদোহোৎনবদা চোকথবব হকচাংনি।

-বিং ওইনা ওইনা মোবাইলদা নট বেসপোনডিং নেটরক বীউজি হাযনা হেক্তা থোকলকপা।

-ঐ রাখলসে খোইবাং খৌইজাউখি অমুক্কসু খল্লকখি অহিং মমৈওইখিবনা নুঙাইনা তুমথখিবা মতাং ওইবমগনি হাযদুনা থম্মোযসে ঙহাক চাওথোকচখি। ঐনা নিঙমদবা রাখল অমগা লোযননা হজ্জিননা মোবাইলদা দাইল তৌখি।

-হেল্লো ইবুঙোবা। নং কবম তৌবি অনা যেক যাওদবা হাযবা খুদক্তা খোনশুদবা খোল্লাওদা যান্না অরাবা স্মুব অমগা লোযননা "মামতোন্ ঐ অমুক হননা নখোয মযামগা উনখিনি হাযবা উদে" হাযবমলগা মোবাইলদু সুইচ ওফ ওইখিবা মাল্লে।

নুঙানলমদাই পুংশিং মবিমুক তাবদ ঐ অকিবা নৈতনা কিলোমিটাব মবি মঙা লাম্প ইচেখোযগী মযুম তান্না ঐগী মল্লবা স্কুটাবদো থৌবগা চৎলি, ইচেখোযগী মযুম হেক যৌবগা মখোযগী থোঙানগী গেট হাংদোক্কে হাযনা হেক তৌবদা মখোযগী লৈবিবা হুই কালুদো চেনথোকলগা কবিশুস্না পাউ নুঙাযতবা তমগে মতানি হজ্জিন হজ্জিন খোংলগা ওং ওং ইনাক্তা ঙাথকববকই।

-ঐসু হে কালু নংবু কৈদৌবগে, কবিনো নংনা ঐঙোন্দা হাযনিংলিবা পাউদো।

-ঐগী ইখোন তাবদা অহল ওইববা ইবাই ১সুং ইচে চেনথোবকলগা খোলাও থোকনা কপখি।

-ঐ ইচেদা ওনশিনলগা লোযশিনল্লো, থংনবা মী তাখিবগা নোঙানলমদায মতমসিদা নত্তবা থনখিগনি।

-ইচেনা ঐঙোন্দা হাযখি নংদি কবম হাযনা পাউ তাবিবা।

-ঐনা যান্না ঙকনা পাউ হাযবদি। নঙোন্দা ঙবাংদগী পাউ অসে ফোনদবা হাযখো, নবাই না পি, চি, ও বন্ধ, ফোন চংদে হাযবনা পুন্না। ঐনা মখা তাথনা ঙহাক ফমথবগা, ফবে কবি কবি পাউপুন্না তম্মুসে ঐঙোন্দা-

- ।

ইচেদি অম্মুক্কসু ইমাকনিপাগী মমিং কৌবগা কম্পা হৌখ্রে, ইবাইনা হাযফেৎ শাওবপনা নখোয নুপীগি ব্রাবি তান্নবা যাদবসে হৌবকলে। ইবাইনা মখা তাথখি, ইবুঙোদো হন্দক মবকসে মশা যান্না কন্না ঙমদে হাযদুনা ঙবাং ফোনদা হাযবকই।

-ঐনা মতৌ কবি কবম হাযনা মশা ঙর্মদ্রিবা হংলুববা? ইচেনা মখা তাথনা মশা নুঙাইতবা চাবা থকপা যাদবা কুযবে হাযনা থামুক্কী মমাংদা নোংমা হাযবকই। ঐনাদুম ফজখিনি লৈবিবা হোটেলদগী  মবক মবক্তা শা ঙা অহাউবা লৈবগা চাও হাযখিবনি।

ঐসু চিংনবা হেনশিনলকলে, অমুক্কা ইচেদা হংখি  মমানকী টেলিফোন লৈব্রা? আঃ শিলংদগী মহাক্কা হোস্টেল পুননা লৈমিনবা খাসি মমান্নবা অমগী ফোনদি লৈ হাযদুনা চেচ অমদা ইবস্না নম্ববদো পুথোবকই। হাযনা হাযনা অযুক্কী পুংশিং তরুকমুক তাশিলক্রে। ঐনা মখোযগী মমাংদা ফত্তবা পাউ ওইবমলবদি তাহনিংদবা, ঐগী মোবাইলসে ফোন তৌবা যাদে হাযবমলগা পিসিও দগী খবব অশেংবা লৌবগা লাক্কে হাযদুনা থোবকলে। ঙহাক ইচেখোযগী যুমদগী থোবকপা শাশিননবা ওইনা চৎখো বকলগা অমুক্কা হন্না ইমাকনিপাগা লৈমিনবা খাসী মরূপ অদুগী মোবাইলদা ডাইল তৌখি।

হেল্লো, হেল্লো-

ইযেস, ঐ অসম হোজাইদগীনী,

হাযবিযু ''ঐগী ইমাকনিপাদো মতৌ কবন্না নাবিবনো'' যাকাদি অমুক্তং মোবাইলদো পাযহনবিযু। অংকল মহাক্কী মোবাইল পাইবা যাদ্রে , ঐনা যান্ন ঙকনা ''কবিগী''।

-ঙবাং মহাক্কী মশাদো যান্না অনাবা হেনজিনলকবদগী খুদক্তা ঐনা নর্সিং হোমদা এডমিশ্বন তৌহল্লে ''লোযননা হৌজিক হৌজিকনা আই সি ইউ দা''

অহানবদদি ঐ ইপা পাখৎলুবে লমক্তা নহামচা শিংনা লাইবিক তন্না লৈবসে ওকতবা সঙ্গ তিনদুনা মখোযগী ফওবা আঃ লৈনা তাহি-তাহৈদব এইডস হাযবদুবা ? মখা তাথনা ''মদ্দি মও নহাক্কী কিডনী অনিমক ফেইল ওইবে''

' ওগ্রোকর্পনিদা ইচেখোযগী মবাইবকসে শাগি মুৎপা তাবেদো হাযবগা ইতোমতা খোত্রকতপা খঞ্জেলদা কপচখি।

মতুংদা পাউদমদবা যাদবনিনা ইচেখোযদা পাউসে তমলুবা খুদও ইচেখোযগী মযুমদো কম্পা লাউবদগী মীপুম পুন্নমক লাইকন্নবে। ঐনা থম্মোয খবা চাওথোকলগা ''নখোযনা ফিভম অসুন্না তৌববদি লমদম তান্না কনা শক খংনদবা লৈবিবা অঙাং কবম্বা মওংদা''

ইচে অমসুং ইবাইনা ঙহাক খন্নবগা কবিনা ঐখোযনা হৌজিক তৌগদৌবীবসে'' মহাক্কী লাইবিক তমনবগি থাগী শেনফম থাবদা যুম ইখোল পুম্বা অমগী মথক্তা অমা বঙ্কান থমদোকখ্রবনি''

ঐনা মদু কোননা খন্নবসি, অমুক্তা মীঙোন্দগী পুনাবা খোৎপবা মথৱাই অদতদি কন্ননবা মফমদো তন্না তঙায়ফদনা চৎতবা যাদবনি।

-ইচেনা লৈজবা সানা-লিকোন পুথোবকলগা ঐঙোন্দা কপনা কপনা শিন্নবম্মী, ঐসু থম্মোয় কাযখিবগা লোযননা মকপ-মপাংদগী অচিনবা শিজিন্নবা ওইনা লুপা লিশিং যাঙ্খে-হুম্ফু শিন্নবক্কে হাযদুনা হাযবমলগা থোবক্লে।

মথংগী নুমিৎতা যান্না যাংনা যৌননবা গৌহাটিদগী ফ্লাইত টিকেট লৌবগা বাঙ্গালোর তান্না ইবাইগা লোযনদুনা চৎখিবম্মী। বাঙ্গালোর যৌবগা পন্থবা লৈতনা ইমাকনিপানা লাযেংলিবা হোসপিটাল তাননা চৎখিবম্মী। ইনকুরাবিদগী থংবা ঙমলে মতমদো অপাবেশ্বন চৎথবি হাযবসে। পুংশিং অনিমুক্কী মতুংদা অপাবেসন্ হোলদগি অনাবা অমখক নার্সনা ইনথোবকপা উবম্মী। মতম অদুদা মমাযদা ফি পুললবা ডাক্তব খবা থোবকলম্মী।

-ঐখোযনা হংলুবদা ''থেঙকস্ গডঅপাবেসন সাকসেস্'' বাদ ডনাবস কুট নত সেভ''।

ঙহাক্কী মতুংদা ''স্ট্রেচাবদা মীওই অমা মমাযদো ফিবোল অঙৌবা অমনা কুপশিন্দুনা পুথোকখিবা উহৌই।'' নুমিৎ অদুদদি নাবিবা ইমাক নিপাদো উনহনদ্রে। নুমিৎ নিনীগী মতুংদা ঐখোযগা রাবী রাতাই শাননবে।

মহাকনা হাযখি ''যৌদোক অদুগী মবমদা কবিমতা ভাব তাখিদ্রে।'' ঐখোযনা যান্না ঙকনা ''কনানো লমদম অসিদা নংগী দমক্তা কিডনী ডনেট তৌদুনা থরাই কনবিবিবা মীওই'দু, হোজিক্কী মতমদা অসুক পুকচেল চাওবা''

নুমিৎ তবেৎনিগী মতুংদা হোসপিটালদগী বিলিস ওইবগী চেবোল অমগা লুপা লিশিং তবামথোই খক্কা নার্স অমনা ঐখোযগী খুৎতা শিননবম্মী, অদুগা ফোবম অমদা ইবাইগী চহী লৌবম্মি।

ঐখোযনা হংলুবদা কিডনী ডনেট পীবম্বা মীওই অদুনা অপাবেসনগী চংবা শেনফম পুম্বা জমা তৌরম্বা অদুদগী লেমহৌবা শেনফমদো হন্নকলিবা

অসিনি। মখা তাখনা "মহাক্কী হোসপিটাল অসিদা চহি কুনগ্রা মমাংদগী ৱার্ড বয ওইনা থবক শুবম্বা মীওইনি। মহাক্কী মযুমসু হোজাই অসমদগিনী হায।"

ঐনা খংনিংমনখিদুনা থিজিল্লুবদা ইবাইগা হেক পোকমিনবা নোংমা ওকতে হাযনা খৎন্নবদগী মতম কুইনা মযুম থাদোকতুনা চৎখিবা মনাওদো ওইবমলে। ইবাইদো হীকনা হীকনা মপুকনিং ৱাবৌনা কপচখি লোযননা হাযবকখি "ইচাগী থৱাই কনবীবম্বা ইনাও নংগী মফমদা ইযাম্বনা লানখ্রে।"



# পুন্সিগী কাওরমলোইদবা খোঞ্জেল

ইবেমচা ট্রেনগী মতম যৌবক্লবদা মশাগী ফীবোল লাইবিকনা চিংবা হাপচিন্দুনা ইউনিভার্সিটি হোষ্টেল দগী "হাওবা বেল ষ্টেচন" ফাওবা লাক্লম্মী। এম এস সি চহী অবোইবগী পরীক্ষা যাওবমলগা হোজাইদ' লৈবা এস ও এস ভিলেজ হাযর্বদি মপা মমা লৈতবা অঙাংশিংগী লৈফম অদুদা কামরূপ এক্সপ্রেসতা স্লিপার ক্লাস কী সীট নং তবামঙাদা তোংখৎলগা লাকলম্মী। মখুৎতা নর্থ ইষ্ট সান মেগাজিন অমসু পাযদুনা হাযফেৎ মতম লেপ্পা ওইনা যেংলম্মী। মনাক্তা সিটিং বার্ড থংনবা ওইনা হিন্দুস্থানী পরিবার অমসু নুংশিররা মচানুপী চহী মরি/মঙা শুরী যাওদুনা গৌহাটি ফাওবগী খোংচত্তা লোযমিনবকলম্মী।

ইবেমচানা "সাব অমসুং মেডাম খোযগী অঙাংসে মমিং হংলুবা" খুদত্তা মপা অমসুং মমা হোযনা পাওখুম পিদ্রিঙেগী মমাংদ অঙাংদুনা যান্না কেথবা মওংদা হাযবকই দিদি "মেরা নাম নিকিতা" যান্না নুংশিবা খুঙ্গোক অমদা খুন্নকই।

ইবেমচানা নুংশিমনদুনা মখা তাথনা নুপী মচা অদুগা রাবী কযা শান্নবম্মী। মতম ইকুয কুযদনা সাগৈ মানন্দ্রবসু হেক যুম অমগী মীওই গুন্না ওইখিবা খংহৌদে। নুমিদাং থেংজিল্লকলবদা কোচ অদুদা যাওরিবা মীওই অযাম্বা মশা মশাগী ফমফম লৌনদুনা লাইটনা চিংবা মুথৎত্তুনা তুমথনখ্রে। মীযাম পুম্না তুমথাখ্রবসু ইবেমচাদি তুমথবা যাদ্রে লোযননা

মখল মখেলগী হৌখিবা থৌদোক কযাগী মংলানগুমলবা দৃশ্য কযা মমিৎতা স্বযং উবকখি। তাঙ্গা চানা চেল্লিবা ট্রেনগী মখোনদুসু মহাক্কী মতেং পাংশিনবগুম গদক্ গদক হাযবা মখোলদা যাম্না শাফু কন্না চেল্লমী। ইবেমচাদো মতোমতগী খোংচতনী হাযবা মীকুপ খবদি কাওথোকলুবে, মনাক্তা মপা-মমা লোযনদুনা ট্রেন কযা তোংদুনা লমদম কযাবোম কোযমিনখিবা খোংচৎশিংদো নিংশিংলকখি। নৌহৌনা লৈখিদ্রবা মপা-মমা অনিদো হঞ্জিন্না থম্মোযদা নিংশিংলকখি। মমিৎতা মশাগী চহি তবেৎ / নিপান শুবা অদুরাইগী মতমদা নোংমা যান্না নুঙাযবগী ইপাক্তা মপা-মমা মখোয পুন্না তাওমিন্নবগী।

মপাদুসু ইণ্ডিযান আর্মিগী কর্ণেল ওইনা ঝাবখণ্ডগী সাবন্দা হাযবিবা মফম অদুদা পোষ্টিং ওইবম্মী। নোংমাইজিং নুমিৎতনি ছুটি ওইবা অদুদা ইবেমচা মপা-মমা মখোয পুন্না লমকোযবা ওইনা লমদম অদুগী প্রকৃতিগী নিংথিজববা খুৎশেমদা ইতিননফম ওর্যবিঙৈ মতমদুদা মখুৎতা খুৎলাই পাযবা লালহৌব কাংলুপ নক্সালিষ্ট খবনা মফম মবাং খংদনা নোংমৈ কাপশিল্লকপদগী তমথিববা মক মযামনা পানবদগী মপা মমা-অনীপুন্না তাইবংপান থাদোকমিন্নখি।

থৌদোক অদুগী পাওনিংখোল ওইনা পাওজেলচে, টিভি না চিংবা শনদোবকপদগী ঐখোযগী লৈকাযদা লৈবা ইবেমচাগী মখুবা ওইনা অমত্তা ঙাইজববা ''বিমলগী'' মনাক্তা ঐখোয অহল অনি-অহুম তান্নদুনা অঙাংদো পুহনলক্লম্মী।

ঐনা হাযবম্মী ''বিমল নংগী নযাম্বাখোয লৈখিদ্রবসু ঈগী মর্বি ওইবনা অঙাং নুপীমচাদুগী পুন্সিগী হিংনবা হোৎনবা তার্বনি, মহাকপু চাও শাংনবা যোকপাসে নংগীসু নথৌদাংনি'', বিমলনা ''অচুম্বনি খুবা, লাইববা

শঙ্গায অসিদা ইপা-ইচা লেন্নিনব তাবেদনা''।

মতম খবনিদি অঙাং নৌৱা ওইবিবা ইবেমচাদো মখুবা বিমলগী লাইববা খাংপোক শংদা অৱা-নুঙাইবা শকক যামিন্নদুনা লৈমিন্নবকগী মতুংদা ইখং খংহৌদনা লাযনা লাইশক অমদগী মখুবা অদুসু তাইবং থাদোকখ্রে। মাইকৈ পুম্বা বিমল লৈতবগী পাওসে, কোযনিন নিল্লম্মী।

মতাং অদুদা ঐসু মচিন চৎপা 'শৰৎচন্দ্র' হাযনা মীযামনা খংনবনিনা ঐখোয যুমদা নহাবোল খবগা অহল অনি যাওনা লাক্লম্মী।

ঐনা ''তাদশিং, ইনাওশা অসোমদা লেংশিনবিশি, কবি ৱাথোক, ৱাবি ৱাতায?''

-মযাম অদুগী মনুংদা অহল অমনা ''ইনাও শৰৎ, ইবেমচাগী মখুবা বিমলদুসু ঙবাং অহিং লৈখিদ্রে''

ঐনা যান্না নুঙাইতবগী মাইথোংদা ''ইস ওহ্নোক্রসু মবাইবক থিখ্রেদা নুপীমচা অদুগী মাবাযবকসে, হন্না যেংলুবদসু শাগে নতৈ লংকা মাইকৈ অসিদ কনা অমতা লৈতে।''

নহা অমনা খুম্লকই ''অদুগীনি খুবা ঐখোযনা লাকচবিবসে, নুপীমচা অসিগী মৰমদা কবি খন্নসি হাযবগে, লৈখিদবা মখুবা অদুদি মযাম চংনা পোলোইখ্রগা লোযবে।''

-ঐনা ঙহাক খন্নবগা ''পিকলিবা অঙাং অদুদি ঐখোয সমাজ অমা লৈনা লৈনা মতৌ কবমনা মতোমতা যুম্ফম অদুদা থমলুগনি'', অদুগা হংখি মখা তাথনা ফমলিবা মীযাম দা ''কনাগুম্বা থম্মোয চাওবা চাওবী থোবক্কদ্রা, অঙাং অদু যোকচগে হাযদুনা''?

-নহা অমনা খুম্লকই ''তাদ হৌজিক্কী মতম অসিদা চাক-হেঞ্জাং-

নাপীনা চিংবা মমল তাংলব, শেনদান লম্বেলনা খুদোং চাখিদ্রবা, মিকোক অহেনবা অমবু কনানা লৌগনি, মদুগীসু মথক্তা লাইবিক লাইশু তমহনবা''

-ঐনা ' ফবে ঐখোয় মযাম লুচিংদুনা আঃ হোজাইদা লৈবা এস, ও এস (অনাথ আশমগী) থৌবুবগা তান্নদুনা মী অমগী পুন্সিদি হিংহনবা তবেদনা''

-ঐ 'গাবজেন অমা ওইবদুনা নুপিমচা অমগী ফীবোল সেণ্ডেল, সাবোন না চিংবা খবা লৈবগা ইবেমচাবু এস ও এস ভিলেজ তাননা থিনবিবম্মী। কযাতা নুংশিখ্রবা মশক মতৌ, কুচু কুমেন, মশম-মনাদগী চিংবা কবিমত্তা অরাৎ পা নাইদ্রবা ইবেমচাগী শক্তম।''

ইতোমতা খল্লকখি 'কৈনবু মযেক মাংদে হাযবসে'' ''কৈগী মচা হৌদংখক কৈদৌঙেদা ওযদে''।

-ঐনা অঙাং নুপীমচাদুগা যেংলগা হাযবম্মী ''ইবেম ঙসিদগী নংগী যুম হাযবদো অসিনি, নবাযবকনা রাখো হাযনা তমলমবদগিনী কবিসু খল্লবনো, লাযবিক-লাযশুদা মায ওনশিল্লো মীকোক অমা ওযনবা,'' হাযনা বিদায় লৌবম্মী।

ইবেমচানা ''ঐগীদি পাপা মামা, কাকা অপুন্না হাযবদো ঈপন্না ওযবর্নিনা মবক মবক্তা কাউথোকপীগনো, তোযনা অসিদা লাকপিযু''

ঐ খুদক্তা মিৎলুদগী পীবাং শিহ্নখিবা খংহৌদে, হন্না যেংলগা মফমদো থাদোকতুনা লংকা ফাওবা বাস অমদা তোংখৎলম্মী।

এস ও এস ভিলেজ অদুদসু ইবেমচা খ্বাইদগী অহেনবা, থৌনাফবি, লাযবিক-লাযশুদা মীকোক, রাঙাং শাঙাং, মশক-মতৌ, মীথোই-মীহেন হাযবা অদুমক থোকলে। ভিলেজ অদগী খ্বাইদগী নুংশিববা অঙাং মকোক ওযখী,

চৎখিবা বি এস সিগী অবোযবা পরীক্ষা হাযদোকপদা হোজাই-লংকা লমদম অসিদগী হেল্লদনা পাক-চাওববা আসামগী মনুংদা ফার্ষ্ট ক্লাস ফার্ষ্ট মীকোক ওযনা লাকখি।'' থাগৎনখি মীযাম প্রজানা মইকৈ পুন্নদগি।

-ঐসু নহানমখৈদি মবক-মবক্তা তোযনা ভিলেজ অদুদা লাকলমবদগী অহল-ওযবগী হৌনশাবা। মিৎ-না ফৎচলকত্রবনবা ? মতম কুইবে ইচাদো অমুক্তং উন্নকগে মতাগুম খল্লমী। নিপামচা অমা পবপ-পবপ ঐগী খোঙাল তন্না চংলকপা উহৌই।

-নুপামচদুনা শ্লোব থবেৎ থবেৎ হাযবকই ''খুবা ইবুঙো, পাউ নুঙাযবা অমা তমগে হাযদুনা লাকপনি''।

-ঐনা মখা তাথনা ''হাযযু''

-ইপনগীবা ইচানুপী আঃ ইবেমচা হাযবদো ভিলেজ গী হোষ্টেলদা থমম্বদো. ''হন্দককী বি এস সি বিজাল্টদ টপ ওইবে''

-ঐ ঙহাক থম্মোয চাওখোকচখি ইচানুপী পনবা মক্তদা লোযননা হংখি ''নংদি মতৌ কবন্না খংলুবিব''?

নুপামচাদুনা ''ঐগা ক্লাস অমত্তদা হোজাই কলেজতা পুন্না তম্মিনবনি, ঙসিগী খববদ ফটোগা লোযননা, সে সে খববচে অমুক্তং যেংবিযু,'' মখা তাথনা ''নোংমা কলেজকী পেবেন্টদে নুমিৎতা মহাকনা ইপনগী মিং পল্লগা শবৎচন্দ্রগী মচানুপীনি হাযদুনা ওঝাশিং অমদি মীযামদা শকতাকখি''।

-ঐ মিৎলুদগি পিবাং শিন্নবগা লোযনাদুনা ইতোমতা রাবৌখি, থম্মোযদা খনখি, মোবাইল অমা ফাওবা লৈবা ঙমদবদগী হৌজিক্কী মতমসিদ ঈ-পাও ইচা-নুপীগ ফাওনব ঙমখিদে, ''মখা তাথনা ইবুঙো নংগীদি কবম্ন মওংদা?

-নুপামচা ''ইপন ঐগীদি চমনা পাস ওইবে অদুগা যৌবগে হাযবগা

চৎখিবান্মী''।

-মথংগী নুমিৎতা রাখলসে খোইবাং খোইজাওনবা অমগা লোয়নদুনা অমুক্তা ইবেমচাবু উনকগে হায়দুনা, কৈথেলদগী নুপিমচাশিংনা হৌজিকালগী পামনবা জিনসকী খোংগ্রাও অমা অথুম অহাও অচাথক লৈবগা এস ও এস ভিলেজ তান্না লাক্রমবনি। লাইবক ফত্রবা, ইবেমচাদি কলকাতা সহরদা চৎখ্রে হায়দুনা লৈবমদ্রে, নিংবা কায়না হল্লকপা তাখি। লাক্রমদায় মতমদা মহাকপু শেম্নবিবা ''মডাব''বু থিবগা, ইকোয় কোয়দনা হান্নসু মরক-মরক্তা উনখিবনিন ইবেমচাগী মরমদা মতৌ করি-করম্না কলকাতাদা চৎখিবনো হংলুবে। মাডাবনা ''তাদ, ইবেমচাগী হন্দক্কী পরীক্ষাগী রিজাল্ট ফমনখিবা অদুদ চাওবরা কোম্পানী মযামগী মপুশিংনা মহাক্কী মখা তমথরদা অচংব শেলগী মতেং পাংগনি হায়দুনা হায়বকপসু যাওনবকপদগী মশাসু লাইরিক লায়শুদা মথৌরাই যান্না যাওবদুদ ঐখোয়গী এস ও এস ভিলেজ সংস্থা অসিগী ডাইরেক্টর মশামকনা কলকাতা সহরগী মমিং চৎলবা ''শান্তিনেকতন ইউনিভারসিটি'' দা এম এ সি তমহনখিনবা পুখিবনি''।

-ঐসু রাখল কয়াতা নুঙাইবম্মী মতমদুদা লোয়ননা হায়খি ' মাডাব, সে ফিবোল, পোৎচৈ পুন্নমকসে লৌবিহৌবো ইবেমচাগীদমক্তা লাইববা মপা ঐনা লৈবিবকপনি। যাবগদি নোংমদং কলকাতাদগী লাকলগা ঐগী যুম লংকাদা পুখিবা যাবোইদ্রনে?

-মাডাবনা ''ঐখোয়গী সংস্থা অসিগী চৎনিবী মতুং ইন্না, মতিক চাবব মীওই হায়দুনা শিন্নদ্রি ফাওবা, মপানদা অহিং লৈবা যাদে''।

-ঐসু খজিক ইকাইবোই ওইনা চৎলগে হায়বমলগা ভিলেজতগী খোবকলম্মী।

-ইবেমচা মওল মওলগী রাখল খললকখি, এম এস সি লোয়ববগী

মতুংদা কবিনো মহাকনা তৌগদৌবিবসে, অমুককসু খললকখি, এস ও এস ভিলেজকী সংস্থাগী মখা লৈবা মফম অমদা মাগুম্না তোল্লবা অঙাং-কযাবমবু শেমগৎপদা মপুন্সি অদু কৎথোকলসিবা। মহাক্কী হাযববু হললকলগা এস ও এস ভিলেজ দা লৈবা মচিন মনাওনি হাযবা শাগে মান্নদবা মীওইশিংখবগা, কেযাবটেকাব মাডাব অমদগী হেন্বা হন্না যেংথকলুবদা হক মচিন-মনাও, শাগে-নাতৈ কনা অমত্তা সংসাব অসিদা লৈতেদো। মতম খবনি লৈববগী মতুংদা কলকাতাদগী পাউ লাকলে এম এস সি পবীক্ষা হাযদোকপদ ফাষ্ট ক্লাস ফাষ্ট ওযনা মাযপাকলে। অঃ ওম্রোকপনি, ঙসিমক মপা-মমা অনিমক লৈবম্বা থোকলবদি কযাতা ঙমখৈ লৈতনা মচা নুপীগা লোযননা হবাওজগদবা।

মতম খবনি লেনবা ওযনা প্রাইভেট ইংলিশ স্কুল অমদা ওঝা ওযনা লৈবিঙে মতমদা এউ পি এস সি না কনডাক লৌবা পবীক্ষা যাওকবদগী আই পি এস ওযনা মীখল যাওবক্লে। মদুদগীসু মহাক্কী থম্মোযদা নিংহন্দবা মথৌনা হেনগনলকলে, লৈবাক্কী খুন্নাইদা ইবাং থোকহললিবা লালহৌ কাংলুপ খুদিংমক্কী মযোক্তা মঙান্দা থোকখিবগুম মপা মমা, মচিন-মনাও কাযনবা ওযহনলবোই মওংগুম থম্মোয নুংদা অচেৎপা ব্রাখল ওযনা কোল্লগা আই পি এস ওফিসাবগী ট্রেইনিং অবোইবা নুমিৎতা ব্রাশক লৌখি। পোস্টিং অহানবা ওযনা মেঘালযগী তুবা ডিষ্ট্রিকতা এস পি ও অম ওযন সবকাবদগী চেবোল লাকলম্মী। পোষ্টিং চৎলমদায মতমদা নোংমা আই পি এস ওফিসাব ইবেমচাদো মহাকপু যান্না নুংশিজবা, মপন ওযবনা ঐগী যুম থিবগা লংকা ফাওবা লাকলম্মী।

-ঐনা যাম্মা ঙকনা "পুলিসকী ড্রেস শেৎপা, নুপীসু-নুপাসু মানবা মীওই অমখক লৈকাইগী ইচল তোম্বীনা পবগা লাকপদো হেক উবম্মী

অহানবদদি অসুক অহল ওযববা ঐঙোন্দা কনা-কবি থৌদক ৱাথোক গী দমক্তা পুলিস লাকলিবনো খন্দুনা ইপা-পাখৎনুবে'' পুলিসকী ফীবোল শেৎপা মীওইদুনা ইনাক্তা চংশিংলকত্তুনা খোংদা পাযবগা হায়বকই ''ঐ নচা ইবেমচানি, লোযননা কপ্লগ ইপনগি আশীর্বাদ লৌগে হাযদুনা লাকলিবনি মখা তাথ্রনা ইপননা ঐবু মী ওযনবা শিনবিবমদবা তাবদি, ঐ অসিগী ফীভমসে কৈদৌঙেদা ওযথোকলোযদবনি, হাযনা হাযনা নৈখিদ্রবা মপা-মমা কৌবগা কপলম্মী'' ।

-ঐসু ঙহাক মিৎলুদগি পিবাং শিন্থখিবা খংহৌদে মীকুপত্তুদা হংলম্মী ''মতৌ কবম্না ?''

-ইবেমচানা খুম্নখি '' ঐ হৌজিক সবকাবগী থবক ফংলে, অনৌবা থবক মফমদা যাংনা চৎত্তুনা জোইন, তৌকগদবনি, যাবগদি ঙসিমক হোজাইদগী চৎখিগদৌবনি।''ৱাবি ৱাতায ঙহাক শান্নববগী মতুংদা হন্না হাযবকখি ''ইপনসু ঐগী ইনাক্তা ইপা-ইমা শকনা পুন্সি চুম্পগী লৈমিনগদৌববনি অদুগা নোংমা শোযদনা ঐ লৌবা লাকচগে।''

-থা তকক মুকী মতুংদা নোংমা খংহৌদনা মহাশবক পাকথোকপদা যাওবে হাযদুনা ঐখোযগী লৈকায অদুগা যুম তবামুক থুগাযবম্মী। ঐসু অহল অমা ওযনা মীমাংদা ইকাইমনখিদুনা নৌহৌনা যুমকৈ লিংলুবগী মহুৎতা লৈর্জবিবা শেনথুম খোমজিললগা ''ইবুঙোগী চবনদা'' সেৱা ফংলগে হাযদুনা বৃন্দাবন-কাশী ফাওবা কনা তাকলমদনা থোবকলম্মী।''

মেঘালযগী তুবা ডিষ্ট্রিক্কী এস পি ও ওইবী ইবেমচা ৱাখল লৈতাদে। ফংলিবা থাগী শেনফম অদুদগী মশাগী চাদিং খব থমলগা মহাকগুম্বা মপা মমা যাওদনা হিংলিবা অঙাংশিংগী তেংবান শেন ওযনা থাগী শেন পৃথিবীগী

সংন্না কযাবোমদা তৎওম্না খজিক খজিকতং ওযববসু থাবম্মী। নোংমা মহাক্কী নুংশিজববা মপন্ শরৎচন্দ্রসু লৌগে হাযনা লাকপদা মফম মবাং খংদনা থীবা ফংলমদে। মীযান্না যেংবদ নুঙাযবা মালিব ইবেমচাগী পুন্সিদা মপা-মমা লোযননা অমত্তা ঙাযজরবা মপন কাযনবগী অরা মৈচাক খিবিকতো, মদোম কপচবা নত্তনা খোনথত্তবা খোঞ্জেলতগী পীবংনা সাক্কী ওইবম্মী।



# তাকলুরশিরা ঐখোয়গী শাগৈ মীং

বংতার্মি হাযবিবা ট্রাইবেল তাবিবা খুনশাং অসে যামদ্রবদা হামবেন সাব ডিভিশ্বন অসিদগী মাইল কুনথ্রামুক লাম্পা লমদম অমনি। লম্বেন খোং চৎথোক চৎসিনদা যান্না খুদোং চাদবা মওংনা হৱা -গাড়ীদি লাইবদ্না খোং লম্বেলদগী হেনবা কবিমতা লৈতে খুঙ্গং অদু তান্ন যৌনব। খুঙ্গং অদুদা শুপনগী যুম কুনমঙামুক লোযনন সবকাবগী ওযবা প্রাইমাবি স্কুল মচা অমখক লৈ অদুসু মহৈবোয অঙাংশিং তবামঙামুক স্কুল অদুদ তমলম্মী। চহী অমমুক্কী মমাংদ লিংখৎপা মতাগুম, খুঙ্গং অদুগী গাওবুঢা মচানুপী অহল ওঝা অমা ওযনা অঙাংশিং মযামদা লাইবিক লাইশু তাকপি তমবিবম্বনি।

হোজাইদগী মাইল অহুম মুক লাম্প উদযপুব খুঙ্গং অদুদা ঐগী যুমনি। ঐ হাইযাব সেকেণ্ডাবী পবীক্ষা লোযববগী মতুংদা মখা বি এ তমথখিনবা হোৎনবম্মী। নোংমা ইখং খংহৌদনা লাযনা লাযশক অমদগী ঐবু পোকপিবম্বা বাজীদু মপুগী খুয়াদা তাইবং পান থাদোকতুনা চৎখিবন্নে। যুমগী অহল লৈতবনিনা অৱাব পোৎলুম মতাং চাদ্রবসু পুখিবা তাবম্মী। নোংমা ইমানা যান্না মথৱাই শোকনা হাযবকই ''ইবুঙো বীবেন, নংগী মখা লাযরিক তম্নসে তোকখোকলশিবা, মাখা তাথনা নপাবুং লৈরিঙেদদি মীঙোন্দগী পুববা-খোৎপবা যুমগী চাবা-থকপা হোৎনবম্মিদো, লৈবিবা লৌ-ইংখোল মনুংসিদা ইংখোল মচেৎ অমসু বনধান থমম্নবনি''

-ঐনা থম্মোয কাযখিবগা লোযননা খুমলুই ''ফবেদ মিগী মমাংদা-লাইবিক লাইশু শুংতম তমদে হাযবা অদুমক থকত্রেদা ঐসে।''

-ইমানা অমুক হাযবকই ''নচল সিমতংসু মেট্রিক ফাওবা তমহললগা তোকথোহললসি''। ঙহাক লৈবগা ইমানা লৌখিদ্রবা বাজীবু কৌকগা কপচখি, কপ্পা কপ্পা নং লৈবমলবদি নচা অনী সে লাইবিক মপুংফানা তমহনলমবা ঙমগদবনিকো।

-ঐসু ইমাগী থম্মোয নুঙাযতবা উবগা খজিতং শাশিনবা ওইনা হাযবম্মী ''পুন্নমকসে ঈশ্বব মাগী নোংদমনি, নহানমুক্কী মপোক্ত খবনি ব্রাখো হাযনা তমলম্বদগিনি।''

-ঐ নুমিদাং তুম্বা যাখিদ্রে মওল মওল ব্রাখল খললকলম্মী, কনাদা হাযজককগা সবকাকপী ওযবা পুকচাক হিংননবা থবক মচা অমদং চংগদৌবসে, ঐখোযগী শাগে-নাতে থোকনবসু কসাব, ত্রিপুবাদগী হেনবা হোজাই লমদম অসিদা কনামত্তা লৈতেদো। ওম্নোকনা মবাইবক থীবিনি ইপুবক ইবোক অনি লৈখিদ্রবগি মতুংদ অমত্তা ঙাইজববা মৌপ্পা ''মামা শবৎতসু'' গোহাটি সহবদগী ইনে অমা লৌকবদগি যুম-ইখোল যোনথোকলমলগা চৎখিবদগী ঙসিফাওবা ঐখোযদি লাইবদনা পোকমিনবা মচে ''ঐগী ইমা'' ফাওবা হিংলিব্রা হাযদুনা নোংমদং কাযথোকনা লাকখিদ্রিবনি। মশক মতৌ কাওশিনলকলবা মামাবু খুঙ্গোল লিবগা অদুক চাওববা সহবদা মতৌ কবম্না থীগদবনো। ব্রাখল নিংহননবা অমগা লোযনদুনা ইবাইবকতা থোকপা অমা তমলম্না হাযবদুনি ''কনাগীসু'' মফমদা মবি-মতা থিদুনা চৎখ্র বোই খল্লম্মী।

নোঙাম্লে ইমানা মখুৎতা লৈবা লুপা লিশিং অমখক্কি মনুংদা খুৎশেন ওযনা চহুম থমহৌবগা, লেমহৌবা চাক্রকখক শিননবম্মী।

-ইমানা হাযববকই ''সে সে নং দিফুদা চৎক্কনি হাযবদো, অদুগী লম্বেল খবচকী খুৎশেলনি।

-ঐনা ''ফবেদা ইমা, কার্বি আংলং জিলাদা এলপি স্কুল ওঝা খবা লৌবি হাযবা কৈথেল মপান্দা লৈবা ''খুবা ব্রজ''না নহান ঐঙোন্দা হাযবকই, মদুগিনী দিফুদা চৎলগা থিজিল্লুবসিবা হাযনা চৎকদৌবিবসে।''

খবনিগী মতুংদা ঐ এল পি স্কুলগী ওঝা অমা ওইনা খনদুনা রংতর্মি হাযবিবা ট্রাইবেল তাবিবা খুঙ্গং অদো তন্না চৎলম্মী। খুদোং চাদবা চৎথোক-চৎশিন্ ওযবনিনা ঐবু ওকপা ওযনা খুঙ্গং অদুগি ''গাওবুঢা হাঞ্চে''না লুচিংদুনা মীওই অনী লোযনদুনা হামরেন টাউন ফাওবা ওকপা লাকলম্মী। মখোযনবু ঐঙোন্দগী ঈপাও অসে হান্ননা ফাওনবম্রে।

-ঐ হামবেন যৌবগা বাসতগী কুমথবকপদা মখোন্ ফী মওৎ অমা শেৎপা কোট অমুবা লিৎপা, মনা অনিদ অচৌবা নাচোম সিবা নুপা অমা চংশিনলক্লুনা লেপলৈ।

নুপাদুনা মত্তৎ মত্তৎ শেংদবা টেখাও মবোলদা হাযবকই কবদম, আপোনি সিং মাষ্টাব বাবু নেকি ? হাযবগা ঐঙোন্দা মখুৎ নাম্ম হাযগৎতুনা অহুমবক খুবম্বা অদুম হাযনা তৌকম্মী। মখা তাথনা ঐ ''হান্সে গাওবুঢা''নি লোযননা মনাক্তা লেপলমলিবা মীওই অনীদুসু খংনহললম্মী। মখোযনসু খুদক্তা মখুৎ নাম নাম হাযগৎলগা খুবমবোয মও ং ঐঙোন্দা তৌবম্মী।

-ঐ গাওবুঢা হান্সেনা হাযনিংলিবা রাফম পুম্বা ভাব তাবম্মী, হংখি ''বংতার্মি যৌবদা মফম অসিদ্দী কযাম লাপনা চৎখিগদৌবিবনো ?''

-গাওবুঢা না ''যামদে, মাইল কুন খক্তংনি''

-ঐ যান্না ঙকনা ''নোকমিবা মাইথোংদা নখোযগী খুঙ্গং তান্ন চৎপগী

গাড়ী কোম্পানীদগি ঙসিফাওবা শাদ্রীববা?"

-ঐ ভাব তাবে, "খোং লম্বেল নওনা চৎপা যাদ্রাবোই, গাওবূঢানা লোযমনিবকলিবা নিপা অনীদুগা ইংগিত তৌদুনা ঐগী বেগ অনীদু অম পাযহনলম্মি, মখা হাযবকই" তপ্প তপ্প চৎলসি।

গাওবূঢা হান্সে, মীওই অনিদুগী মতুংদা ঐ রংতমি যৌনা চৎপা হৌবম্মী, চৎলিঙৈগী যৌবা নাযদবগুম অহিং নোংজাযগী মতুংদা যৌবে। খুঙ্গং অদু যৌবগা নুপা-নুপী অঙাংনা চিংবা মীযাম থোবকলগা গাওবূঢা অমদি মীওই অনিদুনা ঐঙোন্দা অহানবদা তৌখিবগুম মখুৎ নাম্ম নাম্ম হাযগৎত্তুনা খুবম্বা হৌবকই। ঐসু ভাব তাবে লমদম অসিগী মীওই শিংনা ঐঙোন্দা ইকায খুম্মবিবনী হাযবসে, মীযাম্না তবম্না ওকলম্মী।

নুমিদাং যাম্না রাকবদগী অযুক তুম হৌগৎপদা নুমিৎনা রাতোন লোমলম্লে। ঐবু গাওবূঢা অদুগী মযুমগা লোযনবা শংত্তপ অমদা লৈহননবা মীযাম চংনা শিল্লম্মী। পাখংমচা ওযবনবা থংদে ঐ গাওবূঢাগী মযুমদো হাযফেৎ হংগোইবপ তৌবম্মী। লাইবিক তম্বগী খুদোং চাদবা লৈবনবা? অযাম্বা খুঙ্গং অদুগী মীওইশিং লাইবিক লাইশু তমলমদে।

ঐ গাওবূঢাদা হংলম্বনি "যুমসিদা মীওই অতৈ লৈতবকো? লোযননা চাবা-থকপসে তোঙান্না যাবগদি মতম কুযনা লৈখিদৌবীবনিন যৌবাংজগে।"

গাওবূঢানা খুমল্লকখি "মখোয অনিনা লৈশাবি কাবোক ফাগৎলকপদ মেলেবিযা নাবদগি মমাদো নোংগাম্রে। চাবা-থকপগী মতাংদ হাযফেৎ শাওবপনা "খুঙ্গং অসিগী যুমকোক খুদিংদগী চহিগী ওযনা ফৌমোন অমমম ঐগী যুমদা মাষ্টাব বাবুগী দমক্তা নহাননা মীযামদগী খাইগৎনা জমা লৈববনি অদুগা অমুক তোঙাননা থোং-খোৎ চাবগি মহুত্তা ঐম্নোমগা পুললপ

চামিননবগা লোযবেদনা।'' লৈবিবা নচল অনিদগী যাহা চানিংবা মওংগী হিনঙ্গাং শিলম্মো হাযবগা লোযবেদনা।

মহাক্কী মচানুপি অহল ''বাছাপী'' যাম্মা ইংতম্পী, রা কযা ঙাংগনদবা ওযনা তৌই অদুগা অতোম্বী ''কাছাংদি'' চনিং তাদবী ইবাং লাংব মওংগুম্বনি। মশকমতৌদি ''কাছাং'' হেন্না ফজে,কুচু ঙৌই, মবেপ রাংই, শা শজিগী মীৎতানি যেংবদা বাশি চংখোল্লী। মচিন মানাও অনীদসু মরূপ অমগুম পুল্লপ চামিন্নবা হিপমিননবা তৌবম্মী।

থা অনিমুক হৌখ্রে মতমদো নোংমা যুমলোমদা লৈহৌবিবা ইমা ইচন অনিদুগী ঈ পাও লৌবগে, লোযননা পুন্সিগী অহানবদা ফংলকপা তলপ অদুদগী লৈখিদ্রবা বাজীগীদমক্তা অহল মবি মঙাতং খুনগী বামোন লাইশং মমাংদ উৎসব মচা অমতং কৎচগে হাযদুনা খোবক্রম্মী।

-যুমদা লাকলগা ইমানা ঐঙোন্দা নুমিদাং চাক চামিন্নবদা বাবক বা'তন্নম্মী 'লমক তুমক হাওগী খুনদা লৈ হাযদুনা নওবা চিনজাক শা ঙা মহি মনায তৌবোগদবনি। ওকতবা সঙ্গ খক তিন্নবোযদবনি।

ঐনা খম্লুই ' মদুবু হেক যাত্রনে।'

ইমানা মখা তাথবকঃ 'আঃ তাদ নোংজাহগী মচানুপা অদু কুহিমাদ থবক ওবনি হাযন চৎখ্রগা হাওনিঙোল অমা পুবগ্নে হায ইনযাদু হোজিক যাওব লাইকম্নবী

ঐনা ঙহাক শাওনিংবা মওং উৎলগা ''মীনা তৌবে হাযদুনা হেক্তা তৌগদ্রা। ইমানা নোকমিনা যাইথোংগা লোযননা শোযখিদ্রা হাযনা চেকশিনহৌনা ফৈ হাযবনি লৈখিদ্রবা বাজীগী মমিং মীযাম মমাংদা চোপহনবা যাদেকো' । ইমাদা লৈখিদ্রবা বাজীনু কৌবগা ঙহাব বপাখি, ইচলনপী

ঐখোয অনিসু ঙহাক কম্পদা তেংবাংবা যাওবম্মী।

নুমিৎ তবেৎনিমুক লৈববগি মতুংদা ঐ স্কুলগী অঙাংশিংগী পরীক্ষা মতম যৌবে হাযদুনা, ইমাগী মখুৎতা যুমগী অরাৎ অতাই শিজিননবগী ওইনা লুপা লিশিং অহুমখক থাবকলম্মী।

-ইমানা অমুককা হন্না হাযবকই "ঐগীদি নচলসি শাগে মশক খংবা নংগী যুক্ষম অমা লেম্প অসিতনি"

ঐনা খুমখি "শোযদনা নোংমা মতম লাকচগনি। লোযননা ইমাগী মখোং পাযদুনা বিদায লৌবম্মী, তুংলোমদগি ইচলনুপী বেবী কবিগুম্বা অমা তম্পা হাযহৌবা তাহৌই।"

-ঐনা বেবীদা ওনশিললদুনা "কবিনো নংনা তপলীববু ?

-"বেবীনা যেং মথং লাকপদা টাইটানগী লেডিস ঘড়ী অমা যাওবকও হাযবনি"

ঐনা "দুর্গা পূজাগী ছুটি লাকপদা শোযদনা নংগী ডিমাওদো পুবক্কনি।"

হোজাইদগী বাস তোংদ্রিঙৈ মতম খজিক্তং মমাংদা অথুম-অহাও অচা থক খবগা গাওবুঢাগী মচানুপী "বাছাপী অমসুং কাছাং" খোযগী ফুবিৎ অনিখক লৈবগা বংতাম্মি তাননা হললকলম্মি। লম্বেলদা লৈবকলিবা মচু মাননদবা অনিদুগী মবক্তা থম্মোযনা হাযফেৎ তাজবা গোলাপ মচুগী ফুবিৎতো মনাওনুপি "কাছাংগী" ওইহনগে খনখিবম্মী। রংগমি যৌবগদি মচেনা "ওন-তৈনবা ওইনা খনম্লে। মবক-মবকতা মচে বাছাপীনা নুংশিবা মীৎযেং অদো ঐ পাখং অমা ওইনা খংখিদবা নত্তে, মহাকনা ঐবু পুন্সিগী অরা নুঙাই শকক যামিনবা থম্মোযগী নিপা ওইনা পামিলবনি। ঐনদি

তশেংনমক মনাওনুপী ''কাছাংদা'' খোযদাজবনি। ''কাছাংসু'' তুমিন তুমিন নুংশি ঈচেল চেনমিনশি মতাগুম নোংমা পূর্ণিমা নুমিৎকী অহিংদা, কনা খংদনা ঐখোয অনি নুংশি ঈপাক্তা খুমাং চংশিনলুবে। মতম খবনিগী মতুংদা নুংশি খুদোন ওইনা কাছাং থাগী খোংকাপ্ হেনদোকলে। কাছাং মচে খংখিনি হাযদুনা শাজননদুনা মতৌ কযা মালহনলম্মী। মহাকসু খংঙি মপা গাওবুঢা অমসুং মচে বাছাপী খোযনা থুনগী কবিসু থবক-ইখাং তৌদবা ''নিহম'' দা যুমগী মমাক ওইবগী মহৎতা শাগৈ মান্নদ্রবসু এল পি ওঝা ঐঙোন্দা কযাতা পামলিবা ইমুংগী নকনবা মীওই অমা ওইনা অহল ওইববা গাওবুঢা হান্সে তুম্বা-চাবা চংদ্না ৱাখল খোইবাং যৌইশাওদুনা লৈবদু ঐ ভাব লোযনা তাবম্মী। মচাশিং থাজ-যোনজবগী মতম যৌববদা মওল মওল ৱাখলদা ইবাকনবম্মী। মহাক্কী মীৎযেংদি পীকলিঙৈদা মমা কযানম্নবী মচা নিঙোল অনিগী মফমদা চপ মানৈ।

নুমিৎ কযা হৌখ্রে ''কাছাংদী'' থাবুম অনিগী খোংচত্তা চংশিনখ্রে। নুমিদাং কযা ঐসু তুম্বা যাখিদ্রে তঞ্জা অকোমবা যেংলদুনা ''কাছাং'' ঐগী ইনাক্ত লাকলম্মী।

কাছাংনা হাযবম্মী ''ঐগী হকচাংদা তাবিবা মমিসে, নংগী শাগৈগী মচুনি''।

-ঐনা খুমখি ''নংসু মিকিথী ওইমনখ্রেদা, নপা অমসুং নচেদা কোক হাযদোকলগা লোযবে। অচুমম্বা ঙাংবদা পাপ চেল্লি হাযৱা।''

-কাছাংনা মখা তাথনা ''ইমা শকলবী ইচেগী মফমদা ঐনা কবম্না লাপ্লে অদুগা অহল ওইববা ইপানা''

ৱাফম অসে খংবা খুদক্তা থম্মোয কাযখিগনি। মীওই খবা লাকপা তাবদগী

ঙহাক ইনাক্তগী থোকখ্রে। নোমাইজিং নুমিৎনি খুঙ্গং অদুগী চহীগী পাংথোকপা "নংকবে" হায়বদি "চবকপুজা", খুনাইগী লৈশা পাখং অপাম্বা মচু-কয়াগী ফীজোল লৈতেংলদুনা লাই হবাওফম তন্না লাকলম্মী। অচা-অথক ওইনা ওকশা-যেন, ঙানু হামেং না চিংবা মীয়াম চননবা থৌবাংলম্মী। লাকলিবা লৈশা-পাখং ময়ামদুনা মশা-মশাগী অপাম্বা খনদোকলগা অপাম নুংশি থাজনদুনা পুন্সিগী লৈনবা নুপা-নুপী ওইনা জগোই শামিননবম্মী।

মচে "বাছাপী" হকচাং নুঙাইতে হায়দুনা নংকেবদা চৎলমদে, মপাগা লোয়নদুনা ময়ুমদা লৈহৌই। নুমিৎ অদো "কাছাং" ঐগী মাংদা অমুক্তংদি যেংহনলমগে মতাগুম ঐনা মহাককী নি খল্লুববা যান্না পামজনা লৈবকপা "গুলাপী মচু"গী ফূবিৎতো মচেদা হায়বমদনা লিৎশিললগা থোবকলম্মী। ঐসু মনাওনুপি "কাছাং"গা লোয়নাদুনা লাই হবাওবা মফম তান্না লাকমিননবা দৃশ্যদু মচে "বাছাপী" থম্মোয় মচেৎ কায়খিবগুম হননা হননা যেংদুনা লৈহৌই।

বাছাপীনা হায়বকই "ঙনতানা, পুন্না হললকউকো কুম্মে লোয়বগা"।

ঐনা হায়বম্মী ' চেষ্টা হোৎন্নাজগে"।

চৎনা চৎনা ঐখোয় অনী লাই হবাওফম যৌবক্লে, লম্বেলদা কাছাং না মচেৎ অমা ফাওবা ঙাংলমদে, রাখল খোইবাং খোইশাওবগুম উবম্মী। ঐসু কবিমতা হায়দ্রবসু হায়খি "নোংমা খুদোং চাবা মতম যেংলগা ঐখোয় অনি লমদম থাদোক তুনা চৎখ্রগা লোইবে"। লাই হবাওফম হেক যৌবমদাই মতমদা খুঙ্গংগী মামন্নবী খবা চেনথোবকলগা "কাছাংদা" কবেমবোই।

হায়বকখি "ঙকখ্রেদা ইবেম্মা, নুংশিনবনা নংগা, লুহোংবনা নচেগা।"

ঐ কাছাং মমায় নুকথখিবা ওহৌই, হকচাং শাহি লাওখিবা খংহৌদে

ঙহাক ইকাইবোই ৱাবিদো তাশিন্নখিদে জগোইগী ধোল-মখোল তাম্বকলে, ''কাছাং মমান্নবী শিংগী মনাক্তগী থোকপ্লকত্রে, ঐ যাওমিননদুনা মফমসিদ লাকপনি হাযবসে কাওবমাপ্লে। ঙহাক্কী মতুংদা মাইকৈ পুম্না ৱা ৱা লাওনবকই''কাছাং খুনগি পাখং হনুবা ''নিহম দা'' মযুম পানখ্রে। ঐ তুমিননা মফমদো অযাংবা মতমদা থাদোকখিবম্নী। খন্না খন্না চৎলিঙৈদা গাওবুঢাগী যুম যৌখিবা খংহৌদে, মশা নুঙাইতে হাযদুনা লৈহৌবা মচে ''বাছাপী'' ঈশৈ ঙাংলদুনা লৈবম্না মও ং মাইকৈ পুম্বদা লুহোং যাওবা ইমুং অমগী মতাগুম শা ঙা, কা পানবাগী চিপৈ। ঐ ইঙক ঙকনা লৈবিঙৈ মতম অদুদা ' গাওবুঢা'' চংশিনলকই ইনাক্তা, গাওবুঢানা হাযবকখি ''হংচিৎ নুমিৎ ফৈ হাযবদুদা, ইচা নুপী অহলসে নংগী নফমদা শিনবমলগে হাযদুনা লুহোংবগী দিন তমলবনি, ৱাফমসে নংগী অযাবা লৌদবগীদমক নপাগুম্বা ঐঙোন্দা ঙাকপীগনী।''

ঐ কবিসু খুমখিদ্রে।

-নুমিদাং ইতোমতা ৱাহংকযাগী পাওখুমগীদমক্তা মংলান গুমলবা যৌদোক ওইখ্রবা ৱাশক চেৎতবা ঐগী ইবালতবা খননজদুনা। ''মঙাল থোকত্রবা ঐগী লানতেনগী থোম্মোয ৱাবৌজখি নাইতোম মমী তাদ্রবা মীওই অমগুন্না, থৱাই যাওদ্রবা অশিবা পোলাং অমগা চাংদমনিঙাই ঐগী পাঙ্গল। খল্লকখি শকচ় মাননববা মীওইবগী শকফম তোঙান তোঙাননা। কবিনো ঐগী পাউখুম মাইকৈ অমদা মবাইবক থিববী ইমাগী পাওজেল, বাখল থেনবা শাদানবা অমগুমলবা শাগী লিচৎ চৎলুববা ঐগী লিচৎ ''কাছাং''গী মফমদা। শাদানবগী খুদম ফংলে খংনা খংনা মবিংজেল যাওদবা লিলবোপ অমগী মথৌনা।

-ঐ রাখল পল্লেপফম খংদবা তাঞ্জা যৌবমল্লে, নুমিদাং অহিং চাযথাববা তাঞ্জা ঙাইবগুম, কনা মীওই তাকলগ্লোই খনদুনা, নুংশি লমদম বংতার্মি থাদোক্তুনা অফংবা গাড়ী অমা তোংখৎলগা হোজাই তান্না লাকলম্মী। লম্বেলদা অনুক খল্লকখি, থবকনা চিংবা ওইজবা পুন্নমক কাযনবদী ঙমলগা পোক্রফম লমদম অমা কাযনাববু। খন্না খন্না হোজাই বেল ষ্টেচন মনাক্তা লৈবা দুকান মমাংদা বাস অদো খামলম্মী। বাসকী কণ্ডাক্তব অদো হোজাই যৌবে হাযবমক্তা ঐ ভার খংত্তা তাখি। পুন্সি সে মাইথিববা লাম্মী ওইববসু মমা ওইবীনা তবান্নদি ওকলম্বা যাই নুংশি লমদম বংতার্মিদি কৈদৌঙেদসু তমথীববা মীৎযেং নওনা ঙাকপীবোই, ঐ ঙহাক অঙাওবগুম রাখলসে লেতাবকতে কনা খংদবা উনদবা মফম অমদা লেমহৌবীবা পুন্সিসে মাংহন-খ্রগে খনদুনা খবাকপা ট্রেন অমদা চোংখৎ লগা নোংচুপ মাইকৈ তন্না চৎখিবনী। মীযামনা মীথান্নদ্রবা মীওই অমগুম বেল ডবাগী লেট্রিন মনাক্তা অহিং চুপ্পা লের্নাখি।

নুঙালমদাই মতমনি বেলগাডীদসু মখা অমুক চৎলাবোইগুম মতানি মালডা ষ্টেসনদা লেপলম্বা মতম কুইবামাল্লে, ডবা শেংদোকপা মীওই খবনা তাহিদবা মীচৈ ঙাংলকপদ্দী মীকপ খংব্রোক থোকলে। ঐ শক-খংনদবা বেল ষ্টেচন অদৃদা পবপ পবপ কুমথবম্মী। হননা যেংথোকলুবদা বেল ডবা অদুদা মী অমফাওবা উবমদে, চোকথববা হকচাংনি, চা-থক্তবা নুমিৎনীনি শুবমাল্লে, ইকাই-ইকি থাদোকতুনা চাক চবা অমওগী লম্বেল চৎপা মীওইগী খোং খুৎ পাযবা হংগোইবমদে। থম্মোয চাওবা খবনদি কবিগুম্বা খুদোং চাদবদ্দী ঐগী ফিভমসে ওইখিমাল্লে খবনদি ফওবা হবান-চিনখি যাওবা মাল্লে হায।

মালদা ষ্টেস্ন অদুদা লেনখিবা পুন্সি চহি তবামুক শুবে, নোংজু-নুংশা, অহিং-নুংখিল, অইং অশা কবিমতা খেন্নবা নাইদনা অভাবব্রিজকী শিবিত্তনা লৈফম ওইববা ঐগীফমুংনি। অহেন অথোই পামলুদবা চাবা অমবু ফংলবদি ঙসিদগী হেন্না হযেংগী খনদবা ''জেন্টল ভিক্ষাবী'' টাইটল ফংলবা মীশক ওইবে। ষ্টেচন মাষ্টাব পুলিসনা চিংবা তোল্লবা মীৎযেং যেংলবসু অথিংবা কবিমত্তা লৈতে ঐগী দমক্তা।

নোংমা মখোযগী অচৌবা বেল ওফিসাব লাক্তনি হাযদুনা অযাম্বা ভিক্ষাবী, মিবেম পৃম্বা প্লেটফমগী রাংমদা তানথোক খিবম্মি। ঐসু তপনা তপনা মীযামগী মতুংঙহাক ইল্লমী। সাহেব থুঙলবে, লৈবিবা থৌবুবগা লোযনদুনা মীযাম, পুলিসনা চিঙবা কোযচেন চেল্লমী কবিবু থোকলিগদৌবা কনাগী ''প্রমুশ্নোন''। কনাগীনা সেবা ফওবগী মনা ওইনা ''ডিমুশ্নোন''। কবিসু মবম ওইবমদ্রে থববচেদা তোমনা যাওবা 'মালডা ষ্টেসনগী'' হেডলাইন মফম কল্লিবা 'জেনটল ভিক্ষাবী' ঐবু অমুত্তং শকখংননি। পুলিসকী দাকগা অমনা লাকলগা মখোযগী সাহেবকী মনাক্তা ঐবু ফাবগা পুবম্মী। ঙকনা হংলুই ''ঐগুম্বা ভিক্ষাবী অতৈদি কবিগী ফাবিদ্রিবা সাহেব।

-দাবোগা ''সাহেবকী হুকুমনি''।

অচৌবা বেল ওফিসাব, মহাক্কী লোযনবী অদুগীসু মনাক্তা পুশিলক্লনা ঐঙোন্দা হংখি ''মমিং কবি কোই, কাঁজোল মোৎলবা, কোই-শম শাংলাবা মুননা যেংলাগা হঞ্জিন হঞ্জিন হংখি'' ঐ ঈশাসে কিমনখিদুনা থক থক নিকলগা মতম কুইনা মিং ফাওবা লোৎলুববা ঐনা খুমখি ''ঐ বংতার্মিগী এল পি ওঝা বীবেননী''

-ওফিসার অদুনা খুদক্তা ঐগী খোং-খুৎ পাযদুনা কপলগা হায়বকই "ঐ ওঝাগী ছাত্র মোহন টেবননী"। নীংশিংবগী রাংমদা লৈখ্রবা ঐগী রাখলদো উবদা অমুক্কা হন্না গাওবুঢাগী মচানুপি "বাছাপী অমসুং কাছাং হোযগী মখুবা অতোম্বাগী মচা / মৌপ্পানি ?" লোযননা মহাক্কী নুপী অদুনা ঙক্না যেংখি অদুগা হবাওনা হায়বকখি "সাহিত্য কাব ওইনা মহক্না কোমনা ফংলবা রাবীমচা কযাবমগী এক্টর ওইবা যাবা "জেনটল ভিক্ষাবী"। ওফিসার মোহনদি থম্মোয শোকনা ঐগী মফমদা "কাছাংনা অহানবা মচানুপাদু পোকপদা লৈখিদবা, মচে বাছাপীনা মপুন্সি অমগী মযুম মকৈ পানদবা ওইনা মনাওনুপিগী অঙাংদো যোকপদা মপুন্সি কৎথোকপা, ঈশ্বং খংহৌদন গাওবুঢানা নোংগাখিবা, পুননমক চিখ্খদনা বাবি লীবম্বনি"।

-ঐসু নিঙমদবা অমা খুদক্তা খললকখি "শোযদনা কাছাংগী অঙাংদো ঐগী ইচা ওইবমগনি।" হঞ্জিন হঞ্জিন ঐবু অমুক্তং বংতার্মি তাননা চৎলগা "তাকলুসিবা ঐখোযগী শাগৈ মীং।"

( )( )( )

# ওকশা য়োনবা ফ্রান্সিস ঐগী ইচা ওইরম্লে

ঐ মেট্রিক পাস তৌববগী মতুংদা যুমগী শেল-থুম খুদোং চাদবদগী মখা অমুক তমথখিদ্রে। মতম খর্বনি পুলিশ-আর্মি খন্নবনি হাযদুনা মফম কযাদা চৎতুনা শেল কযাবোম মাংহল্লুবে। কদাইদগীবু ঐখোইগুম্না পলিটিকেল বেক্ যাওদবা, ইপা-ইপু সবকাবগা মবি লৈনদববু খনবিবক্কদবা ? ঐখোযগী যুমসিদসু নোংম-নোংমগী শেলথুম, অনা-অযেকনা চিংবা অৱাবগী অৱাবা। হন্না যেংখোকলুবদা ঐগী বাজী, ইমা ইযাম্বা অমা ইচল অমাখক্কা শুপনগী মীওই মঙা খক্তনি। ইযাম্বদসু লাইবিক লাইগুদা মাই কযা ওনসিন্দবনবা ঐনা ক্লাস তবেৎ তৰ্মলিঙৈ মতমদা যুম থাদোকলগা চৎখিবদগী ঙসি ফাওবা মফম কদাযদনো লৈবিবা খংখিদ্রে। ঐখোযগী ইনাক্তা লৈবা খুবা ড্রাইভাব "ইবোচৌ"নদি নোংমা থাসি হিল্সদা নুপি-অঙাং যাওদুনা থেংনবম্মি হাযনা তমলম্মী। মহাক্না ঐগী ইযাম্বদা "ইবুঙোহল, নংনা তৌবমলিবসে কবিনো ; যুমলোম্দনা নানাও অমগা নচল অমাগা তাদ। ইতৈমানা হিংলিবা ফিভম"। ইযাম্বদো ঙহাক মমিৎতগী নপি তৈথোকলগা খুবা পুন্সিদা মীমাম্নবগী পাঙ্গল যাওদ্রবদা মফম কনা খংজদবা অসিদা জাৎ তাবগা লেনখ্রগে হাযনা খল্লুবদগী লৈবির্বসিনি হাযবমলগা লাবিম্বাই হার্যাববা মফম অদুদগী অৱাংলোম্ চীংতম্বা লম্বেল অমদা চৎখিবা উহৌই হাযদুনা পাও অসি তমলবা খুদক্তা বাজীসু ব্লাড প্রেসাব খংহেন হেনগৎখি। ইমাসু মমিৎতগী পীবাংগা লোযনদুনা খোম্নোক্না ঐগী ইচা ইবুঙোহলসিনা চৎখ্রিবা লম্বেনসিবু হাযবগা কপচখি। নুমিৎ অদুদি

ঐখোয ইমুংসিদা কনাঅমত্তনা চাক-ঈশিং চানখিদ্রে। ঐনা ইমা-বাজীবু থেমজিল্লগা চৎখিবা মাদি চৎপ্রে, লৈহৌবিবা ঐখোযদি মীযাম লৈকাযগী মমাংদা হিংবা তাবনি ইমা ।।

ঐসু খিবা যাবা থবক মচা অমত্তা ফংলবদি হাযদুনা থীববগি মতুংদা কানদ্রে হাযদুনা অমুক্তা কলেজতা মীং চনদুনা প্রাইভেট্ কেন্দিডেট্ ওইনা পরীক্ষা ফমলুবদগী ফাষ্ট ডিভিজনদা মাই পাকলক্রে। অমুক্তসু নিঙম্মকত্রে কানদ্রবদা থবক থির্বনি হাযদুনা চহি অনি মতম মাংহনপ্রে, ঈশ্বরগী নোংদম হাযগদবা গুরাহাটীদা মখা বি এ সে তমলগে অদুগা ঐগী তন্নবা শেলথুম পুথোকনবা ওইনা প্রাইভেট ট্রেড এজেন্সি অমদা নোংমগী পুং ৫গী কন্ট্রেক সার্ভিস অমা চংলে, মবক-মবক্তা নাইট কলেজকী ক্লাস নংদবসু মযাওই।

বি এ পরীক্ষা হাযদোকপদা মায পাকলে। মখা করিসু খন্নদনা সবকাবগী অফংবা থবক মচা অমা চংলগে হাযদুনা ঐ পুক্রিং লেপ্লে। বেঙ্ককি পি বি অ, এল ই চি গী ডি অ না চিংবা ইন্টার্ভিউ কযা যাওবে। মতম অদুদা যুমলোমদগি মীপাও ওইনা তাখি মদুদি ইযাম্বা ইবুঙোহলদো মচানুপি চহি ১৪/১৫মুক শুবা অমগা লোযনদুনা যান্না ফিভম থিবা মওংদা হল্লকলে। ঐ ইযাম্বা লাকপগী হবাওবমদে, রাখল নুঙায৩বদি মহাক্তা পোকচবি মচা নুপীদুগা, যুমলোমদা শাগৈ-লৈকায মমাংদা ইমা বাজী-ইচলশিংনা অতোম্পা শাগৈ অমা যুমগী মৌ ওইবদুনা মীনোক-মৈশা ঙাংনবম্‌গদৌবদো খল্লুবদা। নহান মখৈদি জাৎ তাবে হাযবদো যুমদগী হেন্না লৈকায খংলমদেদো, হৌজিক্তী ইচলদো কবম্বা শাগৈ জাৎ ফবা মচা-মশুগী মমৌ ওইনা থাজগদবা। ওন্নোকপনিদা, খজিক্তংদি ভাব তাদেদা ইযাম্বসে ইতোমতা রাবৌজখি। খবনি লৈবগা যুমদগী মী থাবকলে, ইযাম্বদো টাইফেট্ নাবদগি তাইবং

থাদোক্লুনা লৈখিদ্রে যুমদা লাক্তবা যাদে হায়দুনা। মতাং অসিদদি ঐ যুমদা চৎলুবা যাদ্রে তঙাইফদনা মেঘালয স্টেট্ গোভর্ণমেন্টকী "লাইশন"(LIASON) ওফিসাবগী পোষ্টটা ইন্টার্ভিউ যাউবমলগা হল্লকখি। ঐ যুম হেক যৌবকপদা ইমানা নিঙমদবা খোঙ্গোক্কা লোযননা কোনশল্লগা কপচখিবা। ঐনা মখা তাথনা নুপিমচাদো কদাযদা চৎখ্রে হংলুবদা ইমানা অঙাংদো মৈতৈ-হিন্দী কবিমত্তা ঙাংথোকপা ঙমদে কপনতা লৈবদগী মামগী মনাক্তা নংগী মামগী মচানুপা তোম্বদা থিনথোকহনখিবনি। ঐনা খুমখি, ফবেদা হযেং তুংদা যাহা থোকপা অমা খল্লবসি। ইযাম্বগী শ্রাদ্ধ-কর্ম্মনা চিংবা খৌবম লোযবম্রগা অমুক্তা গুহাটীদা হল্লক্লম্মী।

নুমিৎ ৫নিমুক লৈববগী মতুংদা পোষ্টমেন অমা লাক্লুনা কলিং চিঠি অমা খুৎতা পিবম্মী। হাংদোক্লুনা যেংলুবদা "লাইশন ওফিসাবগী" যাওকবা ইন্টার্ভিউদা ঐবু খলক্লে অযাংবা মতমদা থনক জোইন তৌবনা চিংবা অতৈ অতৈ - - । তাঞ্জা অসিদসু ঐনা লৈবিবা যুম ভাবা অদুগী মপুগী মচানুপী শর্মিলানসু "তামোদি হন্দক-মবকসে নুঙাযবা পাও লাকলে হাযবা তায নচল ঐখোযবুদি মবক মবক্তা নিংশর্গবিগদ্রা খংদে" হাযদুনা হাঞ্জিন হাঞ্জিন কবেম্লবকখি। ঐনা মখা তানা 'কবি রানো শর্মিলা নংনা হার্যবিবসে থম্মোয শেংনা খল্লবর্বাদ নীংশিংবদাগি হেন্না নক্লগদৌবিবনি"। ফবে ' শর্মিলা" হর্যচৎ অর্যুক্তি নখোযগী যুম ভাবা থাদোকপগা লোযননা মেঘালযগী শিলংদা পোষ্টিং ওইনা ঐ চৎখ্রগনি। রাফম অদো হাযকবদা শর্মিলা মমিৎতগী পিবাং চেপ্পবকখি। ঐনা ফবে মি অতৈনা উখিবা থোক্লবদি যামনা লাম খর্নখিগনি। তৌইগুম্লসু মবক মবক্তা মহাকনা কলেজ কাবমদায মতমদা লোৎনা যেংখিবা মীৎযেং অদুবুদি মতম অদুদা ঐগী থম্মোযদা

নুংশি চৈনা ফাওখিদবদি নত্তে।

যুমজকৈশা নুমিৎক্কী অযুক্কী পুং ১১ তাবদা ঐ এপোইন্টমেন্ট চে অদুদা যাওবকপা ঠিকনা মতুং ইন্না শিলংগী ডিষ্ট্রিক লাইশ্বন ওফিসতা যুনিযব ওফিসাব ওইনা পুন্সিগী সবকাব থবক্তা অহান্না ওইনা শকখংনবে, ওফিস অদুদা বববাবু-কেবানী পুন্নামক্কা অহানবা ওইনা টি পার্টি মচা অমসু যাওমিন্নবে। অহান্না ওফিসতা ঙৈহাক লৈবন্নগা পিযন খান্সাবু পুবগা ঐগী কাটাব তন্না চৎলম্মী। ক্বার্টাবদু হেপি-ভেলি লাম্নোক্পদা লৈবম্মী, যান্না নুঙাযবা মফম "স্বর্গ অমবাপুবি" হাযবমক যাবা জাৎনি। লমদম অদু কযাদা ফজম্ববা মীৎযেং হোংনিংদবা প্রকৃতিগী দৃশ্য।

ঐখোযগী ওফিস অদুদা টাইপিষ্ট ওইনা শুবিবি নুপি মচা যান্না মশক মতৌ ফজবী অমা যাওবম্মী। ইনাক্তা কৌশল্লগা মমিং হংলুবদা "এলবিদা" কৌই অদুগা খাসি নিঙোলনি হায। ঐগী ইশা স্বায লাওখিবা খংহৌদে। মযুমদি জোৱাই মনাক্তা লৈবা বংতার্মি হাযবা থুঙ্গং অদুদগিনি তমলম্মী। মহাক্সু ' সাবদি কবি জাতিনো অদুগা যুন্না কদাযদগী হাযবনা চিংবা ৱাহং কযাবম হংলকখি"?

নুমিদাং মীকপ অমা তুমলুববগী মতুংদা মংদা মতম কুইনা উখিদবা ইযাম্বদো যুমদা লৈর্বনিসু হাযনা উবম্মী। ঐ মংফাওনবে, কবিনো ঙসিগী মংসে ওফিসতা লৈবিবি খাসি নিঙোল মাবু হাজিন হাজিন নিংশিংলকখি, ঐগী ইযাম্বনা লৌবম্বা নুপিদুসু খাসী নিঙোলনি হয। মহাকনা তাইবং থাদোকলমদায ঐখোযগী যুমদা শিন্নবমলগা অমুক্কা মমাগী মনাক্তা চৎখিবা নুপী মচা অদুনা হৌজিকনা মতৌ কবন্না। ফববসু-ফত্রবসু ইযাম্বনা পোকলম্বা মচা ঐগী শাগৈগী ঈ। নোঙাল্লগা ওফিসতা চৎপদা খজিক্তং ওইববসু

''এলবিদা'' দগী খোঙ্গুল খিজল্লুগে খল্লকখি।

অযুক্কী পুং ১০/১০-৩০ মুক তাবদা ঐ ওফিস যৌবে ১ ঐগী ওফিস কমদা ঙৈহাক ফমথবগা, কলিং বেল খিংলগা পিযন খানসাদা ''এলবিদা'' কৌবি টাইপিষ্ট নুপী মচাদো কৌহল্লম্মী। লাইবক খিবদি এলবিদাদি মশা নুঙাইতে হাযদুনা নুমিৎ মবীনিগী ছুটি লৌবগা খুঙ্গংদা চৎপ্রে হাযদুনা চেবোল অমগা বববাবুনা ঐঙোন্দা পাউদমলম্মী।

ঐসু চহী অমগা মখায শ্বিলংদা লৈববগী মতুংদা যুমদা ছুটি খবনিগী ওইনা খোবকখি। নুমিদাং চাক ঈশিং মযাম পুন্না চামিন্নববগী তুংদা ইমানা ঐঙোন্দা ওনশিল্লগা ''ইবুঙোতোন'', নংসু নোংমত্তংদি মতম কাইখোল্লগা নযাম্বনা থমলন্নবা ইশুঅনিগী খোঙ্গুল লীকচোদনা। মখোযনা মতৌ কবি-কবন্না হীংলিবা, শিলংদগী পংলাপ লাপ্তে হাযবনি মখোযগী লৈফমদো।

ঐনা ইঙক ঙকনা ''নুপা মচা অমসু লৈবি হাযব্রা''? ''মানি, নযাম্বনা রাবী লোযনা ঐঙোন্দা লিবম্বনি। ইমানা হিংলিঙেদা অমুক্তংদি ইশুসিংদো উনিংঙিদা'', হাযবন্নগা হিক্রা হিক্রা ইযাম্বগী মমিং কৌবগা কপখি। খুদক্তা ঐসু মিৎতগী পি তাখিবা খংহৌদে।

ঐনা খুমখি, মথং ছুটি লাকপদা শোযদনা নশুশিংদো যাওবগা লাক্কনি। নুমিৎ খবনি ছুটি লোযববগী মতুংদা মামগী মচা ইবাই তোম্বসু ঐগা শিলং হল্লকপদা লমকোযকনি হাযদুনা যাওবকই। ইবাই তোম্বনবু হাযবকই, নংগী নযাম্বনা খাছি নিঙোল লৌবগা অঙাং অনি থন্নমবদো খংহৌব্রা ? ইবাইদী অসুক কুপ্পা মতৌ কবন্না খংশিল্লুবিবা ? ইহে নযাম্বা লৈখদ্রবগী খবনি মতুংদা মচানুপি অহলদো ঐনা মফমদো আ- - - -জোরাই, বংতাবম্মিহাইবা খুঙ্গং অদুদা খিল্লমলিবনি। ঐগা ইবাই তোম্বগা তপথবা লৈতনা মথংগী

নুমীৎতা টেক্সি অমা রাইবগা জোরাই বংতাবম্মি তান্না চৎলম্মী। কনা খংনদ্রবসু টাইপিষ্ট ওইবিবি এলবিদা থিবগা মাঙোন্দগী ইযাম্বনা পোকলম্বা ইচা অনি অমসুং খাছি নিঙোল ইতৈমাগী খোঙ্গুল থিকগে হাযদুনা খনখি। গীর্জা মনাক্তা লৈবা দুকান অমগী মনাক্তা টেক্সি অদো খামলম্মী। ঐখোয অনিনা মী অমগা রাবি শাবিবদুগী মনাক্তা সাইন বোর্ড চাওনা থেৎলিবা মাযকৈদগী ওকশা যোন্না নিপা মচা অমা থোবক্লগা মচেৎ মচেৎ হিন্দীদা ''ঐ এলবিদাগী মৌপ্পানি'' হাযদুনা মখোযগী মযুম তন্না পুবম্মী। লম্বেলদা ঐনা ওকশা যোনবা নিপামচাদুগী মমিং হংলুবদা ''ফ্রানসিস'' কৌই হায। অমবোম্‌দনা টাইফেদনা কন্না নাবিবি ''এলবিদানা'' ঐখোযবু ইখং খংদনা লাকপা উবদা ''সাব, উয়েলকাম টু আরাব লিটল হোম' হাযনা কৌশিল্লকই। ঐখোযনসু থেঙ্কস্ হাযকগা চংলম্মী। মখোযগী থোংজিল মপান্দা যেংথোকলুবদা মশক-মযেক থোক্তবা 'মমা-মপা 'গী ফটো অমা থেৎপা উকবদা ইশাসে শ্বাই লাওখিবা খংহৌদে। ইবাই তোম্বনসু ঐঙোন্দা মুন্না যেংলগা ''মখোয অনিসে মযাম্বগী মচানিনে ইবুঙোতোন''। রাবি রাখোং থিজিল্লুবদা অঙাং অনিসিবু পোকলম্বা মামাদসু শাগৈ অতোম্পা অমদা মখোযবু থাদোকলম্লগা মযুম পানখ্রে হাযনা খংলে। মবাইবক থিববি টাইপিষ্ট এলবিদা ১সুং ওকশা যোনবা ফ্রান্সিস কনা অমত্তা ওইবমদ্রে, ইযাম্না ইবুঙোহলনা পোক্লম্বা ইমাগীনা মশুনুপী/মশুনুপা, ঐগীনা ইচানুপী ১সুং ইচানুপা ওইবম্রে।

# হোজাইগী ইন্দিরা

ইনকাম টেক্স ওফিসাব ''বিবেন্দ্র অমসুং তম্ফাস্না''গী অমত্তা পোকচবী মচানুপী ''ইন্দিবা'' চহী তবেৎ তা সুবীগা লোযনদুনা যান্ন নুঙাযবা পুন্সিগী খোংচতা হোজাই লমদম অসিগী উদযপুব খুঙ্গং অসিদ লৈবম্বনি। বিবেন্দ্র অঙাং ওইবৈঙেদগি লাইবিক লাইশুদা থরাই যাওবা, মপুক মপাউ ফবা, অহল-লমন, থকসি খাসি নাইনা চৎপা মীওই অমনি। বিবেন্দ্র ঐগা যান্না লুন্না চাননজব মরূপ অমনি, খুঙ্গং অদুদা ঐখোয অনি ক্লাস অমতদা তম্মিনৈ, বাজীখোযসু লৈবিঙেদা ঐখোয অনি ''ইতাও'' শান্নহল্লমবদগী ঙসিফাওবা মবি লৈনবাগুমনি। ইতাও বিবেন্দ্রবু পোকপা মপাবুং, মহাক্লা ক্লাস তকক তমলিঙৈ অদুরাইদা সংসাব অসিদগী থাদোক্তুনা চৎখ্রবসু থৌনা-ফবি. লালোন-ইতিক্তা খুমাং চংশনবী মমা ''সানাবৈনো'' মচাগী লাইবিক লাইশু তম্বদা থক্ নিংহনবা থমলমদে।

ঐগী বাজী ''মাইপাক'' তাঞ্জা, অদুগী যান্না মমিং চৎপা লৌশিং মযামগী মপু ওইবা মহাজন অমনি। বাজী মশামক লাইবিক থোযনা হৈত্রবসু ঐবু লাইবিক-লাইশুদা যান্নমক মীকোক ওইদ্রবসু মতিক চাববা মীওই অমা ওইবসে পান্নমলিবনি। অযাম্বা মতমদা বাজীনা রাবক রাতেমলিবনি।

নোংমা বাজীনা হাযবকই ইবুঙো কান্তা ঐগীদি লৌশিং অসুক যান্না লৈবিবসিগী মথক্তা নংবু মী অমা ওইহনবসে ঐগী ইথৌদাংনি, লোযননা

হোজিক্কী মতমদা লাইবিক-লাইশু হৈত্রবদি মীযামনা মীথানদে ''ঐনা খুমখি'' ঐসু বাজীগী মাই ঙাকনবা মতম পুন্নমকত্তা খল্লিবনি।

-বাজীনা নোকনীংবা মাইথোংদা অদুমকনি ইপানা পামলিবসে, নংগী নতাও বিবেন্দ্র উবেদনা, চহি খুদিংগী যাওবা পবীক্ষাদা মীকোক ওইদুনত্তা লাকলিবসে মমা লুখ্রাবী অদুনা কযাত্তা ৱানা লাইবিক লাইশু তমহনলিবা, শেৎপা চাবা মনিং থুংবোই-থুংদবোই লৈকাযদগী চেং চাবা অমা লুপা-পৈশা অমা হাযদবমখে মনিন চেকমুক লাওদনা মমা-মচা মীগী মামাংদ মীমন্নবা পাল্লিবসে।

ঐনা ঙহাক শাওনিংবগী মাইথোংদা খুমলকখি ''মতম পুন্নকতা মীগা চাংদমনবসে ঐ হৈনদে'' ঐগীসু ইবায়বক্তা তমলমবা অমদি লৈবমগনিদ। তাঞ্জা অদুদা ইমাসু ঐঙোন্দা মতেং পাংশনলকপগুম

-ইমানা হাযবকই 'কবিনো খংদে, মপানী হাযনা মচানিপা অমত্তং লৈবসিদ, মাংদা তুংদসু কনা অমত্তা যাওদ্রবা, কবক কবক যেংশিনবা তৌনা, নোংমা যুমকৈ পাল্লগা মবাই ফজগনি।''

বাজীনা ইমাদা ওনশিল্লগা ''ফবে, ফবে নমা-নচা-মাইকৈ অমবোমদা লৈত্তিবনীন ভোট মশিং যাম্রে কবিমত্তা ঐ হাযজববোয''। বাজীদো ঙহাক মকম মকম শোল্লগা থোঙাল মাইকৈবোমদ থোকখিবন্মি। ইমাসু ঐগী ইনাত্তগী থোকখ্রগা লৈবিবা থবক শুবা মীওই মযাম অদো ঙহাক ইশ্বোল-যুমগী থবকতা শেন্নবগুম তৌবমলগা ইমুংলোমদা চৎখিবন্মী। ঐসু তশেংনদি চৎখিবা পবীক্ষা অদু মায পাকখিবদি নত্তে, লাইবিক হৈত্রবা বাজীদুগা ইমা যাওনা নমথাক তৌদুনা মায পাকলে হাযদুনা হাযশিনখিবনি। ঙহাক ঐনা ফমলিঙৈ ইমা চংলম্মী।

ইমানা হাযবকই ''কবিসু খল্লুগনু, যুমগী লৌ-শিং সম্পতি অসুক যান্ন লৈবিবসিদি, কবম্বা যুগতা কনানা চাদুনা লোযগদৌবিবনো। সে, সে লুপা চাম সে পুখো, পকেট খবচা ওইননবা, বজাবদা ঙহাক কোযথোকল্লুচো নমোন নুঙাযনবা, নপা খংহনগনু।

-ঐনা খুমলম্মী ''বোর্ডতা চংলগা পৈশা-লুপা খবা পিশিলগা পাস ওইহনলগা লোযবেদনা মেত্রিক থাবগী মতাংদা''

হন্দক মবকসে ঐগী ইতাও বিবেন্দ্রসু খবা কাথোকনবে, লাইবিক তম্মীনবসু ক্লাস মান্নদ্রে, মমাঙ্গেদদি নোংমগী অমুক উনহৌদ্রবদি ঐখোযতাননা যুমদা থিদুনা লাক্লির্বনি। ঐনা পবীক্ষা ফেল ওইবদগী ৱাখল নুঙাযবমোয হাযনা খল্লিব্রা খংদে ঐসু মখোযগী মামাগী মামাংদা ইকাযবোম চৎখিদ্রে। মীওইবা হাযবসে থাক হেক মাননবকত্তবদা মকপ মপাংদি লাযবদনা, মচিন মনাও পোকমিনবা ফাওবা হংগোইবপ তৌনবগুম, ইতাও বিবেন্দ্র অমসুং ঐগা নকশিনবন্না মনিদো নোংম-নোংমগী লাপথোকনখিনা হৌবকখি। ঐ মেত্রিক পবীক্ষা অনিবক ফমলুবগী মতুংদা মায পাকলকতদুনা মথা লাইবিক তমথখিদ্রে। নুমিৎ খুদিংগী নুমিদাং ৱায কৈথেলদ থোকলগা বিযেব বাব চংদবগি হৈনদবা ওইবকলে। নুমিৎ খুদিংগী মকপ মপাং অনৌবা মশিং যামখৎলকলে, তুমিন্না বাজী তুমখিবগা নুমিদাং থেংনা যুমদা হনজিনবগী হোৎনবম্বসু কখানি। মবক-মবক্তা ঐগী মবম ওইদুনা বাজী-ইমাগী লাঞ্জাও কযাবমসু হৌখিবা যাওখিবনি। ঐগী মবমদা বাজী খংখিগনি হাযদুনা মবক মবকতা হৰ্চাকি ব্রাণ্ডিগী লেবেল শোগাযবা বটল-কযাবোম থমলম্মী।

-বাজীনা নোংমা ইমাদা চৈখিবম্মি ''নংগী নচাসে মী ওইববোইদৌবনি, লাইবিক লাইশুসু তমনিংদ্দ মশাসু লৌ শিং যুমগী থবকতা মাযওনশনবা

উদে, ঐখোয় লৈখিদবগি মতুংদা কবি তৌবগা মবুকচাক কলহৌদৌবিবনো খংদে, নুঙানবদগি-নুমিৎতাব ফাওবা সাইকেল অমগা শেগা-মাইগা রাবী-রাতাই তান্নবা ফাওবা মশাসিদা মীকুপ অম শংদে।''

ইমানা খুমখি ''সংসাব অসিদা লাইবিক হৈতবা মীওই মযামসু হিংলি, নহা-পাখংনি মতোমতগা ওইবনিনা খবা কেজবে কেদৌনি।''

-বাজীনা ইমাদা ওনশিল্লগা ''নংনা নচাসে পুংমাং মাংহল্লবনি, লুনা তৌবা হেন্নজিনবদগী শোযগদৌবিবনি ' বাজী পাপচেনবা মীওইদা হবিনাম শোনদুনা লাইনিংজৌ হাযবগী কান্নদে খল্লদুনা মুকম মুকম ঙাংলমলগা থোকখ্রে।

ঐ ঙাংলিবা পুন্নমক হাযফেৎ তাশিন্নদবোই নুমিদাং রাইবম যৌবকলব অদুদা কৈথেল তাননা সাইকেলদো ইনথোবকলগা যৌবকলম্মী। নুমিৎ খুদিংগী বিযেব বাবদা ফমিননবা তাদ ''লুকেশ''তো হেক থেংনবম্মী।

-তাদ লুকেশনা ''ঙসিদি, ইনাও ঐগী রাখল যান্না নুঙাইতবা নুমিৎনি''।

-ঐনা হংলুই ''কবি পেনদবা লৈববনো ? তাদ''

তাদ লুকেশ না 'মী তাখিগনি, নতৈমদো মবুং অনিখক লাকলগা ওকতবা যু যৌবা ঐগা লৈবগা মচনগী পুন্সি মাংবা তাবে হাযদুনা পুবগা চৎখ্রে।''

ঐসু মখা তাথখি ''ঐখোযগীসু বাজী-ইমা ঙহাক লৈতনা পংখত খৎননবা, ইমাদুসু অহল ওইববা বাজীদুনা মহাক্কী চৈশু ওইবিবা লিচৈ অশাংবা অদুনা কনথবকপদগী মখ্যাং নুঙাইতে হাযদুনা লৈহৌবি যুমদা।''

-তাদ লুকেশনা খুমলকখি ''নং খামবা খোৎপা তৌবা যাদ্রনে?''

-ঐনা ''কদাযদগী, অহল খৎনবগা অঙাংনা খাম্মী হাযবগে''। মখা

তাথখি রাখল নুঙাইতবসে তাদনা খবা হেল্লবনিনা ঙসিগী ববগী শেন্নাংসে পুথোকপা তাবেদনা।

-তাদ লুকেশনা "নংগীসু নুঙাযতবা খজিক্তং মযেং হন্নবা, ঐনা বেগপিপাব হুস্কিদো হাফ ওইনা, নংনা কাত্তাব ওইববসু যাবেদা।"

ঐসু ফবে ফবে হাযবগা ঐখোয অনি বিযেব বাব তন্না চৎলম্মী। লাইবক থিবদি বাব অদো থা অবোযবগি নুমিৎনি হাযদুনা থোং-থিংলম্মে। তাদ লুকেশ যাম্মা রাখল নুঙাইতবগুম ঙসিদি ঐগী নুঙাযবতসে "ইংলিসসু" যাওবমাপ্রে কৈদৌনি "লোকেল" ওইনা নোংফাদোক মহুৎ শিনবা তারেদনা।

-ঐনা যান্ন ঙক্লা "তাদগী অরাববু মতৌ কবন্না "ইংলিস"না অসুক লাপ্পা ইংলেণ্ডদ খংলুবিবা অদুগা "লোকেল" হাযবিবা অদুনদি ইতৈমাগী মহুৎত্তা শিনবিনবা ইবায লাযনা ফংবাজাৎনি।

-তাদ লুকেশনা "পংগ্রেদা নংসে, অফবা ছাত্র অমা ওইবা ঙমদ্রবদি ফৎওবা ওঝা অমা ওইন ফৈ হাযবনি।" লোযননা ইংলিস হাযবদি ফেক্টবি দগী লাকপা হুস্কি, ব্রাণ্ডি না চিংবা অদুগা "লোকেল" হাযবদি চেং অপুম্বা, চিনিদগী শেম্বা চুল্লাই যু হাযবনি।

ঐখোয অনি ঙহাক নোকমিননববগী মতুংদা তপনা তপনা "বামগী চুলাই ভাট্টী" হাযবা হোজাই বেল ষ্টেসনগী মনিংদালৈবা মমফদু তাননা চৎখিবম্মী। অহানবা ফমখিবনবা খংদে চেংখি মচুদুগা, মনমদুগ হাযফেৎ হৈনবমদে, কোননদি ঙাওবা চপ মান্নখিবগুম তৌখি। অসিনদুম ফবেদা শেলসু কোমবা নোংফাদোক লুপা-পৈশা যান্না পাযদবা ঐখোযগীদমক্তা ওইনা।

অসোমদনা ইতাও ''বিবেন্দ্র'' বি এ পাস তৌববগি মতুংদা ইণ্ডিযা গোর্ভমেন্ট গী মখাদ ইনকাম টেক্স ওফিসাব ওইনা সবকাবগী থবক চংখ্রে হাযনা তাবম্মী। মমা ''শানাবৈ''না হাযনা-শিংনদুনা ''এক্স-মিনিষ্টাব নোংজায''গী অমতা পোকচবী ''তম্ফাসনা''গা লুহোংমিনখিবম্মি। মখোযগী সংসাব অদুদসু যাম্মা নুংশিজববা মচানুপী অমা ফংলম্মী। নোংমা মচানুপী ''ইন্দিবানা'' চহী তাবেৎমুক শুবকপা অদুরাইদা মপাবুং মনাও অনিদু মপাগী কনফাবেন্স অমা যাওবা চৎলম্মী। হল্লকপগী খোংচৎতা মখোযনাতোংলিবা বাস সুপাবদো ''সোনাপুব'' তুবেল থোংখাদা এক্সিডেন্ট থোকখিবদগী যাওবিবা পেসেঞ্জাব মীওই পুম্বা হিংদ্রে হাযবা তাবদগি অহল ওইববা মবোক ''সানাবৈ'' খুদক্তা বি, পি ষ্ট্রক ওইদুনা নোংগাখিবম্মী। ''ইন্দিবাগী'' মবাযবকতা থাবল ফবব অহিংদা অপাযবা নোংগী মমীনা কুপাশিনখিবগুম থোকলে। অঙকপনি মীওইবগী পুন্সিসে অসুম হাযনা থোকলক্কনি হাযবা কনানসু খংবা ঙমদবাগুম্মনি।

ইন্দিবাদী পোকলিঙৈদগী মপা-মমা কাইনখ্রবসু মবুথৌ এক্স-মিনিষ্টাব নোংজাযগী সনা লৈকোলদা নুঙায-যাইফবা নুপীমচা অমা ওযনা নিংতম্না পালম্মী। মতমগী খোংচতকা লোযনদুনা ইন্দিবা বি, এ এল এল বি ডিগ্রী লোযশিল্লকলে। মীযাম অযাম্বনদি ইন্দিবাবু ''নোংজাযগী'' মসু মত্তে মচানি হাযনা শকখংলিবনি। অখংবা মীওই খজিকতনা খংজবগী ৱাবীনি। ''নোংজাই'' টাবমস অহুমলক ভোট মাযখিববসু মবিসুবা টাবমদদি মবাইবক ফবকলত্রা অমুক্কসু ভোট মাযপাকলদুনা আসাম সবকাব মনুং চম্না বেভিনিউ দিপাবমেন্টকী ''কেবিনেট মন্ত্রী'' ওইবে। মন্ত্রী ''নোংজাযনা'' মচা-নিপা যাওদবনিনা মশুনুপী ''ইন্দিবা''না অযাম্বা মতমদ ''সবকাব পুবদা'' অবোনবা

লোশিংনা চিংবা তেংবানলম্মি।

-নোংমা মন্ত্রী নোংজাযনা হাযখি 'ইস্তনুপী, পুপুগী ফাইলসে অমুক্ত চেকশিন্না যেংশিল্লো''। অনৌবা মীবদমদগী লাকপা কমিশনার-সেক্রেটারি শিংসে ওন্থোকনা বারী-রাতাই তান্নবা নুঙাযখিদ্রে। মখোযবু ফম্নাল শিনদোকহনগে হোৎনবসু ঐখোয ''চীফ মিনিষ্টার' সাহেবসিনা দিল্লীদগী আঃ সেন্ট্রেল মন্ত্রী নএগা সেক্রেটারীনা চিংবা মখোযগী মরি মতা থোকই বাকৌখিগনি হাযবগুম ' পুপুগী ' উপায কৰিমতা লৈতে।

লাইরিক হৈবী ইন্দিবনা খুমখি ''ভসিদগী'' পুপুগী'' অকুপা ফাইল পুম্না নত্ত লোযনা যেংশিনজাগ। অযান্না মতমদগু ওনারেবিপি ও অমগুম ইন্দিবানা মতেং পাংলগী মন্ত্রী নোংজায মস্তনুপী ইন্দিবা তান্নদন কারগুম্বা অমগা অকৰা মওাংদা বাবেদা লৌখিবা লৈতে। লৈপাক খুনাযগী ওইবা রাফম ফাওনা মস্তনুপী য়াওনগা লৈরম্মি।

নোংমা রেভিনিউ সেক্রেটারি লাকলগা 'সিসটার ইন্দিবা য়ুমদা লৈত্তবরা'

ইন্দিবা হোনবলগা 'করি তাকর্পিসিগে সেক্রেটারি দাদা। সেক্রেটারি' মতম কইনা ডিমান্দ তৌরকলবা এন জি ও থবগী লেণ্ড এলোটমেন্টগী মতাংদাদা ।

ইন্দিবানা হায়খি মতাংসে ইপু মন্ত্রীগা ওযন লৈন্নরিবা ফগদৌমাল্লে।

সেক্রেটারি ' অদোবু সিসটারবনা পোজেক্তগ সাজেসন অমত্তং পীরিবর্বাদ শোযদনা মন্ত্রী সানগা কোমনা শংদাম্নবা যাগনি''

ইন্দিবা নোকনা নোকনা খর্মাখি 'মগুন ঐ পুপুগা ফম্নবা তান্নজবক্কে।'

মন্ত্রী নোংজাযগী নোত্তা লাকপা মীযাম চখংনা থবনদি রাকৎচে

থবক অনৌবা চংবা, চাউখৎ লমদাংগী শেল কামথোকবা ফাওবা ''ইন্দিরা'গী অযাবা যাওদ্রবদি অবেম্বনি হায়না খংলমলিবনি। মন্ত্রী নোংজায় অহল ওইমনখিদুনা মবক্তা মন্ত্রী ফম্বাল মতম লোযদনা থাদোকখিবম্মী। মায়কৈ পুম্বদগি নোংজাযনা মন্ত্রী তোকথোকলবদি মহাক্কী মহুৎতা মশুনপী মশক-মতৌ ফজবী, লাইবিক লাইশু হৈবী, রাংঙাং ফজবী ''ইন্দিরা' দা ইলেকসন কেন্দিডেট ওইনবা খোলাওনবম্মী। মীযান্নসু নোংজাযনা মন্ত্রী ওইবিঙেদা শেঙ্গা-থুমজা তৌদবা, লৈবাক-খুনাযগী শেমগৎ-শাগৎপদা থরায চংশিনবা অদুমক্কী শিংথানবশুম ''ইন্দিরা'' কেনভাস্ ইতৌ-তৌদনা বাই ইলেকসনগী ভোটতা মায পাকখিবম্মী। আসাম সবকাবগী মনুং চম্না মযুম-মকৈ পানদ্রিবা লৈশাবী মচা ''ইন্দিরা''বু ইযুথ রেলফেযাবগী মন্ত্রী ওইনা ফমশিন্নবম্মী। মহৌশাদগী মৈতৈ নিঙোলগী ফীজেৎ লৈতেংদা খুমাং চাওশনখিদবশুম পীকলিঙৈদগী হৈন্নবী ওইবা মশাগা চাননবা স্কায মচুগী লিকোপাব জিনস্, খ্বাং ইঞ্চি কুনথ্রামবি সইজকি, টোপ অঙৌবা, মমিৎতা বেনটাক্কী মানগ্লাস, বোব ককলবা মশমদা হেদ বেণ্ড ওইনা শুলাপ মচুগী বিবোন, মখ্বাংদা বিবোক কোম্পানীগী পাইন্টেড খোংশুপ উপতুনা ''বাজভবন''দা গভর্ণব না চিংবা, চিফ মিনিষ্টাব কেবিনেট মন্ত্রী, শক্লাযববা সবকাবগী মীহুৎ কযাগী মমাংদা রাশক লৌখিবম্মী। ইন্দিবাগী মশক উবদা অহল ওইববা চহি হুম্ফু তবা তবেৎমুক শুববা ''গভর্ণব'' সাহেব ফওবা লোযনবি নুপী মেমসাহেব যাওবি হাযবা কাওথোকলুবদগী খুজিনবা শিকম্নদুনা-ইকাযবা যাওনখি নুমিৎতো। অযাম্বা মীযামসু ঙকনখিবা যাওখিদবা লৈতে মিতিলদো।

''মন্ত্রী ইন্দিবা''গী ডিপার্টমেন্ট অদুদ নহা পাখং নৌনা ফংলকপা আই এ এস ওফিসাবদগী চিংবা মখা থংবা সেক্রেটাবী, পি,ও অমসুং পি

এস ও ওইনা পোষ্টিং ওইকখী দমক্তা তুমিন্না রানোম রাতেম শেল পুথোকতুনা দিসপুবদা ''কিউ'' ওযনবিবনি।

নোংমা হোজাই লমদম অসিদ লৈখিদ্রবা ''মপাবুং অমদি মমাগী'' মমীংদা নহাবোলগী শান্নবুং (ষ্টেডিযাম) মচা অমা কৎথোকপগী মতাংদা ''মন্ত্রী ইন্দিবা'' নুমিৎ নিনিগী থৌবম-পবেং লোযননা লাকলমবনি। হোজাই লমদম অসিদস্ মহাকপু হেক উবদা নৌনা যুম পাল্লবা নুপা-নুপী পুন্না তোংমিনবা স্কুটাব বাইক না চিংবদগী মশাগী নুপী তাহৌব ফাওবা খংদবা যাওবিপোৎনি। মশক মতৌদা ফজবে ঐমা ঙাযবে হাযনা লৈবা নিঙোল মচাকযাবোম মতম নুমিৎ নিনিদো নুংশি চান্নববা থম্মোযগী নিপা ফাওবন কাথোকনবিবনি। কাংলুপ খবনসু খবা যাংনা হোজাইদগী চৎখিনবা অমদি যাংনা মযুম পানখিনবা হাযবদুনা লাইবুং কযাদা ধূপ-বর্তিত কৎখিদব যাওখিদে।

অবোযবা নুমিৎকী থৌবম পবেং মতুং ইন্না হোজাই লমদমদসিগী অফোংবা মীফম অমদা অথোইবা মীহুৎ ওইনা ' মন্ত্রী ইন্দিবা'' লৈতেংলম্মী মহাক্কী তেনতকপা রাহৈ খবগা লোযনদুনা লৈখিদবা মপা মমাগী মমিং পল্লগা নিংশিংদুনা মমিৎতা পীবাং চেনর্থাখিবগা লোযনাদুনা রাহৈ খবতং ঙাংলম্মী। মিতিল অদুদ তিনবিবম্বা মীযাম অযাম্বনসু তুমিন তুমিন মমিৎতগী মপি তৈথোকনখি। ''মন্ত্রী ইন্দিবা''না রা-ঙাংলিঙৈ মতম অদুদ মীযাম মনীংদা লেপ্পা অহল ওইবপ তৌবা মীওই মশক-মকোয চোমলম্বা, ফীবোল শেগায-তুগায শেৎপা অমনা যাম্মা কনবা খোলাও দা হক্কিন হক্কিন লাওবকখি ''ইবেম্মা নংগী রাহৈদু অশোযবা যাওবে''। খুদক্তা ''মন্ত্রী ইন্দিবা''সু মখুৎত্ত পাইবম্বা মাইক্রোফন তাখিনা খংহৌদে, মীযাম খর্বাদি দৃশ্য অদু ঙকনা

য়েংনখি। শিনবিবগ্না মিতিলগী কাংবু খবনদি অঙাওবনি নিপাসে, মচিনদা অবাকপ ঙাংবনি হায়বনচিংবা কন্নামত্তনা ৱাবিদো তাবিখিদ্রে।

ইন্দিবা মহাক্কী চেকপল ৱাংনা খাববা মন্ত্রীগী অৱাৎ-পা নাইদ্রবা শঙ্গায অদুদ নুমিদাং অহিং থেংলাব ফাওবা তুমথখিবা যাদ্রে। ৱাহং অমনা মতোমতা কবেন্নবোই হংখি "অঙাওবা মাল্লবা অহল অদুনা হায়খিব ৱাহৈদো কবি মবমগীনো ?" খল্লকখি ৱাহংগী পাউখুম ৱাবী-ৱাতাই শাল্লবদা ভাব তাশিল্লকত্রবা মহাক্কী "মবুধৌ"ওনা পীবা ঙমগনি হায়বসে।

-হংলম্মী মন্ত্রী ইন্দিবা "পুপু, অশেংবমক ঐগী পাপা-মমাদো থোকখিবা গাড়ী এক্সিডেন্ট অদুদ শিখিব্রা নত্রগা মখোয অনিগী অশিবা হকচাং ফংখিদ্রা"

-মবুধৌ এক্স মিনিষ্টাব নোংজাযনা কপলগা "অসুক কুযনা কাওথোকলুকবা ইচা-ইমাক অনিদুগী মবমদা কবিনো ইশুনা হায়বিবসে।"

ঙহাক পীবাং চদুম চদুম চেন্নবকপগা লোযননা অমুক্কা হায়বকখি কায়বব খঞ্জেলদা "নমা তস্ফসানাগী হকচাংদি পোষ্ট মর্টেম বির্পোট কা লোযনা ফংখি মবি লৈনব সোনাপুব পুলিশ ষ্টেসনদগী অদুগা নপাবুং "বিবেন্দ্রগিদী" থিবা কযাবোম থিববগী মতুং, ঙসিফাওবা ফংখিদ্রে হায়না মশুনপী ইন্দিবাদ কপ্পা কপ্পা তমখিবম্মী।

ইন্দিবাসু "ঙহাক, লৈখিদ্রবা মপাবুং মমা কৌবগা নোং-থাকপশুম, কপচখিবশুম মওংদা ঐ ঙসিদগী কৈদৌঙৈদা পুপুগী মফমদ অৱাবা অমুক হন্না পীববোয"। ৱাশক খিবা মতাশুম্‌বনি।

ইন্দিবা মওল মওল খল্লকলম্মী "ওন্নোকপনিদা, ঐসে অশেংবা অমগী দমক্তা ঐবু মী অমা ওইনা শেমগৎপা শাগৎপা মীওই অমগী মফমদ পল্লেপফম যাওদ্রবা মংলান খবগী মংফাউনবগীদমক্তা চৈথেং কযা পিখিবম্মে"

হৈ ইশ্বব ঐবু পংলব ননাইনি খনদুনা অমুক্তং ঙাকপীযুকো''। খল্লকখি কদোমদনা তাইবং কনা যাওদ্রবসু থিখিগনি চহি কুনথ্রামুক্কী মমাংগী থোকখিবা মপাবুং মমা অনিগী মবি লৈনবা মতম কুযনা কভাব যাওদ্রবসু ফাইলগী শক্তম নৌহোনা ''সোনাপুব পুলিশ ষ্টেচন'' দগী ''মন্ত্রী ইন্দিরা''না মহাক্কী পাবসনেল সেক্রেটবী যাওনা মথংগী নুমিৎতা ''সোনাপুব থানাদ'' অযুক্কী পুংশিং নিপানমুক তাবদ থুংলম্মী। মন্ত্রী ইন্দিবানা ''ও সি , অমুক্তং কৌবকওঁ।''

-সিপাহী অহল মকোক ওইববা অমনা ''সালাম মেমসাহেব, হাযনা থৌগল তৌবম্মী।''

সিপাহী মকোক ''ঙহাক্তং কবিনো, ও সি অসিগি মবাযবকসে ঙবাংত্তা এস পি সাহেব লাকতুনা মতু-মচাদগী হৌম্না চৈবম্বা মীচৈথী, ঙসিনা মপা মপু, মবুথৌ-মরেন খোযগী লাংবন থা যৌদনা তর্পন কৎপা তাবেদনা''। হাযনা হাযনা সোনাপুবগী ও সি , চেনথবকলগা খুদক্তা সলাম মচা অমখক্কা

-ও সি ''কবি তাকপীগদবা, মেম সাহেব''।

-মন্ত্রী ইন্দিবা না ''ঙসিদগী হৌনা চহি কুনথ্রামুক্কী মমাংদ থোকখিবা কেস ডাযেবি, বেজিষ্টাব না চিংবা থৌদোক-রাথোক কযাগী মবমদা ইনভেসটিগেসনগী পার্সেনেল সেক্রেটাবি যাওনা থিজল্লম্বগী হুকুম তৌখিবম্মী।''

ও সি ঙহাক কোযযেং যেংলগা মেডাম সাহেব কুযববা চে-চাং ফাইলনা চিংবা ফংখিদ্রে, লৈবিবা সোনাপোব পুলিস থানাদসু মমাঙৈদদি বেব-বাতামনা শাবা খাংপোকযুম অমখক ওইনা লৈবম্মী হায, মহাস বক পাকথোখিবগী মতুংদা ঙসিদি ''দলান্দগী'' শক্তমদা উবিবিবসিনী, ঐনা থানা

মকোক ওইনা লৈবিব অসিসু ঙসি চহি অম মতম যৌদ্রি "মেম সাহেব" যুম হোংদোক-হোনজিনদা চেকশনহৌদবা মমাংগী পুবম্বা ওঝাশিংনা অবিবা ফাইল, চে-চাং মাংহনখিবা ওইবমগনি"

-মন্ত্রী ইন্দিবা কায়ববা থম্মোয়গা লোযননা 'থেংকস্, ব্রাবিকশীদমক্তা" হাযবগা সোনাপুব থানদগি মতম ইকুযকুইদনা থদোক্লম্মী।

ঐনা নোংমা বেল ষ্টেচন মযাদা কা-পান যোনবা মীওই অমা ওযনা কোযচৎ চৎলিঙৈদা মশক মকোধ শোংলবা ফীবোল শেগায তুগায শেৎপা অঙাওবা মানবা মীওই অমনা মুননা যেংলগা কৌনকই "ইতাওবি কান্তাবা"।

ঐ ঙহাক থুমখিদে। কনাগুম্বনা ঐঙোন্দা নোংমগী চাক-চাবা অনি তাল্লিবা ফীভম অদুদা কবেম্নবা ওযবমবমাল্লি থল্লদুনা '

-অঙাওবাগী শক্তম মীওই অদুনা অমুক্কা হন্না "ইতাওবি ঐ নংগী মকপ বিবেন্দ্রনি' ।

ঐ ঙকনা যেংলগা ঙসিদগী চহি কুনর্মাব মঙামুক্কী মমাংদা কাযনখ্রবা মকপদুনি হযবা খংলদুনা কোনশিল্লগ কম্পীনখী "অসুক থিববা ইতাওগী ফীভম মতৌ কবয়া ওইখিবনো"।

ইতাও বিবেন্দ্রনা লিবকখি "নোংমা ঐগী নপী যাওনা গুহাব্রাটীদগী হল্লকপ খংচত্তা ঐখোযগী গাড়ীদো এক্সিডেন্ট ওইখিবনি, কল্লবা সোনাপুব তোবেলগী ইশিং ঈবৈনা চেনথবকপদগী মাইল মবি মঙা লাম্পা মফম অমদ ঙাফাবা ট্রাইবেল খবনা ঐবু থেংনদুনা ইশিংদগী লৌখৎলম্মী। মীওই খবনদি ঐবু যাম্না থীনা ফু চৈবীবা তৌবগা ইশিংদা লংথবিবকপনি হাযনখি তশেংবদি এক্সিডেন্ট গাড়ীদো অহুম মবিবক ওনখিবদা শোকখিবা ঐগী হকচাংদো ওইবমগনি। তাঞ্জা অদুদ ঐ ইশামক্কী মিং, কাথাযদগী লাকপনো হাযবা জ্ঞান

তাখিবমদে। লাযরবা ঙাফাবা খুনাই লৈকায অদুগী চাক খবা চাদুনা হিংলম্মী। যুমথোংগী ভীক্ষাখবনি, থবক ইংখাং শুবীবা যাওকরবদগী চাক চবা অনি অহুম পীজবগুম ''অঙাওবা'' মীওই অমা ওযনা চহী কুনমক মফম অদুদ লের্নখিবম্মী। নোংমা ঐগী হেক মাংদা ডাউন ট্রেন অমগা আপ মালগাড়ী খেংজন্নদুনা চাওববা এক্সিডেন্ট থোকখিবম্মী। ঐ খুদক্তা রানথখিবগুম লৈমাযদ তাখিবম্মী মীকপ থোকলকপদা ঐ হান্নগুম ভাব লোযনা তাবকল্লে। খংলে ঐগী লোযননবী নুপীনা হিংলমলবোই হাযবা থোকখিবা এক্সিডেন্ট অদুদ অদুগ লৈহৌবিবী চহি তরেৎ শুবি ইচানুপী 'ইন্দিরা'' অমদি অহল ওযববী ইমানা মতৌ করন্না লেপ্লিগবা। ঐ ভাব তাবকপদগি হোজাইদ লাকলগ ঐখোয যুম উদযপুর চৎলুবা মতমদস্ থংনবা লৈকায পুম্বা মীবোন লোনবা কাংলুপ ঙক্তা ঙাযবমলে অদুগা ইতাওখোযদা অমুক চৎলুবা তঞ্জা অদুদস কনামঙা উখিবমদে। অদুগা তৌজিক ও তাঙনা লৈবিবা ফীভমসিং করম হাযনা ওইখিবনো হ.লম্মী।

ঐনা হৌখ্রব, থৌদাক কয্যাগী মরমদা লিবম্মী 'ইতাও বিরেন্দ্র বাক্সা লেখিদ্রবগী মতুংদা ঐখোযগী লৈজবম্ন লৌ উফম শিংদো কপিলা তোবেল ঈচাও অমদগী লৌ শিং শুবা যাখিদ্রে। তৌইগুম্বস্ যুমকৈ পাল্লবগি মতুংদা কায কাববাবদ থোযদোকনা খোযদাবকওবগী হৌনাশা, অঙাং শিং সংসাব তোৎম্নবদা খুদোং চাশলক্লবদগী নোংমা যুম ইখোলদু যুম থাদোকলমলগা টাউন অসিদ অফংবা কাববাব মচা অমা হোৎনবনা কৈ হাযদুনা লাকলম্মর্বান। লাইবক থিবদি টাউন অসিদ লাকপগী চহীমুক ফাগৎলকপদা লৈনা মশক থংদবা হৈদাক-লানথক্কা সেবা মতিক চাদবনবা মচা নিপা অনি থমলমলগা ঐখোযব থাদোকওনা সংসাব অসিদগী চৎখ্রে

ঐগী নুপীদুসু।''

ইতাও বিবেন্দ্রনা 'পুনমকসে মপু মাগী থৌজাল্নি হোৎনববদি নোংমা শোযদনা মাযপাক্লগনি।''

ঐনা ''অচুম্বনি, ঙাযখো ইতাওগী নুপিমচা অদুগী মমীং ''ইন্দিবা'' কৌবা নত্রা। মহাক্তী ''এক্স মিনিষ্টাব নোংজাযগী'' মশুনুপী নত্রগা মচানুপী ওইব্রা কবিনো। হৌজিক হৌজিক অচৌবা মত্রী ওইবসিনি''

ইতাও বিবেন্দ্রনা ইপা-পাখৎতুনা ''মশুনুপীনী, ঙবাং মিতিল অমদা ঐসু চিংনদুনা ঐগী হেক পোকচবী ''ইন্দিবা''গুম মানবদগী রাবি-রাতায শান্নদুনা শক্তম অশেংবা তাকচগে হোৎনজবম্বনী। শেন্নবিবা সিপাহী মযামদুনা ঐগী ফীভমসিদা লান্ন লৌখিবদগি খুদোংচাবা ফংহৌদ্রে, কাযববা থম্মোযসিনা মীকুপ অমক্তং ওইববসু মহাক্কী মপাবু ''বিবেন্দ্র'' ঐ হিংলি হাযবসে সিমত্তং তাকলমলগা শিবসু পোকপগী মহৈ যানগনি খল্লদুনা অফংবা বেলগাড়ী অমা তোংখৎলগা গৌহাটীদা চৎকে হাযদুনা লাকপদগী ঙসি বেল ষ্টেসন অসিদা ইশ্বরনা থৌজালবিবদগী যুগ অনিগী মতুংদ অমুক্কা উন্নবিবসিনী।''

-ঐনা কা-পানা যোল্লুববা শেলফমদগী লুপা তবাখক লৌথোকলগা ''চা-কাপ অনিতং থমকমিনসি অঙাং ওইবিঙৈদা হবান হবান ববফ অমদা ঐখোয অনি পুন্না চামিন্নখিবগুম।''

রাবী-রাতায শান্নবিঙৈ ট্রেন লাকপদগী ইতাও বিবেন্দ্র তোংখৎতুনা চৎখিবম্মী। হাযবম্মী ''মচানুপী ফংলবগী মতুংদা শোযদনা নোংমা ইতাও অমদি ইচাশিংগী খোংগুল থিবা লাকচগনি।'' ঐ নিঙমদবা অমগা লোযনদুনা চৎখিবা ট্রেন অদু উবিবমখৈ যেংদুনা লৈহৌই। আঃ ওন্নোকপনিদ ট্রেন নংসু চা-কাপ অমতং ফাওবা নুংশিজরবা ইতাওগা থকমিনবগী খুদোং চাবা

ফংখিদ্রে।

মতম অমগী ওফিসাব ওইবমলবা ''বিরেন্দ্র'' মহাক্কী মরূপ ''কান্ত''দগি মচানুপী ''ইন্দিরা''গী অরোইবা থংলকপী মতুংদা মন্ত্রী মযাম্মা লৈফম দিস্পুরগী ''নিউ হোস্টেল'' তাননা চৎখিবনী। মখুৎত্তা শেল-থুম অমত্তা যাওদবনি মীঙোন্দগী থবা-নিবগুম, চবা হেনবনা নুমিৎ মশিং থিনিঙাই ঙমদ্রবসু মশাদ চোকথবা লৈবমদে। নোংজু-নুংশা থংদনা গৌহাটি সিটিগী গনেশগুরিদ লৈবা ফ্লাই অভাব মখাদ অহিং কযা লেলম্মী। মহাক্কী মশকতো উবদা ''মন্ত্রী ইন্দিরা''গী থোং-শংবা সিপাহীশিংনা উন্নবগী খুদোংচাবা পীবিখিদে। নোংমা অযুক অঙনবদ ''এক্স মিনিষ্টর নোংজায'' লৈখিদবগী পাওসে মিনা চিবোন্ চিবোন্ ঙাংনবদগী ''বিরেন্দ্র'' তাখিবম্মী, মহাক্না খুদক্তা লাকপদসু ফিঙৌ শেৎপা মীওই থবা ''অশিবা হকচাং'' অমবু শ্মশান্ তাননা পুখিনবগী থৌবাংলম্বা উবম্মী। ''ইন্দিরাদি'' মতম অদুদ যান্না মথরাই নুঙাযতবা রাখল অমগা লোযনদুনা ইমাংদা কপতুনা লৈবা মত্তানি, শোল্লিবা ব্রামণ-অদুন কম্না তকশিলম্মী ''কনাগুম্বা মবি-মতা থোক্রবা অমতং থোকপিবকও' ''অশিবা কাযদ'' মীকোক ওইনা পাযবিনবগীদমক্তা। বিরেন্দ্রনা কম্না লাওবকখি ''ঐ ইশামক মমাক নিপানী''। মীযাম্না ঙক্না যেংলিঙৈ, ''মন্ত্রী ইন্দিরা''না ইমুংদগী হাযফেৎ তাহৌবগুম থোংশংলিবা সিপাহী শিংদা হাযবকই ''মীওইদো যাংনা থাজিল্লকও''।

-সিপাহী ''মীওইসে মবক মবকতা মেডামবু ফংনজগে হাযদুনা লাকখিবনি, ঐখোযনা ফীভম চাদব অদুদা যেংলগা মেডামগী অচিনবদ অযেৎপা ওইগনি খনদুনা চংহনখিদবনি''

''ইন্দিরা'' ঙহাক মুম্না যেংলগা অঙাং ওইবিঙৈদা উখিবা

মপাবুংগীশক্তমদো নিংশিংলকখি, অদুগা 'ৰবেন্দ্র'' গী মখোং পাযদুনা কোল্লগা মপা-মচা কপমীনখি। লৈবমলিবা মীযাম পুম্নমু মমীৎতগী পীবাং তৈথোকনখি, থৱায যাও দ্রবা ''নোংজাযদি'' নৌহৌননা শকখংনখিবা মপা-মচাগী দৃশ্যদো উখিদবগুম হিপতুনা লৈবম্মী।



# কনাগী মফমদা লানখিবনো

বামু রিক্সা ৱালা হায়না মীয়ামনা খংনবা মীওই অদো ঐখোয়গী ইনাক্তা যান্ন নক্নবা লৈকায অদুদা লৈবনি। ঐগা শাগে ওইনদ্রবসু ঐবু হেক মনাও অমগুম খনজবা মীওইনি। ঙসিদগী চহী কুন মুক্কী মমাংদা ঐখোয়গী যুমদা লৌ-শিং শুবা মী ওইনা লৈরম্বনি ঐনা সবকাব' থবক চংলবগী চহী অমগী মমাংদা বিহাবগী ভোজপুবী দগী লাকলম্মী যুমকৈ পানদুনা নুংশিবা মচা অনি যাওদুনা লৈবম্মী। ঐনা যুমদা ছুটি লাকপা খুদিংগী বামু ভাযা অমসুং মচা অনিগী ফিবোল থোলম্মী। লৈমিনববদি হুই হৌদোং ফাওবা মচিন-মনাও ওইমিন্নে হাযবগুন্না ঐসু থবক শুবা মীওই অদুদা ভাযা হাযনা কৌবম্মী।

নোংমা ঐঙোন্দা বামু ভাযানা ৱাবি খবা শান্নসি হাযনা মখোয়গী মযুমদা কৌশিনলম্মী। বামুনা ঐঙোন্দা "ভাযা আপ হমকো থোবা মদদ কিজিযে, নই হোনেসে হমলোগ ভুখ মব জাযেগা", ঐনা মখোযগী ফিভমদো উবদসু যান্ননুঙাইতবা অমা ওইবে, ফবেদা মীগী মতেং পাংববু কবিগী ঈশ্বৰনা থৌজালবিবোইদবনো ঐঙোন্দা। মখা অমুক তাথদ্রিঙৈ বামু ভাযানা "নং ঐঙোন্দা বিক্সা অমতং লৈবিযু, বিক্সাগী মমল যাহা চংবা শেলফমদো ঐ ভযাগী ওইনা বিক্সা থৌবগা শিংজগে লোযননা নংগী ভাবীসে নখোযদা যুমগী কোন-লিক ফেংবা, ফি শুবিবা অঙাং লুজবিবা, ৱাই শিৎপা, তৈথোকপনা চিংবা শুনবগী হযেংদগী থাবক্কে হাযনা কন্না তকসিল্লম্মী।

ঐ কবিসু হাযবমদনা হযেং নোঙাল্লগা পাও পীবক্কে হাযদুনা মখোযগী যুমদগী থোবকলম্মী। যুমদা লাকলগা ঐগী নুপীদা বামু ভাযানা হাযবিবা রাফম পুন্নমক তমলম্মী। খংদে খংদে, নংনা পামলগা থোকপা অমা হেক্তা তৌখো হাযবগা মকম মকম শোল্লম্মী। ঐসু কবিগুম্বা অমা রাবেপ লৌখিবা ঙমলমদে। থা লোইবমদাইগী তলপ ফংলমদাই মতমসিদা লুপা লিশিং তকক তাবা বিক্সা অমখক লৈথোকত্রগা ঐগী বেঙ্ক একাউন্টতা শুপ্নগী লিশিং তর্বানিথোয খক্তংসু লৈবদা ইচানুপা চহি অহুম শুবগী বার্দে লোইখির্বনিনা লাইফ ইন্সুরেন্সকী এজেন্ট তাদ বিবনদসু ঙবাংতা হাযনবা 'ফিউচার প্লাস'' পলিসি চহি তবামঙাগী ফিক্স থমগে হাযনা হাযশিনলম্মে। ঐ নুমিদাং তুম্বা যাদে বিক্সাদো লৈবা ঙমলবোই হাযনা হাযদোকলুববসু, বামু ভাযানা ঐবু শাগৈ মান্নদবা বিহারী অমসুং পোকমিন্নদবা মযাম্বা অমা ওইর্বনিনা থাজাদবগী তৌবনি খনখিগদ্রা ? অসোমদনা বিবেনদসু খবনিতং চোনথসি হাযদোকলুববসু ঐবু জবান লৈতবা মীওইনি খনখিদ্রা। নোঙাল্লগদি বামু ভাযানা কযাতা যৌবাংনা ঐগী পাও তাবা ঙাযবমগনিদো। এল ও সি এজেন্ট তাদ বিবেন লাক্লগনা কবি হাযনা থাজহনগনি।

খবা খবা ঐ তুমথাখিবা মতম খংহৌদ্রে নুমিদাং থেংনা তুন্নবনিনা অযুক নুমিৎনা রাতোন লোমলবা ফাওবা মীকপ থোকত্রে।

ইচানিপা অঙাংদুনা মবোল থোকপোই-থক্তাবোই ''পাপা পাপা মী লাকলে'' হাযদুনা মাযদা খুৎপাকনা থাজিল্লকলম্মী। ঐ মীকপ খংথোক থোকলম্মী। ঐ ঙহাক খংশাও শাওনিংঙুই, ইচানা থাবনিনা অমুক্কা হেন্না নুংশিবকই। ঐনা হৌগৎপগা পুংশিং যেংথোকলুবদা অযুক্কী পুং নীপাল তাবম্রে। আঃ ইচানা হৌদোকলমদবা থোকলর্বদি ঙসি পাপা ওফিস কাবা

মতম শোযদনা এস ডি ও সাবগী খোঙ্গিচাবা শোইবোইদবনি হাযদুনা হন্না হন্না ইতোমতা ইচাদা থাগৎচবন্মী। ঐনা শুমাং হেক থোবকপদা বাবান্দা মচিদা এজেন্ট বিবেন ফমলম্বা হেক উই।

তাদ ঙৈহাঙুং ফংবিবমখো, ঐ অমুক্তং ফ্রেস তৌদুনা থোবক্কে বিবেন্না যানি।

ঐনা নাডকমদ্দী হেব থোবকপদা বান ভাগাগী ভাবীসু মখুৎতা কোন লিক ফেংলনবী মুমদা শিশল্লকপা উবগী। ঐনা ভাবীদা হেংলগা হঙ্গেমী

ভাবী আপ কত অ থা ?

ভাবীনা "হম একদম ফাজিবমা আযলবনি, তুনহাবা ভাযান ধুমধাম ভেজলবনি"।

ঐনা ঙহাক ড্রেস আপ তৌবিষ্ঠে মতমদদ, ঐগী নুপীনা ইচানিপা না পম্লগা নোকমি নোকমবা মাইথোংগা লোযনন ঐঙ্গোন্দ ওনশল্লগা 'খংদে খংদে বাধু ভাযা হোমগী থবক'তা হান্না তৌবাখো'।

ঐনা ঙবাংদ নংবু যাম্না শাঙবদাই, ঙসিনা কবিনো নংনা হাযবিবসে। মখা অমুক' তোথবকাহ ঐগী নুপীনা 'যান্না চিন্নগা হটে তোম্বী হোযগা যাওথিন্নবা মকপ অদুদগী লুপা লিশিং নাব মাঙা অচিনবী শিঙিন্নবা যাগনি''।

ঐ মখা কবিস খুনখিদ্রে, ইতোমতা থল্লকখি, ঙবাং শাওদুনা মুকম মুকম শোন্নগা ঙসিনা নোকমি নোকমিবা মাইথোংগা লোযনদুনা ঐগী অরাবদা মতেং পাংগে থল্লকালবা।

মাথা শাবা পুন্নমক কোকাই ভাব লোযনা তাখি।

নুপীদবু ইমুংগী থবক্তা মতেং পাংবিবা থোবকলবদি খ্বাযদগী হবাওবা মতানি।

ঐ মাংগোন্দা থোবক্লগা ফমলল্লিবা তাদ এজেন্ট বিবেনবু ড্রযিং কমদা ফম্মিন্নবা কৌশিল্লম্মী। ঙহাক ফমথবগা

তাদ বিবেন্না মহাক্কী বেগ অমুবা অদুদগী ফাইল অমগা ফোর্ম খব পুথোবক্লগা অঙাংগী মমিং মমাগী মমিং, ডেট অর বার্ড না চিংবা শৎ শৎ ইশিল্লম্মী। সে নং অসিদা অমুক্তং খুৎযেক থাজিনলু।

-তাঞ্জা অদুদা ঐগী নুপীনা ইচা নুপাদুগা চা-কাপ অনি, ঈশিং গ্লাছ বিস্কুটনা চিংবা অথুম অহাওবা লোযননা মমাংগী টি-টেবলদা থমলম্মী।

ঐনা "তাদ চা অমুক্তং পাযসি।"

-তাদনা মখা তাথনা অঙাংদো যেংলগা, "নুংশিখবেদা। ইনাও নংদি লাইবক ফবনি, ঐগীদি ইচা নুপীঙক্তা মঙা শুবে, মখোয মযামদুনা ফুন্নবা-লাওনবা তাবদা খাংবা ঙমদদুনা নোঙালবগা কাষ্টমাব থিবা ওইনা নংগী যুম যৌবক্লিবসিনি। যাকদি ঙবাংগী শেনফম অদুদগী খকা হেনগৎলহললসিবা

ঐনা ঙসিগীদি লেম্পসি হযেং খুদোং চাবা মতাংদা পাও পিজবক্কে। ঐ চেক বুক পুথোবকলগা লুপালিশিং তবা ইবা চেনা অমা শিন্নবম্মী। তাদ বিবেনসু অঁতে মতম চোনথবা লৈভনা যৌবগে হাযদুনা হাযবমলগা হবাওনা থোকখিবম্মী।

ঐ ওফিস চৎপগী লোইশিলম্মী।

"নুপীনা কবিনো ঙসিদি অসুক ঙন্তানা ? পুংশিং যেংলুবদা মাপন তাবম্মী। খুমখি" ওফিসতা থবক অচিনবা মযাম লৈহৌই'। ইতোমতা

ইকাইবোই খল্লদুনা ঐসু ওফিসকি ''ববৱাবু'' নি, মতমচান ওফিসতা থোকফম থোকপনি। অযুককী নাপ্টা খব চাবগা মল্লবা স্কুটাবদো থৌদোক্লুনা বামু ভাবীদা হায়বম্মী, ''নখোযগী বিল্লাদো হযেং লৈবিগনি''। ভাবীসু যাম্না হবাওনা খুমলকই, ''হা ভগবান তুমকো আশীর্বাদ দেওতানী''।

ঐ ওফিস যৌবে, মতমদি পুংশিং তবা লানম্লে, কবিগীনো ঙসিসে, এস ডি সাব গা লোযননা একাউন্টেন্ট লাকত্রিবসে ? কেবানী খবা লাকলগা নোকমিবা মাইথোংদা ''গুড় মর্নিং ববৱাবু'' হায়বমলগা মাগী মাগী টেবলদা চংনখি। ইতোমতা হন্না হন্না খনখি মামাংগী নুমিদাং নুমিৎতা খনখিবা অরাকপী রাখল্লোনপুম্বা। রাহং কযা হংখি কনা তাদবা খোঞ্জেলনা ''কবিগুম্বা বিল্লা লৈবা ঙমলোই হায়বদা বামু ভাযানা রাবৌবমগদবা, এল ও সি এজেন্ট তাদ বিবেম্না খনখিগদবা, পুন্নমক্তী মথক্তা ঐগী নুপীনা শাওনিংবা অমসুং নোকখিবা মাইথোংগী শক্তম অওনবা পুন্নমক'' অতৈ অতৈ.            । মাংগী টেবুলদা তাবিবা ফাইল অনিদো যেংলুবদা অমনা কনাগুম্বাঅমগী চহী তবা মমাংগী সার্ভিস্ বেগুলাইজেসন, কবিনো ঐনা কমেন্ট পিগদৌবিবসে, খুদক্তা ব্রিফ নট উইথ ডিযেলিং এসিস্টেন্ট ফ্রম ইস্টাব্লিসমেন্ত                    । অতোপ্পা ফাইল অদো যেংলুবদা ফাইনেন্স ডিপার্টমেন্টদগী পীবকপা রাহং কযাগা লোযননা, মদুদি চৎখিবা চহি অহুমগা লোযননা চাদিং তৌখিবা। লাকলিবা শেনফমগী শক্তম ? ঐ ঙহাক খম্বগা নোট ওইনা মবি লৈনবা ওফিসাব অমসুং একাউন্টেন্টনা রাবোলগী পাউখুম পীফম থোকই ইবগা                    ।

মণ্ডল মণ্ডল রাখল মথংগী নুমিৎতা ঐগী নুপীনা তেংবাংবিবা শেনফমগা লোযননা বামু ভাযাগী নিংবা থুংলে, লোযননা কযাতা নুঙাইত্রবা,

নুমিদাং-অযুক্কী বেল ষ্টেসন ফাওবা লাকপগা-খিনবগা মিযামগী চৎখোক-চৎশিন, ইশা ফাওবা। লৈজবম্বা একাউন্ট বেলেন্সতগী লিশিং তবানিথোই মনুংদা চৎষ্লবসু ।

-ঐ বেশুলাব ওফিসতা পুংশিং তবাগী মমাংদা থুংলে। বামু ভাযানা নুমিৎ খুদিংগী অতানবা শেনফম পিশিল্লকপদা ঐগী নুপীসু হবাওদুনা লৈবা ।

টেবুলদা ফাইল মশিং খিনিঙাই ঙমদবা কযা ওইবে এস ডি ও। একাউন্টেন্টনা শেংদোকপা, তুকৎ চনিঙাই পাওতাক কযা।

নোনজবা রাখলোন, মখোযনা ঐবু খংহনদবা তাহন্নিংদবা মকম থুম্পা অমোৎপা শেনফম শিজিন্নবগী চেবোল কযা ।

মথংগী নুমিৎতী এস ডি ও সাহেবনা ঐবু মনাক্তা একাউন্টেন্টগা কৌশিল্লগা পেনডিং, এবিযাবনাচিংবা ফংফম থোকপা শেনফম পিখো হাযদুনা ওর্দাব পিবম্মী।

ঐনা যাম্না ঙক্না ' সাব নহানমখে ফান্দ লৈতে হাযবা অদুদি''?

-এস ডি ও সাবনা ''অতোম্পা হেডতগী অচিনবা শিজিন্নবা হাযবদুনি''।

-ঐ ইতোমতা হাবাওবম্মী ''পৈশা লুপা ফংবদবু কনানা রাবৌবী'' হাযবগে লম্বেনদা ওফিসতগী হল্লকপদা মতম কুইনা ফংখিদ্রবা শেনফম লুপা লিশিং মঙাদো ফংলবদা ঙা চাবা অমা লৈবগা বামু ভাযাগী বিক্সা লৈবদা মীঙোন্দগী পুশিল্লুবা শেনফম শিংদোকলগে খল্লগা লাকলম্মী। ঙসিদগী হৌনা বামু ভাযাসু অযুক-নুংথিল-নুমিদাং খাযদনা বিক্সা থৌবগা ঐগী শেনফম শিংগৎনবা, মযুমগী অঙাং-নুপীগী চবা হেনদনবা হোৎনবা অরাবগী চেথেং

অদো কোক্লনবা তপ্না তপ্না সিংগৎলবসু কাযদে হাযদুনা হাযবম্মগে খনদুনা রেল ষ্টেসন মনাক্তা লৈবা বিক্সা ষ্টেন্দ তমনা চংশিল্লম্মী। বিক্সা ষ্টেন্দ অদুদি বিক্সা অমা ফাওবা লৈবগী মহুৎতা ইকোই কোইদুনা সিপাই মযামনা কোইশিন্দুনা লৈবম্মী। মনাক যৌনা চংশিন্দুনা যেংলুবদা মৈনা কাথেকলবা হকচাং হাইং ৱা ৱা ইনবা অমগা মতৎ মতৎ তৎলবা বিক্সা অমগা লৈবা দৃশ্যদো উবম্মী। ঐ খুদক্তা অশিবা হকচাংদুগী মকোক্তা যেৎলিবা বিহারীগী খুদৈ মতেক উবদা লাওখি ঐখোযগী বামু ভাযানি .. .. .. .. । থৌদোক অদুগী মবমদা হংলুবদা ''ঙসি পুংশিং অমামুক তাবদা মীনুংশি খংদবা লালহৌবা মীওই খবনা ষ্টেন্দ মযাদা থমলম্বা বোম পোখাইবদগী থোকলিবা থৌদোক অসিনি''। ঙহাক মীৎলুগী পিবাং চেনথাখিবা খংহৌদে, হঞ্জিন হঞ্জিন ইতোমতা হংখি ''চমলবা বিক্সা থৌবগা হিংলিবা বামুনা কনাগী মফমদা লানখিবনোঃ'' অসিবা লমদম অসিগী তুকৎচনিঙাই চৎনবিসে।

( ꕥ ꕥ )

# লাভর্স আইলেণ্ড

মাইকৈ পুম্বা ইকোয কোইশিনবা চীংলোন কযাগা লোযননা হিমালয চীংশাংগী মনাক্তা লৈবা মানাস কৌবা তুবেল মচা অমনি। যেংবগী পেনবা নাইদ্রবা প্রকৃতিগী শুমহৎনিংঙাই ওইববা লাইবেম্বী তবেৎকী শান্নবুং ওইববা, মচু তবেৎনা পুম্না চেম্ববকপগুম লাইজগী খোল্লাওনা তোর্ব্বান অনীদা তোপ তোপ যৈবদো উবদা হৈপাল-লৈপাল, উচেক রাযা খিবিক্লা কযাদা হবাওনা ঈশৈ শক্লিবা।

অদুগী ভুটান নিংথৌগী মপা-মপু হাক্ততগী চৎনবম্বা পথাপ ওইনা নিংথৌগী ফম্বাল কবমদাই রাশক লৌগদবা নোংমা মমাংগী নুমিত্তা মানাস হাযবিবা তুবেল অসিদা ঈকজদ্রবদি নিংথৌগী পুন্সি তেনগল্লী লোযননা লৈবাক হবাং হৌগনি যাইফবা ওইদে হাযবগী থাজনবী লৈবনা ঙসি ফাওবা নিংথৌগী চাগথফম ঘাট অমা লৈবি। হৌজিকনা আসামগী মনুং চল্লবা ববপেটা জিলাগী ঙমখৈ ওইবিবা, অদুগা অমবোমদা ভূটান হাযবা নিংথৌ পানবা লৈপাক্লা থংননা লৈ। মানাস টাইগৰ প্রোজেক্ট, মানাস নেসন্যেল পার্ক হাযনসু খংনবিবা মফম অদু হাযবিবা মানাস তুবেল অদুগী মমিং লৌবগা মমিং চৎলবা ভাবতকী মনুংদা অহানবা প্রজেক্ট টাইগব নেসনেল পার্ক অসি থোনখিবনি। চেল্লিবা তুবেলগী ঈশিংদো হিমালযবু কুপশিন্দুনা লৈবিবা ববফ ওল্লবা উনদগী চুমথবকপা ঈশিংননি। কনাগুম্বা কনাগুম্বী লমকোযবা মীওইশিংনা তুবেলদু লাগ্রোক্লগা মখা থংবা (ঈচেল চেম্প্রবিবা

মাইকৈনোমদা। মাইকৈবোমদা চৎত্রবদি পথাপ শোযবে, মশাগী অশোয় অঙাম থোক্কল্লী হাযনা থাজনৈ। অসিগুম্বা তুবেল অসিগী হৌবকফমগী রাবীদি যামখ্রে। কনাগুম্বগী রাবী অমর্দদি অসুন্না হাযনৈ-মমাংঙৈদা ভুটান নিংথৌবেলনা অতানবা খুনশেম্রকপদা মফমসিদা নিংথম থাগী মতমদা ঈশিং থকপা ফংনদনগী অনাবা লৈখি। মতমদদা ভুটান নিংথৌ রাংচুক হাযবা নিংথৌ অমনা ঈশ্বরদা থাজবা থম্নগা রাংখ্রবা চাং অমদা লেপ্লগা নুংপাক গ্রচৌবা অমগী মথক্তগী গুহা তৌখি। গুহা তৌবদগী ঈশিং থোবকপা অদুনা ঙসি ফাওবা মানাস তুবেলগী হৌবকফম্নী হাযনা ভুটানীশিংনা থাজনবি। নিংথৌ রাংচুক অসিনা গুহা তৌকবদগী মাগী যেৎথংবা পাম্বোম অদু খুদক্তা তৎখি হাযনৈ। মবম অসিনা মখোযগী চৎনবী অমা ওইনা টিবেটিযান ভুটানশিংগী কাংলুপনা ঈশিংদা লাইবক কৎপগী মহুত্তা মখোংনা হান্না ঈশিংদা শোকই অমসুং মতুংদা ঈশিংনা মাই তাগনি। মসিতনা মখোযগী অপেনবা হাযবদো ওইদুনা চৎনবি। মানাস হার্যবিবা তুবেল অসিগী তোর্বান রাংমদা চীংথঙা টিবেটিযান কাংলুপকী খুন সেমো হাযনা খংনবা অম লৈবি। লমদমদো অসুক্কী মতিক ফজববসু মফমদুদা চৎনবিবা চৎন পথাপ অদুগী মনুংদা অসুক্কী মতিক তমথিবসু লৈবি। ভগবান বুদ্ধগী পাওতাক্র অসিগুম্বা চৎনবোল অমা লোত্তুনা লৈবিবা অসিবুদি শেংদোকপা ঙমদ্রবব খংদে। নুংশিবা হাযর্বসিগী নীংতম্ববু লমদম অসিদা মফম শুংলৈ লৈত্রবা ? থাইনা মমাংঙৈদগী হৌনা মখোযগী পাল্লিবা নিংথৌ অদুনা কুমগী ওইনা সনা খোংলেংলকপা মতমদা লৈননবা সনা সঙ্গাই ওইনা তোঙাননা খুন অদুগী মযায ওইবম্পা মফম অমদা লৈ। নিংথৌনা লেংবিবকপা অদুগী থৌবমগা মর্বি লৈননা খুন অদুগী লৈশঃ পাখংশিংনা পম্না হবাও মথোই

কাবগী জগোই শাম্মীন্নগনি। জগোই শাববা মতুংদা নিংথৌনা জগোই শাবিবা লৈশাবীশিংগী মনুংদগী অপাম্বা লৈশাবী অমবু তালোয মকন্বীগী শিংদা চলনহনগনি। কবিগুম্বা মতমদা নিংথৌগী ওইনা খন্দ্রবসু কবিমত্তা কাযদে, অদুবু নিংথৌগী যাথং মুতং ইন্না লৈশা পাখং খনদোক্লগা মাগী মাগী যান্নজবা মতুং ইন্না মীযাম মমাংদা লৈশা-পাখংদু লুহোংবীগনি, লোযননা নিংথৌনা সনা-লুপা পীবিদুনা মখোযবু অনৌবা সংসাব অমগীদমক্তা তোঙানবা মফম অমদা মযুম লিংদুনা লৈনবগী শিনবিবমগনি। কবিগুম্বা মতমদা লৈবাক নিংথৌনা চহী ২/৩ বোম খুন অদুদা লেংবিবক্তবা মতমসু লাকই। মতম অসিগী মনুংদা কনাগুম্বা অমনা অপাম নংশি যাওনববসু লুহোংবদি যাবোই। কবিগুম্বা চৎন পথাপ অসিদা উশিত্তবা য়াওববদি নিংথৌগী চৈবাক ওইনা লুহোংলিবা নুপা নুপী অনিমক চীংদোন অৱাংবদগী লংথবগা হাত্তোকই। তুজুংবা ফাওববা চৈবাক অসি মমাংঙৈদগী হৌনা ভূটান নিংথৌবোলশিংনা খুন অদুদা ঙসি ফাওবা চৎথবি। অসিগুম্বা অসিগী মাযোক্তা লৈবা শোইদনা ওইবমগনি ঙসিগী ঐখোযনা উবিবা লভর্স আইলেণ্ড, তুংলমচৎকী ওইনা লৈহৌবগদা খুদম।

হাযবিবা খুন অদুদ মমাংঙৈগী মতমদা লৈশা-পাখং অনিখক নুংশিননা লৈবম্মী। মখোয অনিগী মিংদি লেমেবাং অমসুং খনডু কৌই। মখোয অনি অঙাং ওইবিঙৈ মতমদগী হৌনা যান্না লুনা নুংশি চান্ননা অমগা অমগা লৈনবম্মী। লেমেবাং কৌবী নুপীমচা অসিদি যান্না ঈং-তম্পী, মশক মতৌ ফজবীনি। লেমেবাংগী পন্থৌ অদুদি ৱাংডা হাযনা খংনবা নিংথৌগী মনাইনি, হাযবদি নিংথৌনা মফম অসিদা লাক্লগা মমাংঙৈদগী হৌনা ৱাবী-ৱাতাই শাদুনা অমসুং খুন অদুগী অফ-ফত্ত, থৌদোক ৱাথোক পুন্নমক্কী পাও

ৱাংডা হাযবসিদগী লৌগনি। অদুগা অমবোমদা খানড় হাযবিবা পাখং মচা অসিদি লাইববা পালেম-পম্রৌনা নাওকোনজর্বনি। মখোযনা নোংমগী থবক শুকবগা ফংলকপা শেনফম খবা অদুনা মখোযগী পুকচাক ওইবিবনি। লেমেবাং অমদি খানড়গী ইমুংগা চাংদম্নববদি অযুক্কা নুমিদাংগগী খেন্নবদুনি হাযবা যাই। লেমেবাংগী মপা ইবুংঙো ৱাংডানদি তশেংনা মচানুপীবু নিংথৌগী তালোয মকম্বী ওইবিনবা মনুং মনুংদা শিন্নবি। নিংগৌগা ঙাই শেন ওইদুনা কান্নবা লৌনবা কন্না হোৎনবম্মী। এসিগুম্বা তান্জাশিদা লেমেবাং অমদি খানড় যান্না থম্মোয শেংনা নুংশিনজবগা লোযননা লৌন-লৈনবগী ঈপাওভা নোংম-নোংমগী চং যৌনা নকসিনন্নবকপা হৌবকখি।

মৈখু কাববদি মৈ লৈবে খংনগুম মতম ইকুই কুইদনা মপা ৱাংডানা মচানুপীগী পাউ অসি তাবমক্তদা লেমেবাংবু নোংজু থাগী অহিং অমদা মখোং-মখুৎ পুনসিন্দুনা মানাস তুবেলদা মীনুংশি অমত্তা যাওদনা থার্দখি। নোংঙালমদাই মতম অদুদা মীচিক মীবাওখোল অমত। তাদনা নুপী মচা অমনা তেংথাবকপদু ঈশ্বব মাতনা খংহৌখি খানড়নস নমিৎ অদুগী অহিংদা যান্না নুংঙাইতবা মঙ মঙখি। মহাক্কী নুংশিজবী লেমেবাংনা যান্না ৱান। লৈবম্মা ফিভম অমসুং তেংথাবম্বদো উবম্মী। মঙ অদু মঙফাওনবদনা খানড়না মশা মথন্ত কবিলো ঐগী মঙর্দাসিবু, ওপোকা নুংঙাইখিদ্রেদা হাযদুনা নোংঙাল্লকপা ঙাইবগা লেমেবাংখোযবোমদ পবপ পবপ লাক্লম্মী। লেমেবাংহোযগী যুমদসু মীকপ মীবাওখোলগী খোঞ্জেলনা নীনবগী দৃশ্য অদু লাপ্তক্লা উবম্মী। কবি থৌদোক থোক্লাকগবা ? হাযনা চংশিল্লক্তুনা লেমেবাংগী মমাদা হংলুবদা তাবদা বাববা থৌদোক পুন্নমক অমত্তা চীথদনা খংখি। খানড়ুদো আ। ওহ্মোপনিদা হাযবম্লগা মানাস তুবেললোমদা কন্না

চেল্লকখি। মানাস তুবেলসু তৌর্ব্বান অনিদো ঈশিং চাওদুনা ঈমাই চোম্না, মপাল ফনা চেম্লবম্মী। মথরাই চাকচবগা লোযননা তুবেলগী ঈশিং লাইবেম্মী খুকমলগা ঈবোই ঈবোইদুন লেমেবাংবু ফংদ্রিবফাওবা থিগনি মতানি, থম্মোযগী অনিংবা অমগা লোযননা খানডুদো ঈচেলগা লোযননা তাওথবক্লে। অসুম তাওথবকপনা মাইল ৯/১০ মুক লাক্লবা ফাওবদসু খানডুগী পান্দম অদুদি থাজবগী রাংমদা লৈম্লে। নুমিদাংরাইবম ওইশিল্লক্লবদা খানডুগী নিংবা কাযববা আশাগা লোযননা মযুম মাইকৈ তম্লগে খল্লকখি। বিখিগী নোংদম হাযবদুনি-মমি শামি উববা যাচংবগী মতম অদুদা খানডুগী মমিৎতা লাপতক্লা ওইথংবা নাকন্দা কবিগুম্বা পোৎশক অমা লৈবদু হেক উবক্লে। হাযবিবা মফমদুদা ঈবোযদুনা কবিনো খংদোক্লিংলদুনা যেংলুই।

মখোং-মখুৎ পুনশিনলবা, মম্বাই যাওদ্রবা মহাক্কী চান্নথোইববী লেমেবাং ওইবম্লবদা পমখৎ চদুনা থম্মোয শোক্লা কপচখি। ঐনা লাইববা মচা অমা ওইকবদগী নপাগী মতিক চাবা মাক্কাক অমা ওইদবনিনা অসুক চাওববা চৈবাক অসি নংনা ফংখিবনিকো-হাযনা তেংথা তেংথানা লেমেবাংগা লোযননা, তাইবংপানবা অসিদা থুংনদ্রবসু লাইবৈবাক্তা থুংনজবগে হাযনা থাজবা থমলগা তুবেলগী মযাযদা কুমথবক্লে। মশানৌগী রাখলতনা থম্মোই পুবা ঙমদ্রবদা তুবেলদুগী লুথম্লবা মফম অমদা শিজখ্রগে খন্দুনা লেমেবাংবু চেৎনা কোন্জদুনা খানডুগী থরাইসু থাদোকখি। ও। অঙকপনি। অসুক শাফু কল্লবা তুবেল অদুগী মযাই অদুদা মোংফম ওইববা চীংদুম মচা অমনা পন থিংবগুম লৈবগা ঙমদ্রদুনা ঈচেলদু অনি থোকহন্দুন চেম্লহল্লগা অমুক ঈচেল অদু অমত্তা ওইনা তিনশিন্নখিবা ঈচেলদো ঙসিসু মযান্না উবা ফংনবি। নিংথৌগী কল্লবা চৎনবিগী ঈচেলদা নুংশিবগী পল অমনা ফনা

থিংদুনসু থৎপা ঙমদে হাযবগী খুদমলা-লাভর্স আইলেও ? হো মানাস। ঈচেল কল্লবী তুবেল নহাক্কী ঈচেলনা ফনা কন্দুনসু লাভর্স আইলেওবুদি ঙসি ফাওবা থুমহৎনবা ঙমদ্রিবসিনা লৈশা-পাখং নুংশিনবগী আদর্শদা মীনুংশি হাযবদু নাকোইননা থমলীব্রা ? লাকখিসনু লমকোযবা কযা মফমসিদা, তাখিসনু লেমেবাং অমসুং খানডুগী নুংশিগী তেংথাখোল অমদি মীহিংচাগী রাখল চেল্লবা লমদমদুগী চৎনবিসু ॥



# নো ক্রিমিনেল রেকোর্ড

খুন্দ্রাকপমগী ''শৰৎচন্দ্র'' ঐখোযগা লৈকায অমত্তদা লৈমিন্নবনি। ঐখোযগী খুঙ্গং অদুদ মচিন চৎপা ''মেম্বৰ'' হাযনসু খংনবা মীওই অমগুম লোযনবী নুপী ''তখেল্লৈ''গা মচানিপা চহি তবানিথোযমুক শুবা ''নিংথেম'' যাওনা থাযনগী মওংদা অহল-লমন খোযনা শাবিবম্বা যুম মচা অমদ চওবক্র ইখোল বিঘা অনি লৈবম্মী। ''মেম্বৰ শৰৎচন্দ্র'' খুঙ্গংদা লৈবৰসু লৌশিং শুবা চৎপা কযা হৈনদবা, ফীবোল-নানবা চন্দোন মচুগী সাফাবী ঙশা, তোযনা জোহা অহাওবা চাগনবা, মখুৎত্তা ঘড়ি অতাংবা সিবা, পকেটতা নেভিকাট চৰূপ মচৈ হাপকনবা লোযননা পেবেক পেবেক লাওবা চাম চনি অযাম্বা মতমদ যাওদুনা চৎকনবা মীওইনী। মহাক্কী ''তখেলৈসু'' মতম পুনমক্তা কেব পামজবা, খুজিন-খুযা নুমিৎ খুদিংগী ফেংদুনা ইঞ্জিনিযাৰ, ওফিসাৰগী নুপী অমগুম ৰাহৈ ৰাতা, ঙাংবা শকপদা হৈববী চপ মানবা মওংগুম্বনী। মীযামনা যেংবদ সৰকাৰগী থবক তৌবা মীওই মাঞ্জবসু অশেংবদদি লৈকায-খুনাযগী থবক নোম্বদা নেকপিবা মীওই অমদগী হেনবা কবিমত্তা লৈতে মহাক্কী শিনফম্। অযুক নুমিদাং খাযদনা মাঙোন্দ ৰা-তানব লাকপা মীওই মযামসে মমিং চৎলবা উকিল অমদগী হেল্লী। মী অযাম্বনা ৰাবী-ৰাতায শাবৰগী মতুংদা ৰানোম শেল ওইনা যামদ্রবদ লুপা চামদগী হৌনা চামঙা ফওবা পীবম্বা যাওনবি।

নোংম ঐগী ইখুবাশিংগী মচানুপা ''ইনাও'' অমগী দমক্তা ''মেম্বব শৰৎচন্দ্রগী'' মনাক্তা চৎলম্মী।

-ঐনা খুবা ''মেম্বব'' যুমদা লৈবিব্রা ?

-খুরাগী ইন্দোন তখেল্লে ইমুংদগী থোবক্লগা ''ইবুঙো বাজেন''বা। কবি থবক্কী ওযববনো। নখোযগী খুবাদো ''অযুক্কী ঙহাক যোগাসনদ লৈবি। খুবা ইবুঙোগা ৱাবী খবা তান্নজগে লাকপনি। মীওই খবসু ৱাবী-ৱাতায শান্নবগিবা ঐখোযগুমনা ঙাযনবগুম তৌবম্মি।''

-ইন্দোন্না ''ফবে ফম্বিসী অসোমদ হযরমলগা চংব্রে''

-ঐখোযনা ঙহাক ফমথিবিঙৈদা নিপামচা অম্ চংশিনলকলগা তাদখোযগী মীংশিংদো চে-কলম অসিদা অমুক্তং ইশিনবিসী হাযবকই।

-ঐনা যাম্ন ঙকনা ''ঐখোযগীদি ইশিনবিদ্রসু যাগনি লৈকায অমওগীনি, হাযবিযু।''

-নিপামচা ''ম্দুগী ৱাবি নচ্চদে, অকোন অহাল নাযনবগীদমক্তনি। নত্রবদি ৱাইটিং লিষ্টতা ওযনা লৈখিবা তাবে, তাদখোয নম্ববসে।''

-ঐনা শাওনিংবগী মওংদা ''লৈকাযগী মী ঐখোযবু সেবিযেল নাযবা, যাম্বং লৌনব্রনে ? ঐগী শাওবপ খোনথোক তাবদ ইমুংদগী খুবা থোককলম্মী।''

-খুবা শৰৎচন্দ্রনা ''যে ইবুঙোখোয ওযববয, নিপামচদুগা ওনশিল্লগা চৈশিন্নে। মযাম ফমলিব শিংদ যেংলগা'' ৱাবৌবিবা যাদে, নুমিৎ নিনি মমাংদগী ঐঙোযন্দগী এপোইন্টমেট লৌথ্রবনি, লাকও ড্রয়িংকমসিদ চংলসি,

-ঐনা ''খুবা ঐখোযনা লাকচবিবসে ৱাবী অমত্ত তান্নজগে হাযদুনা লাকপনি, ঐগী ইনাও অসে আর্মি চংগনি হায়দুনা লেপলুবদগি থানাদ ভেরিভিকেশন চে অম লাকলে, বিপোর্ট অদু যাম্না যাংনা থাগৎত্তবা তাববদি,

মহাক্কী থবকসে'' হেড কাটাব শ্বিলংদ জইন যাদব অমা ওইবে যাবগদি ''খুবা মেম্বব''না অমুক্তংফনবা হোৎনবিবা তাবে মত্তাংসিদা। নচাখোযনা চা-নুং থকনবা শেনদাং খবা তৌজবমগে।

-মেম্ববনা ''চেজেৎ মচা অম পুখোবকলগা, থানাগী ও সি সাহেবকী লিশিং অনি, চিবষ্টাব বাবুগী লিশিং অমা আই ও বাবুগী লিশিং অম অমসুং অতৈ পুলিশ মচাশিংগী লিশিং অমগা শুপনগী লুপা লিশিং মঙা থোক্লে হাযদুনা চাদিংগী শেলফম ঐখোযদ হাযবকই।''

-ঐনা ''খুবামেম্বব, বিপোর্ট চেজেৎ মচা অমদং থাগৎপিববু অসুক যাম্বা শেলফম অসে চংনব্রা ?

-খুবা ''ইবুঙো নখোয লৈকাযগিনী হাযবদুদ, ঐগী চৎখোক-চশিন ভাবা চকপ-বিড়ি, কা-পানগী শেনগী চাদিং যাওদবনি মথক্কী শেনফম অদুদ।

-ঐখোযনা ব্রাবী-ব্রাতায শান্নবিঙৈ মতাং অদুদ মৌ নহা অম চংশিংলকলগা ''তাদ ঐগীদো শোযবা যাদেকো, হাযকা লুপা লিশিং মঙাখক ঐখোযগী মাংদ খুবা মেম্ববদ পিবম্মী।'' ঐখোযসু খুবা যুমদ অমত্তং তান্নকা হযেং ওযনা লাকচগে হাযবমলগা থোবকখী । তুংলমদগী খুবা মেম্ববনা হাযবকই, চাহ-কাপ অমত্তং পুন্না থকমিনখ্রদি যান্না নুঙাযখিগদৌবা অদুগ ইমুংলোমদ ওনশিল্লগা চা-কাপ অনিত্তং লোযননা অথুম অহাও যাওহনলকউ হাযদুনা ইন্দোনদা কৌবগা হাযখিবদো তাহৌই।

ঐ লম্বেন তান্না থোবকলগ লোযনবিব ইনাও অদুদ হাযবম্মী ''ঐখোযনা ঙসাযদগী পুং অমমুক চংন ব্রাবী শান্নবদদি চাহ-কাপ অমদি লাযবদনা ইশিং গ্লাস অমফাওবা লানথোকখিবমদে মৌ নহাদগী লিশিং মঙাদু

পাযশিনখিবা খুদক্তা নুপী অদু ফম্বা-ফাউবা ফমথদ্রিঙৈ চা-মিঠায হেক্তা ওর্ডাব তৌখিব।''

-ইনাওনা ''খুবামেম্ববনা, ঐখোযবুহেক উবদা ফিস লোযনবক্তবা কাংলুপনি খংলম্ব ওইবগনি। ঐখোযনা চহি চুপ্পা লৈখোম-লৈনাং মবক্ত কযা ৱানা লৌ শুদুনা চহিদা লুপা লিশিং তবা কুন তান্নবা হোৎনবা অদুগীসু মথক্তা নুপী-অঙাং ফাওবা নোংজু-নোংশা খংদনা যুমগী মীওই খুদিংমক চিৎথদুনা ফুম নোমদুনা হোৎনবাফাওবা নিংতম্না লাইবিক-লাইশু তম্বদি লাযবদনা ফুবিৎ অনিশুনা লিৎপা ঙসিফাওবা ফংদ্রি।''

-ঐনা খুমখি ''তাইবংপানসে অসিমক্তনি হোজিক্কী মতমদ চিন হৈবনা চিন্না চাবা অদুগা লৌশিং হৈবনা খুৎনা চাবা''। উবেদনা ইনাও ইবুঙো ''খুবামেম্বাবগী'' ইন্দোন ফাওবা কযাতা ফজখ্রবা ৱাঙাং-শাঙাং, মীখোনজিনবগী বাহৈ-ৱাতা, নখোয-ঐখোযগী যুমগী মীওইনবু হৈনগদ্রা। মচানিপা অদুদ শেৎহনলিব ফীবোলগী মতৌ মওংদো।

ঐখোয অনিনা ৱাবী শান্নবিঙৈদা যুম যৌখিবা থংহৌবমদ্রে। ঐখোযবু খৌবাংনা লাকপা ঙাযবম্বা ইখুবাদো হাযফেৎ শাওনিংবগী মওংদা।

- ইখুবানা হাযবকই ''নখোযবু ৱাবী খজিত্তং শান্নকচো হাযদুন নুঙাল্লকপদা চৎপ্রগা নুমিৎনা ৱাতোন লোমলবা ফাওবা হল্লকত্রিবসে মদুগীসু মথক্তা লৈকায অমত্তদা লৈমিন্নবা ''শবৎচন্দ্রবু''।

-ঐনা খুমখি ''খবাতোন, মী মযাম লৈবম্বদগী খুদোং চাদদুনা তৌখিবনি, হৌজিক যান্না লুবিবদি লুপা লিশিং মঙা / তকক লাংদবা যাদ্রে।''

-মতমগী ইবাংদ চংশিনদব ইখুবান ঙকনা ''চেজেৎ অম থাগৎপদা অদুক যান্না শেলফম চংনব্রা''

-ঐনা খুমখি ''ঐখোযনা হেক্তা চৎলে, থানা অদুদ লৈবা মীওইশিংদুনা মমিৎ-মানা লাউখোক্তুনা, সুতোকলগা চাথোক্কেমতাগুম, রা-কন্না ঙাংলুবে লৈবিবা লক্‌আপ অহাংবদো ঙহাক মেনসিনবগুম, রাম্রবা মখোযগী কাংবুগা শংদাযনবগী মহূৎত্তা ''মেম্বব খুবা''দ ওইন শেল খবা তিংলবসু থবকসে শিন্নবনা ফগদ্রখল্লি।''

-খবাতোন্ন ইনাও নিপামচাদু যেংলগা ''হোজিকপু অসুক যাম্বা শেনফম কদাযদগিনো ঐনা থৌবাংগদৌবিবসে, আর্মি লেম্পা থবক্কীনি হাযদুনা শেন মযামসু মমাংচৎত্তা তিংথোকপ্রে।''

-ইনাও নিপামচাদুনা হাযফেৎ শাউবগী মইথোংদ ''ফবে, কবিমত্তা হোৎনা বিকবনো নখোয মযাম ঐগী দমক্তা, তুমিন্না মাংখ্রগা লোযবে থোকপা অম লাইবকতা লৈবমগনি ঐগীসু।''

-ঐনা মতেং পাংবা ওইনা ''ঙাযখোদা খুবাতোন্, যুমগী খা থংবদা লৈবিব লৌ-শুনব লম বিঘা মঙাসে মতম খবনিগী ওইনা বনধান থমলগা অচিনবা শিজিন্নফম থোকপ্রা খল্লি।''

-ঙহাক খুবাতোন রাখল খল্লুববগি মতুংদা, ঐগা লোযনদুনা ঐখোযগী খুঙ্গং অদুগী মকোক লমদা লৈবা ''মহজন বিবেস''হোযদ চৎলম্মী। ঐখোযনা রাবী শাববগি মতুংদা মীনুংশি খৎত্রাকবিনো লুপা লিশিং অহুমখক পুথোবকলগা ''খুবাতোনদা'' শিন্নবম্মী, অরাৎপা লুপা লিশিং অনিদো মথংগী নুমিৎত্তা নুংথিল, ওইনা পাংথোক্‌নবসি হাযখিবম্মী।

মথংগী নুমিৎনী খবাতোন-ঐ লোযনদুনা অযুক ঙস্তানা ''মেম্বব শবৎহোযদা'' চৎলম্মী। মাংগোনদ ঙহাক ফমথাবগ ''মেম্বব খুবাবু ঐনা কৌথকচবম্মী।'' ইন্দোন তখৈল্লেনা থোবকলগা ঐখোয যেংলগা ''ফম্বিসী

ঙহাক্তং ফিদাসিদ"। ইন্দোন তখেল্লেদো ঐগী খুবাতোম্না পাযবিবা বেগ মচাদু হাযফেৎ যেংখিবগুম চংখিবম্নী। মতম ইকুই কুইদনা "খুবা মেম্বব" ইমুংদগি থোবকলগা ঐখোযবু ড্রযিং কমদা কৌশিলম্মী। ঐনা ইতোমতা খনজখি "খুবা মেম্ববসে ঙসিদি লক্ষ্মী মাতা লোযনবকলবদা "বামদেউ" বাবাগা কাওথোকলমাম্লে।"

-মেম্বব খুবানা "ঙবাংগী রাফমদুগীবা?"

-ঐনা খুমখি "মদুগীদমক্তনি।

খুবাতোনসো হাযবকখি মমাম্নব ওযববা মীওই অদুদ "মেম্বব বাবুনা, নচাশিগী মতাংদা ফনবা হোৎনবিদবা যাদে হাযজবনি।"

-রাবী-রাতায শাম্নবিঙেদা ইন্দোন তখেলে মখুৎতা টি ট্রে, অথুম অহাও পুথোবকলগা থমনা থমনা হাযবকই "থবক শুবি মীনাই নুপীসে ঙাযবদা ওম্লোকনা অরাবা জাৎনি"

-খুবা মেম্ববনা "ডাইলোগ লোযশিলো নোংফাদোক ঙাযনববু। মখা তাথবকখি, চা ইংবনা হানম্ননি অমুক্তং যাংনা পাযসি।"

ঐনা খুমখি 'খুবা, হাযনবা শেনফমদু মশিং শুজবকত্রে লুপা লিশিং অহুমখক ওযনা ঙসি থমজবমলগে অদুগা অরাৎপা লুপা লিশিং অনিদো হযেং বিপোট চে শিম্নব মতাংদ ওযনা তৌম্নবসি। খুবাতোনগী যাওবকলিব বেগ অদুদগী শেনদো লৌথকতুনা মেম্বব খুবাগী মফমদা শিম্নবম্নী। থাজদবগী নচ্চদে থজিক্তং অহান-অকোন ওইনবগী তাবে খুদোং চাম্ন'দবগী তৌজবনি রাবৌবিনু।

-খুবা মেম্ববনা নোক্লিংবা মাইথোংদা "থানাগী মীওইশিংসে মমল তিকনবদা নোঙাযখিদ্রে অরাৎপা শেনফম মশিংদো শোযনবোইসিকো।

-ইন্দোনসু ঙহাক থোবক্লগা মতেং পাংবগুম ঙবাংদগী হৌনা নখোযগী খুবাদা তকশিকলম্মিবনি নৈকায অমত্তনি নখোযগী থবকতো পুন্নমতগী হান্ন, শোযখিবসু যাদেকো।

মথংগী নুমিৎনি মহ'জানদগী হাযনখিব অরাৎপা শেনফমদো লৌকবগা ঐ খুবাত্রেনগী নিপামচা ইনাও অদুগা "খুবা মেম্বর' হোয তন্না অযুক অঙনবদা লাকলম্মী। খুবাদসু ঐখোযবু ঙাযবম্ববগী মতাগুম গুমা' অদুদ চৎথোক চৎশিন তৌদনা লৈবম্মী।

খুবানা ঐখোযবু উবগা "যৌবকলত্রা নখোযবু। ঙসিদি থবক অমা যাংনা চৎলুগে হাযদুনা লোযশিনলমলিবনি।

-ঐখোযনা "খুবা, চৎথোকখীবা থোকলবদি থবক্কী রিপোর্ট চেদু যাংনা ঙাযবদুদ ইনাওসে। মাওবিকালবা অবাৎপা শেনফম লুপা লিশিং অনিদু খুদঙা 'খুবা মেম্বর দা ঐনা শিন্নবম্মী। খুবানা যাংনা শেল পাযশিল্লগা নখোয ঙহাওং ফমবিবমখো হাযবমলগা মযুমলমদ পবপ পবপ চংশিলম্মী। ঙহাক লৈবগা আর্মি হেডকোটাবদ' ইনা গানাগী রিপোর্ট চে নী হাযবা থাকী মচুগী গম্ম স্পপ্ন। নখুম থিংব ইনভেলব' অম ঐখোযগী খুৎতা পীবিবম্মী। ঐখোযসু হবাতজবগী মতাগুম চংলখিগে হাযবমলগা নফম অদো ইবুধ কুযদনা থোবকলম্মী। লাম্বুনদ থোইবাং থোইজাউনখিবগুম ইনভেলপ কী" মনুংদা যাঙাবব রিপোর্ট চে অদুদ কবিনো ইবকইবা থানাগী পাওখুম অদো যেংনিংমনখিদনা হনাওদা কম্মা তকশিলমবগী মতুংদা মহাকনা হাংদোকলম্মী।

ঐদি ইংবাজী পাব কযা খুলোযদবনিনা "ইনাও অমুত্তং পাথবকউ, রিপোর্টগী পাওজেলদো।

-ইনাওনা মথং নায়ন পাককখি লাষ্টকী লাইনদো ওযনা ''নো ক্রিমিনেল বেকোর্ড এভেলেভেল ইম্নব পুলিস ডাযেবী''

-ঐনা অমুক্কা হন্না পাহলখি ইনাওদা ''ৱাহৈ তককখক্কী তমক্তা লুপা লিশিং মণ্ডা লৌখিবা, চাদিংদী চুমলবা যাৎনি, ''মেম্বব খুবাদো লৈকাযগী ওযবনিনা লুপা লিশিং অমখক তাবিবকপনি নত্রবদি ৱাহৈ খুদিংগী লুপা লিশিং অমম পিফম থোকপনি।



# খোন্থোকতবা মীয়ামগী মীকপখোল ময়ামদো

মহেশ্বর বড়ো যান্না খোযদোকনা ইনাক-কৈবাকখুনবা, শেল-থুম মবাং কাযনা শিঁজন্নবা লৌ-শিং উবগা লৈবা ঐখোয খুঙ্গংগী "মহাজন অমনি"। ঐখোযগী খুঙ্গংসে হৌজিকমক ওডালগুবি দিষ্ট্রিক্কী তাযনবা দবং দিষ্ট্রিক্কী বর্ডাব ওযবা অসমগী লৈবাক অসিদনি। খুঙ্গং অসিনা দিষ্ট্রিক অনিগী শকতাক্রুফম হাযর্বদি অমন্ অবোযব অমসুং অমবোমদা হৌবকফম। অকনাচল প্রদেশবু কুপলিবা হিমালয চিংশাংগী মখাবোম ওযনা "মহাভৈরব কুণ্ড"দগী চেনথবকপা ধর্নশিঁবি তুবেলগী নোংপোক মাযকৈদ লৈবা ঐখোযগী খুঙ্গং অদো মীযামদ শকতাক্রুফমনি। মহেশ্বর বড়ো মচিন মনাও তকক্কী মনুংদা খ্বাযদগী অহলনি। অতৈ মনাও মঙাসু মযুম-মকৈ পান্নদুনা অঙাং অনি অহুম যাওদুনা মখোয ইমুংদা চাউবকন মীশিং কুনমাপন কুনথ্রামুক পুল্লপ লৈমিন্নৈ। মখোযগী ইমুংদো মযাম পুন্না চাক-ইশিং কবিগুম্ব মতমদ থোংলবদি হাযফেৎ ইনাখুনবা যুম অমগি কর্মগী উৎসৱকী মতানি। মযাম হিপলিবা কম মযাম যেংলুববদি কাজিবঙাদ লৈব টৌবিষ্টকী দবমেটাবি অমগুম্বনি। মহেশ্বর বড়ো যান্ন ইংতম্পা, মবুক ফবা রাঙাং ফজবা লৈকোযদ লৈব অহলশিং বেভাব নীতি কাযদনা চৎপা মীওই অমনি। মহাক্কী মনাও অতোম্ব 'মনেশ্বর বড়ো' খক্তা লাইবিক-লাইগুদা মায ওনসিনবগুম বি, এ লোযবদুনা মযুমদগী মাইল তবামুক লাম্প মফম অমদা ওঝা ওযবন্মী। ঐ মনাও অতোম্বগী লেংগানি পীক্লীঙৈদগী নক্রা লোন্দিনবদগী মখোযগী ইমুংগী

রাবী অযম্বা লোয়না খংঙি। ঐখোয় লমদম অসিদ মন্ত্রী এম, এল, এ কাখিব খুদিংমকনা "মহাজন বড়ো" হোযগী খৌজাল ফংদ্রবদি মাযপাকপদা মনুং যৌখিদবগুম্বনি। নোংমা ঐঙোন্দা অহল ওযববা মহাজন বড়োনা কৌবগা হাযবকই।

মহাজন বড়োনা "ইবুঙো, বাজেশ নংসু বি. এ লোযববনিনা থবক মচা অমদি যেংশিনবা ফৈদনা চহী মতাংসু যাবি।"

ঐনা খুমখি "খুবা মহাজন হৌজিক্কী মতমসিদ থবক অফবা অম হেক চংলুগে হাযনা রানোম্বা ওযে হান্না শেল থুমগী রাফম হেক্তা, লোযননা ইপা-ইপুগী কৈবাক লৈতবা হাযবসিসু রাম্রে।

মহাজন বড়োনা অমুক্কা "শেল থুম মতাংদা খুবাখোয লৈবিবসিদি অচিন অকোম খবনিগী শিজননবদ কবিসু কাযদে।

ঐ নুমিৎতুগী নুমিদাং তুমথখিব যাদ্রে মণ্ডল বাখলগ লোযননা বাজি ইমানা অহল নোংমা নেংমগী ওইশিল্লকপ ঐবু অসুক বানা বি এ ফাওনলাইবিক ওমহল্লকপা, ইস্কোল নচেৎ অসিদগী হেনবা লৈবিবা লৌশিং পুন্নমকসু মীঙোন্দা বনধান থমগ্রবা ইংতামতা খল্লকখি কবিনো ঐনা হৌজিব তৌগদৌবিবসে। ওঝা চংলে ভেংসাব স্কুলদ, কবম্বা চহিদ প্রোভিন্সিযেলাইস যংদনা সবকাবগী তলপ যংলগা যুমগী অরাবদা মতেং পাংসনবা ঙমগদবা। পাল্লেপফম খংখিদে তাওবনা ঐগী পুন্সিফম হীনাওসে, হীহোনবা যাওদ্রবগুম কদাযদনো অসুক পাক চাওববা ধনশিব তুবেলসিদ হিথাংফম তোক্কার্নো। নীংহন্নবা লৈতনা খল্লকলগী পাক-চাওবব তুবেলদগী ইথক-ইপোম মবক খংহৌদনা ইবাকলমদায মিকুপতুগী মমাংদ মতিক চাদ্রবা হি থাংফম অমত্তা। খন্ন খম মংলানগুমলগা ইথোক তৌববা রাখল কযাগা লোযননা তুমথখিব

মীকোপত্তু খংহৌদ্রে। নুঙাল্লগা নুমিৎনা রাতোন লোমলাবাদ ঐ মঙফাউনবগুম মীকপ থোকলে। মংলানগী মীকুপত্তা নুঙায়বগুম কবিনো তাইবংদসু খল্লকখি খংফম পুন্নমক্কী। ইতোমতা হংজখি "হে ঈশ্বব-নংনা ঐবু কবেন্নবিববা ? কনাগী মফমদ লানখিব নৈতব ঐগী পুন্সিসে খনবিবম্বা যাওব্রা ঐগী অরা পোৎলুম থাংমিন্নসি হাযবগুম। ইখং খংহৌদনা খুম্নোক অমা মপালোমদগী তাখিবগুম, "মহাজন মহেশ্বব বড়োগী"।

-বাজীনা হাযবম্ব "মহাজন বাবু কবি তান্নসিগে।"

-মহাজন্না হাযবম্মী "শেন্দোযগীমতাংদা লাকচবা নচ্চদে, যাবগদি খজিক্তুং ইমুং অমগী রাখললোনবু পুশিল্লগা তাথোক-তাশিন খন্নবগে লাকচবনি, মখোযগী মমানসু নুমিৎ খুদিংগী নিংশিংলুচো হাযবঅদুদ।"

ইমাসু মতেং পাংশিনখিবগুম "ইকাযখ্রেদা, তাদনা ঐখোযগী অসুক ফীভম থীববা মতাংসিদ।"

মহাজননা অমুক্কা "কবিসু খনবিকুগনো, নকনবা অমনী রাখলদ পুশিন্দুন পংহায হাযবগী রাবীনি।

বাজীদি খংলে "মহাজন বড়োগী" রাংলবা রাখোম্নোনগা লোযননা শাগৎলকলিব ফুবা-দালানগি পবিং পুম্বা। ঐ তুম্বা হৌগৎপগ ইক-মায়থবা ওযনা তুবেল তোর্ব্বান তান্না চৎলম্মী। তুংলমদগি ইমানা হাযখিবগুম তাহৌই "ইবুঙো যাংনা কাখৎলকও।" তুবেলগী চাযথফম যৌববদ ঈশিং শোকলগা শানাবুন যেম্পা নৈশাবী চুনবা মবি থেংনবম্মী, মখোযসু ঐ উবদা নোকনিংবা মইথোংদ কবিগুম্ব হাযনিংবগী মতাগুম হাযবকই" ইতৈ সাহেবকী মতেং পাংব লাকচগনি, মখোয মশেন রা-রা নোকলমলগা চৎখিবম্মী। ঐ ঙহাক্তুং রাখল চমমনখি, কবিনো "ইতৈ সাহেব"হাযবমলিব রাহৈ অদুগী

অৰ্থসে। নুমিৎ অদো খোযবাং খোযজাউনখিবগুম ইকজব খোযদাখিদে, ঙহাক লৈবগ যুমদা লাক্লমী। নীঙোল মচাশিংদো "মহাজন বড়ো" হোযগী মচাশিং হাযবা ঐ কোন্নদা খংলে। যুমদা যৌকগা গৌহাটি চৎনবগি থৌবাংলম্মী, ইমানা লুপা লিশিং মঙাখক পুথোবক্লগা হাযবম্মী।

-ইমানা "সে সে শেনফম খবা পাযশিনখো, নংগী নহান হোৎনকবা থবক্কী ইন্টাবভিউ যাওকবদো ঈ-পাও ফংলব্রা ?

ঐনা খুমখি "ঙবাং কৈথেলদ ইমান্নবা অমনা ঐবু থবক খনবা যাওবে, চে-চাং যৌবকত্রিব্রা হাযনা হংলম্নী।

-ইমানা "হৌজিক্কী মতমসে ওফিসতা শুবিবা কেবানী বাবুশিংদুগী খোলাংশেল খবা চা-কাপান চান্নবনি হাযদুনা পিশনদ্রিমখৈ চে-চাং থাবিবকওয কৈদৌঙৈদা।

ঐনা "আদুগীনী চৎক্কে হাযদুনা তৌবমলিবসে। গাড়ীগী মতম যৌবক্লবদ ঐ বাঙী ইমাদগী আশীৰ্বাদ লৌবদুনা গৌহাটি চৎপগী খোংচত্রা লাক্লম্মী। বাসতা তোংলিঙৈ ঐগী ৱাখলসে মণ্ডল মণ্ডল খল্লকখি, ঙসায অযুকতা নিঙোল মচাশিংদুনা লকনবম্বা ৱাহৈদুগা যুমদসু অসুক লুপা-পৈশা অৱাব ৩ঞ্জাসিদ কদাযদগীনো ইমানা পুথোবকলগা পিবক্লীবা শেনফমদো। বাসতা যাওবকলিব হেণ্ডিমেন অদুনা গৌহাটি যৌবে হাযবদ তুমদনা মং মংখিবগুম ভাব তাবকখি। ঐ গাড়ীদগী কোমথবকলগা রিক্সা অমা তোংখৎলগা "ওফ বৰ্ডাব এবিযাস ওফিস" তান্না চৎলম্মী। ওফিস অদুগী নোটিস বোৰ্ডতা থেৎলিবা থবক খনবগী চেবোল শিংদু যেংলুবদ, ঐগী মিং নম্বব তবেৎশুব সেবিযেলদ যাওবম্বদ খুদক্তা ঐ ইশাসে হবাউমনখিদুনা চিনদগী লাউথোকখিব খংহৌদে "থেংকস গড" হাযদনা।

ওফিস অদুদ চংলগা মাবী লৈনব ব্রান্সকী মীওইশিং অদুগ চেবোলগী মতাংদ হংলুবদ হাযবকখী, ''ঐগী এপোযমেন্ট চেবোল থাখিব মতম কুযবে'' মীওই অমনা ইংগিত তৌবকখিবগুম, শেনথুম খবা তিংলদি অতোপ্প সেকেণ্ড কপি লৌথোকলগা অযাংবা মতমদ থবক জোইন তৌবা যাগনি। ঐসু যাওবকলিব শেনফমদগি লুপা লিশিং অমা/অনি তিংথোকলুবগী চিংনবা লৈবমদে। নুমিৎ অদুমক পুন্সিগী অহানব থবক-চংবা হৌবম্মী। লেমহৌবিবা লুপা লিশিং অহুম অদুদগী লৈননবা ফীবোল, চাব থক্রুবগি শিজিন্নবম্মী। যুমদা অমুক্তং ঈপাওসে তমলুগে থন্দুনা নুমিৎ নিনিগী ছুটি লৌথোকলগা লাকখিবম্মী। অহানব থবক ফংলবগী মতুংদ যুমদ লাকখিবনবা খংদে ইশাসে নুঙাযব রাখলগী ইনিলদ ইতোমতা কুচু-কুমেন ঙানথোবকখিবগুম তৌবম্মী। বাজী-ইমাসু অনৌবা আশাগী মংলান কযা মাংখিব হৌবকল্লম্মী।

-ইমানা যান্না নুংশিব খুদ্রোকক্তা হাযবকখি ''ইবুঙো নংগী বাজীসে মীগি মমাংদ চোপহনব যাদেকো, ঐখোযন ইচাসু নতোমতনিনা, জন-ধন খবা যাদ্ব খনবদগী রাবী লোযথোকলুববনি।''

-ঐনা ঙক্লা হংখি ''কবিনো ইমান হার্যবিবসে কনাগী মচা ওযবিব ঐ ভাব অমত্তা তাদ্রে।''

ইমান্ মখা তাবকখি ''ইহে, মহাজন বড়োগী মচানুপী অহল অদুগীনি রাবীসে মমিং আঃ ''বজন্তী'' হাযব্রা, মশক মতৌ, রাঙাং-শাঙাং, ওয়োকনসু ফজখ্রে ঐখোযনা হেক পামজবা ইমৌ হাযবদো থোকলনি, ইনাককৈবাক খুনবা, অমগিনী হাযদুনা মপা-মমাদগী হৌনা নিঙোল শিং ফাওবা লমকেৎ লমহায, পোংবা-খোৎপা কবিমত্তা যাউদে।''

-ঐনা খুম্মী ''হযেং মতম যৌবগা খন্নসি, থবক চংবদসু ঙাযবি, যুম-কৈ খজিক্তং শেমজনব-শজিন্না লোযথোকখিসি।

-ইমান্য হাযরকখি ''শেনথুম খুদোং চাদব তাঞ্জা কযাদ মতেং পাংদুনতা লাকলবনি মখোযগী ইমুংসিনা, ঐখোয়বু তোযনা লাকতে হাযদুনা মমা-মপা অনি চংনা কযাগ্তা পাউতাকলম্মী, শোযবা যাদেকো।''

নুমিৎ নিনিগী সুটি লোয়বদুনা ঐ থবক মফম গৌহাটিদ হলক্লম্মী। ওফিস অদুদ জুনিযব একাউন্টস ওফিসাব ওযনা থবক চৎথবিঙে অমসুং থবক চিনবদগী তোযনা খুঙ্গংগী যুমদ চৎথোক চৎশিন খুদোং চাখিবমদে। অমুক্তসু খল্লকলম্মী যুম্ফম মচা অমখক পাক চাওববা গৌহাটি মনুংসিদ লৈরদুনা খুঙ্গংদ লৈহৌবিবা বাজী-ইমা পুবকতুনা পুন্না লৈমিন্নগে। অযাম্ব মতমদা খুঙ্গংগী মকপ-মপা, পীকলিঙৈদগী হৌখ্মিনবপা লৈকাযগী ইচিন ইনাও থাদোকতুনা বাজী-ইমা লাকউ হাযবা যাখিদ্রা। সহবগী ইবাংদগী হৌনা, গাড়ীগী অমোৎপা মৈখু, চিল্লবা ইকমাযথফম, মীগি মযুমদা লৈকায কোযনদব চৎনবোল হৈন্নখিগদবা" চমলবা ইশাগী ইবোলদগী হেন্না ঙাংথোকতবা বাজী-ইমাদো। নীংহলম্মী রাহং-কযাগী পাউখুমনা ইতোমতা, খনখিদবসু যাখিদবগুম হৌজিক্কী মতমগী চাউখৎ লমদাং মান্নবদা চাযেং খুদিংমক্ক। কবিগুম্ব ঐগী রাবেপ অমত্তং শোযখিব থোকলবদি ঐবু পোকপিকগা চাউননবা যোকপীবগা লোযননা অদুগীসু মখক্তা বি, এ ফাওবা কযাত্তা রানা লাযবিক-লাযশু তমহন্দুনা মতিক চাববা মীওই অমা ওযবদ লৌখিব থৌদাং পুন্নমক্কী মযোক্তা ঐনা পুন্সিদা শিংবা ঙমলবোযদবা বাজী-ইমাগী লমন মযামসে মখোযনা যাবিবকত্তব থোকলবদি পুন্সিগী কোকঙমদ্রব রাখল লৈনা অমখক নৌহৌননা ঐনা হাপচিনবগুম থোকলগদ্রা। যুমলোমদ চৎলুগে

খন্না খন্না থাশিং কযা হৌখিবনী। ওফিসতা থবক সুমিন্নবা তেখাউ নিঙোল ''বর্জনী''সু নোংম নোংমগী নুংশি লমদাংদ চংশিলকতুনা ঐগী ৱাখলসে খোইবাং-খোযজাউনহনখি। মহাক্তি থবক তৌমিন্নবদ থাক-মাননব ওযবসু, মপা-মপুদগী হৌনা যান্না অৱাংব লেভেল অমদ গৌহাটি সিটি সিদ হিংলিবা ইমুং অমগী নিঙোলনি। ঐ অযাম্ব মতমদ নিংহন্নবা ওযন মাযথৈদোকলগা লৈবম্বনি ইশা ইতোমতগী নুঙাযবথক খল্লগা পোকনফম লমদম উডালগুবিবু মীবাযবা মচা অদুগীসু মথক্তা (মীযাম মমাংদ) বাজী ইমাবু খুঙ্গংসমাজ যোনথোকপা ওযখিগদ্র খনবদগী। ইকায ইকি হুনদোকলদুনা নিঙোল অদুন হাযবব ফাওবা কবিমত্তা অবেম্পা পীখিব লৈতে থম্মোযদগী। নোংমা ইখং-খংহৌদনা নোংলৈ নুংশিৎ লাকলগা নোং মবিক অম তাখিবগুম খোকলে ঐগী লাযবকতা।

নুমিৎতো অযুক্কী পুংশিং মাপনমুক তাবদা ঐখোযগী খুঙ্গংদগী লৈকাযগী ইনাও 'বাজা'' লাকলম্মী। ইনাও বাজানা হাযবকখি ''তামোগী লুহোংব লাকলিব নোমাইজিং নুমিৎ লেপ্লে, মবম অদুনা ইপন-ইন্দাখোযনা ঐবু তামোগা লোযনেদুনা লাকতব যাদে হাযবগী থাবকপনি।''

ঐ লৌৱাযদা ব্রজ তাখিবগুম খুমলুয 'নুপীনা কবম্বা লৈকাযদগী অদুগা অসুক যাংনা মতম লেপ্পুবিবা''।

-ইনাও বাজানা মখা তাথবকখি ''মহেশ্বব বড়ো মহাজনগী মচানুপী ইচে ''বজন্তীগা''।

-ঙহাক খনফম খংলমদে ঐগী ৱাখলসে, কবিগুম্বখুঙ্গংদ চৎখিদব তাবগদি বাজী-ইমানা থম্নোয শোকনা বাবৌগদব, মহাজনগী মচানুপী ''বজন্তী''না মমান্নবগী মমাংদ ইকাযব ফংলদুনা ফৎওবা লম্বেল শি-নাব

থোকলগনা কবম্বা মওংদা- - - - - - -।

ঐ ঙহাক্ক মতুংদা হায়খিবম্মী ''বাজা নং চখৎলম্মো, শোযদনা নোংমাইজিংগী মমাংদ ওফিস ছুটি লৌবগা লাক্কনি।''

নুমিৎতো ঐ ওফিস যৌবদ খজিক্তং মতম থেংখিবগুম, ওফিস অদূদ থবক শুমিন্নব মীয়াম পুম্বনা হকচাং নুঙায়তব যাওনবব্রা হায়দুনা কবেন্নবকখি। ঐ কবিগুম্ব অমতা খুমলমদে। তেখাউ নিঙোল 'রজনী'' ঐঙোন্দ মুম্না যেংলগা ঐগী নঙাযতব মতাংদু তেংবাংনিংবগুম।

রজনীনা হায়বকখি ''দাদাগী ফেসিমাইল খজিক্তং মোথ নুঙায়তবাগুম উই।

-ঐনা খুমখি ''অচৗম্বনি মীওই অমগী থাজবা মাংহনলসু, মীয়াম খবগী নিংজবা আশা থুংহনব তাবে ঐপুন্সিসে।''

-রজনী যাম্না ঙকনা ' ঐগী লায়বক্তা নুমিৎ তাফম মফমদো খংখিদবগুম ওযবমান্নে।''

-ঐনা অবাবগী খুম্নোকতা ' ঐ নংগী থম্মোয় কায়হনলমলে হুন্দক্কী। মপোকতা বাবৌগনু।''

বজনী ইনাক্তগী কম্পগী মায়থোংদা মচিন্দগী কবিগুম্বা অমতা হায়বমদনা থোকখিবম্মী। ঐসু নুমিৎ খবনিগী ছুটিগী চেবোল অম পিবমলগা ঙভানা ওফিসতগী হল্লকলম্মী ইশাগী লুহোংবনি হায়দুনা ওফিস অদুদ শুমিন্নবিবা মীয়ামফাওব বার্তোনজবগী পাঙ্গল লৈবমদে মতাংদো। লুহোংবগীনি হায়দুনা ফীবোল খবদি লৈবম্মী।

মথংগী নুমিৎতো উডালগুবিদা হিন্দু-মুসলিম ইবাং থোকনবদগী গাড়ী অমত্তা ফংখিবমদে যুম যৌনা লাকপগী। ঐসু বাখল ইবাং লাংলম্মী, কবি

থোকলিগবা বর্ডাবদ নৈবা ঐখোযগী খুঙ্গংদো, মনুংহনজন্না লৈবনবা টেলিফোন, মোবাইলনা চিংবা ঈ-পাও কবিমত্তা ফাউনবগী খুদোংচাব ফংখিদ্রে। নুমিদাং টিভি যেংলুবদা মী লিশিং লিশিং খুৎ-শক্লবদগী যুমকৈ মৈ থাদোকনদুনা বিফিউজী কেম্পদা সবকাবনা থমলে। নুমিদাং চুম্পা মীকুপ অমত্তা ফাওবা তুমদবমখে নোঙাল্লকপগা অফংবা গাড়ী কযা লম্বেলদ শিল্লাদুনা ঐখোযগী খুঙ্গং ফাওবা লাকল্লম্মী। লাযবক থিবদি পুলিস মিলিটেবিনা কনাগুম্ব মীওই অম ফাওবা চৎথোক চৎশিন তৌহনলমদ্রে। ঐনা যান্ন কন্না নোল্কচববগী মতুংদা পুলিসকী গাড়ীদা তোংখৎলগা খুঙ্গং তন্না লাক্লম্মী। অঙকপনি খুঙ্গংগী মাযকৈ পুব মৈনা চাকলম্বদগী মৈখু কাদুনা লৈবম্ব যুম কৈ মযামগী দৃশ্য শিংদো। মিৎহুগী পীবাং চেপ্পখিবা খংহৌখিদে থাশিং থবনি থাদোকলুববা ঐখোযগী যুম্ফম অশেংবনি হাযদুনা থিবদ রানা থোকলম্মী। মাযকৈ পুম্ব কম্পা লাউবদগি হেন্না কনা মীওই অমত্তা উখিবমদে মতমদো। হে ইশ্বব অহল ওইববা বাজী ইমানা মফম কদায লৈবমগদবনো। অমুকসু ইতোমতা বাবৌখিবম্মী "ইনাও বাঙা"গা লোযননা লাকলমলগদি অরাব মতাংদো যুমগী মীওইশিংগা নাওমিননবমগদবনি। ঐ থম্মোযখব ফাদবগা ফংনব মীওইশিংদা হংখিব লেপখিদে ঐখোযগী খুঙ্গং অদুদগী মাইল মবি মঙা লাম্প মফম কযাদ নৈবা স্কুল কলেজতা বিফিউজি মযাম পুন্না লৈফম থিবগা চৎলম্মী।

খল্লম্মী কমোনেল ক্লেস অদুদ হাৎনথিন্নদুনা শিখিব মীওই মযাম "উদালগুবি থানাদ" থমলী হাযদুনা তাবদগী যেংবা চৎলুসিবা নত্রগা বাজীগী মচননুপি ঐগীনা ইনে "মাজাববাবী"দ লৈবা অদুদ চৎলুসিবা, বাখল পল্লেপফম লৈখিবমদে মতোমদো, ঐবু মশক খংলবা মীওই অমনা নখোযগী

বাজী-ইমাদো বিফিউজি কেমপ নম্বর-তরেৎতা লৈহৌবনি হায়না পাউদমলম্মী।

ঐ খুদক্তা অরাবা পুন্নক কোকখি, মখোয়বু অমুক হন্না উননী হায়দুনা থোকখিব্ খৌদোক অদুগী মতুংদা। কেম্প তান্না পবপ পবপ চৎতুনা বাজী-ইমা উন্নকবে ইমানা ঐবু কোনশিল্লগ কপচখিবা ইমান কপ্প কপ্প হায়বকখি। ঐখোয়সু যাওনা ইমুংগী মীয়াম মযাম কল্লমলগা ''মহেশ্বর বড়ো অমদি মচানুপি বজন্তী''দো। যেক্রুবগী থাংনা যানলমবদগী হন্দকী মপোক অসিদগী থরায় থাদোকখ্রে।'

মহাজন বড়োগীনুপীসু অঙাওবী শক্তমদা মতেং পাংশিনখিবগুম ''যুমকৈ সম্পত্তি মাংল্লবসু মীনুংশি খংদ্রবা যেকনবা মীওইশিংদ ব্রাবৌখিবগা লোয়ননা মচানুপী ''বজন্তীগী''মমিং হঞ্জিন হঞ্জিন কৌকগা কপলম্মী। হায়বকখি ''নংগী লুহোংনবগি বব ইবুঙো ''বাজেশ ' গৌহাটিদগী লাকলে, নংদি কদায়দ ঐখোয়বু থাদোকলগা চৎখ্রে। তাবদ খাংবদ ব্রাখি ''খোঘ্রোকতবা মীয়ামগী মীকোপখোল মযামদু। নুমিদাং মযাম পুন্না লৈমিন্নববগী মতুংদ, মথংগী নুমিৎতা নিংব কায়ববা রাখল অমগা লোয়ননা বাজী ইমা যাওন' পুন্সিগী ওয়না পোক্রফম খুঙ্গং অদো থাদোকলমলগা গৌহাটি হলকখি।



# উৎসর চাখিররোয়

শার্দ্বগী নুমিৎনি অরাং বামোন লৈকাযগী মান্দরতা অযুক্কী উৎসর নংহৌনবা অহল-লমন নুপী অঙাংনা চিংবা কোযলাং লাংলম্মী। ঐসু লৈকাযদ খোকপ থৌদোকনি বার্তোন ফংদুনা লাকলম্বনি কর্মদো যাওগে খনদুনা। মহা প্রসাদি তাকলে হাযদুনা বামোন্না লাউখিবা হাযফেৎ তাহৌই, তিন্নিব মীযাম পুম্না মাগী মাগী মফমদ ফমলদুনা তুমিন লৈম্নখি। ঙহাক পৃথিবীগি চৎলিবা ঘড়ী কাটাদু লেপখিবা মওংদা ইশৈ শকপা ভাবোকনা চিংবা মীযম ফমদুনা থৌবম পবেং নাযনা কর্মদো চৎথবি মতম অদুদ মৌ নহা অমা খোবকলগা লৈখিদ্রব ''বাবুগী'' মীং কৌবগা পংকপ কপলম্মী।

ঐনা ইনাওয়া ফমলম্ব লৈকাযগী নহা অমদ হংলম্মী ''ইবুঙো, কনা লৈখিদবগী শান্ধনো, এদুগা হৌজিকতা কপলম্বী অদুনা শিখিবা মহাক্ন। কবি মবী খোকনবনো।''

নহা ''মথক লৈকাযদ চহী কুনমুক্কী মমাংদ লৈবম্বা ''কুঞ্জগী'' মচানুপা ''বাবু'' হাযবদুগী শার্দ্ধনি। অদুগা কপলম্বী মৌনুপী অদুন মহাক্কী নুপী অহলনি।

-ঐনা ''নুপী কযা লৈহৌবগে 'বাবু' হাযবসিগী ? কবি থবক্কা তৌবম্বা জাৎনো শিম্নবা নুপাসিনা ?

-নহা ''নুপী অনি থমলম্মী হাযনৈ অদুগা নাগালেণ্ডদ ললোন ইতিক তৌবম্বনি হায।

তঞ্জা অদুদ মাকটি গাড়ী অম বামোনগী থোঙালদ থামলম্মী। গাড়ী অদুদগী মাদ্রাজী মশক মানবা মীওই অমগা জিনস শেৎপা নুপী অমা কুমথবম্মী। ঙহাক লৈবগদি খোংগ্রাউ হোংদোকখিবগুম ফনেক শেৎতুনা কপলম্মী ' বাবুগী'' মমিং কৌবগা। মীযামসু ঙক্লা যেংনখি নুপীদুগী মতৌদো লোযনবকলিব নিপাদুনা ভিডিঅ কেমেরা অম পুথোবকলগা পংকাপতা কপ্পা হৌখিবম্মী। মীযামগা লোযনন ঐসু যেংলম্মী ঙসি নুমিৎকী থৌদোকশিংসে অঙকপনি খল্লদুনা। নুহোংবা, বার্থডে, মৌ মখুৎ লৌখৎপদ ফিল্ম পংকাপ কাপ্পগী মথুৎতা শার্দ্ধ-কর্ম্মসিদ কাপলিব মওংদু। শার্দ্ধ লোযবে মীযাম চিবুন চিবুন ঙাংনবগা অযাম্বনা হন্নখিব হৌবকলে। ঙসায় অহানবদ থোবকলম্ব মৌনহা অদুগা কোন্না লাকলবী নুপী অদুগা মশম পাযনদুন রা ঙাংনব তাদবমথৈ খৎন্নদুনা লাক্লাউ হৌখি লৈবম্ব নুপী খবনা খাম্ব হৌবদগি তুমিননা ঙহাক লৈনখ্রে। ঐ ঙহাক যেংলম্মী কুম্মেদো।

-মৌ অহল ''নংনা ঐগী নুপাদো হাৎখির্বনি, মৌরা হাৎপী তৌঙস্বী। '

-অকোনবা লাকপীনুপী ''তৌঙম্বদি নর্গনি নুপাবু থাদোকলমলগা চৎখিবী '

ঙহাক খৎনবম্বগী মতুংদা অকোনবী নুপীদো ফনেক হোংদোকলগা খোংগ্রাউ শেৎচনদুন মখোযনা পুবকপা মাকটি গাড়ীদা মাদ্রাজী মানব মীওইদু তোংখৎতুনা অযাংব মতমদ মফম অদুদগী মখোয অনি চৎখিবম্মী।

কুঞ্জগী মচানুপা ''বাবু'' মতম অমদ ললোন ইতিক তৌদুনা নগালেণ্ডগী কোহিমাদ লৈবম্মী। মহাক্কী মিং পনবদ টেক্সি অটোস্টেনগী মীওই খংদব যাওদে। ললোন ইতিকতা থোইদোকনা মাযপাকপগী মথুৎতা গাড়ী হুবানব কাংলুপ, শেন-থুম লাকপা, ফৎত্তবা মীওইগা মহাক্কী সঙ্গনি। কবিগুম্ব মতমদসু

মখোযগী মযোমদ যু-থকপা শা ঙাগী পার্টি চান্নফম ওযনা তৌবশ্মী। নোংমাদ মীওই কযাবোম চংলকলগা, কযাখকনা চাখিব-চৎখিব মফম মবাং অমত্তা নাযবমদে মহাক্কী যুম্বালসে। মহাক্কী নুপী অহলসে যান্ন ইংতম্পী, রাঙাং শাঙাং ফজবী মীওইগী ইমুংদ বেভাব নীতি চৎনবোল হেঞ্জিনলকপদগী অবোযবদ থাংব ঙামদদুন্ মচা অনি যাওনা মপাম হোজাইদ মপোবোইবগী মযুম থাদোকলগ চৎখিবশ্মী। বাবুগী মযুমসে হান্নদগী হেন্না নুপী লৈত্রবগী মতুংদ ফীভম ফৎশিনলকতবা হেল্লকখি, অবোযবদ ''কোহিমা'' থাদোকলগা ডিমাপুবদ নুপী অতোনবী অমগ মযুম পানমিননদুন লৈবশ্মী। অতোনবী নুপীদো ''বাবু''দগী থাক মবিমুক হেনবা মীওইনি। নোঙানবদগী নুমিৎত্তাদ্রিব ফাওব কোযব পামবগ লোযননা নুমিদাংদ হুসকি পেগ অচৌব মবি মচিনদ তাদ্রিঙে শা ঙাংনব যাব মীওই মত্তে। 'বাবু''গী মকপ-মপাংসু খোযদোকনা অনৌব মফমদগ লৈশিলকত্রবা মতাগুম্বনি কোহিমাদ লৈজবম্বা যুম ইখ্রোল যোনথোকলগা যাওবকপ শেনথুম পুন্নকসু নুপী অতোম্বীদুগী মমাংদ লুপা পৈশা পাযব শাবদগী পুমলোয লোর্যাশিনখ্রে। অতোনবী নুপীদুদি পীকলীঙেদগী মপা মমা মশক খংহৌদবী মীগি মযুমদ থবক শুবী খব ওযন মপুন্সি লেলকপা মীওইনী। নুপীদুগী মতৌদুগসো 'বাবু মহাক্কী লোযনবী অমগুমনা রাবক রাতেমবগী মথৌনা লৈবমদে। ' বাবু' মতোমতা রাবৌবশ্মী, রাখল থেনবদগি মামাঙেদ চেকসনহৌদবগী ঙসি নুংশিজবব মচা অনি কাযনবগী মথক্ত ইং-তম্পী নুপী অহলদুনা মযুম থাদোকখিবনি। নুমিদাং যৌশনলকলবদ ''বাবু'' চাক-ইশিং থোংদুনা ঙাইখিবগুম লৈবিঙেদা, যু ঙাউকগা নুপী অতোনবি মাদ্রাজী নুপা অমগা মযুমদ চংশিনলকই।

-বাবুনা ঙক্লা হংলম্মী ''কনানো লোযনবকলীব নুপাসে ?

-নুপীনা খুমখি ''টম এজেন্ট, হাযবদি চাওবব ইন্সুরেন্স কোম্পনী অমগী এজেন্ট মি টমাস।''

-বাবু মখা তাখি ''ঐখোযগা এজেন্ট কবি লৈনগে ?

-নুপীনা খুমলকখি ''অচৌব লটাবী অম ফাউহনবগী। লোযননা মি টমাসদ মপুবোযবগা খংনহলম্মী।

অহানবদদি 'বাবু' যাজবমদ্রবসু মহাক্কী নুপীনা কন্না তকশিলম্বদুদ মফম মবাং খংদনা 'টম এজেন্ট' না পুখোবকপা চে-চাং অদুদ চহী থাবম্মী। মতম ইকুয কুযদনা নীপাদুস মখোযগী মযুম অদুদগী চৎখিবম্মী। নুমিদাং থেংলবদা কনা-মিচিক মীখোল তাদবা তাঙ্গা যেংলগা রাবী-রাতায মখোয অনি শান্নবা হৌখিবম্মী।

-বাবুনা হংখি ''মতৌ কবম্না অচৌব লটাবী নিপাদুনা ফাউহনগদৌবিবনো।

নুপীনা ''ঙসিদগি নংগী নমিংদ লুপা লাখ মঙাগী ইন্সুরেনস অমা যাওখ্রবনি।

-বাবু ঙকনা ''কদাযদগী অদুক চাওবব শেলফম অদুগী প্রিমিযাম থিব ঙমগদৌবিবনো''।

-নুপীনা ''থম্মোয চাওবব'' টম এজেন্ট'ন লোযনা পুথোকখ্রবনি। মদুগীসু মথক্তা এডভান্স ওযনা লুপা লিশিং যাঙ্খে পীবমলবনী।''

মতম কুযনা শেলথুম শিজন্নবত্রবা ''বাবু'' কবি মবমগীনো থীদবমখৈ হবাউর্বম্মি। মহাক্কী নুপীন পুবকলীব হুসকি বটলদ লৌথবকলগা গ্লাস অনিদ হবগা থকমিনর্বম্মি। মহাক্কী নুপীনা হাযর্বম্মি ''মতম খবনি মীন মশক

খংদবা মফম অমদ চৎত্তুনা'' ''বাবুসানা'' ওইন মমীং লৌবগা লৈথোকলুচো, ''টম এজেন্টগা ঐনা শিননবা খুদোং চাবা মতমদ ঐগী নুপা ''বাবু'' শীখ্রে হাযদুনা ইন্সুরেনস কোম্পানীদগী লুপা লাখ মঙা লৌথোকলগা, কনা খংদবা লমদম অমদ লৈবগ লোযবেদনা।'' বাবুসু অহানবদদি নিংহনলবসু, অকোনবদদি মশান অযাব পিথোকখ্রে, ''শেনথুম পাযদব বাবু'' ওইন হীংবগী মহৎতা শেনজাউ পাযব ''বাবুসানা'' ওইবনা ফৈ খনবদগী। মতম খবনিগী মনুংদা ডিমাপুব ধনশিরি বেল ষ্টেচন ফাওবগী মবক্তা থাউ পুবা টেঙ্কাব মালগাড়ী অমা হবানব কাংলুপ খবনা থাউ খাযদোকলুবদগী মীওয কুন-মুক মৈনা চাকতুনা শিখিবগী পাওসে মাইকৈ পুম্না কোযনিন নিলম্মী। তঙ্গা খুদোং চাবে হাযদুনা ''টম এজেন্ট অমদি অতোনবীনুপীনা'' অহিংদুমক ''বাবু'' ডিমাপুব থাদোকতুনা মেঘালযগী ''তুবা দিষ্ট্রিক্টতা'' ''বাবুসানা'' হাযনা শকত্তাকখীবগা লোযননা অনৌব পুন্সি খোংচৎ হৌবম্মী।

''নাগালেণ্ড টাইমস''ন চিংবা পাওজেল চে কযাদ মৈনা কাথেকলবা হকচাং অমবু ফটো উৎলগা কোহিমাগী ''বাবু'' লৈখিদবগী পাও শন্দোকলম্মী। পাউশে মীঙোন্দগী তাখিব খুদক্তা ''বাবুগী'' নুপী অহলদুনা মপুবোইবগী শার্দ্ধ ঐখোযগী লৈকায অদুদ পাংথোকলিবনি।

তৌঙম্বী অতোনবী নুপীদুনা 'টম এজেন্ট গা' মন্নদুনা পাওজেল চে শার্দ্ধগী ভিডিঅ কেসেটনা চিংব ' বাবু'' শিখিবগী খুদম উৎতুনা ইনসুরেনস কোম্পানীদগি লুপা লাখ মঙা লৌথোকখিবম্মী তুবাদা লৈবা ''বাবুসানাদী মহাক্কী মনাক্তা নোংমদি অতোনবী নুপীদো লটাবীগী শেন থুমদো পুবগা লাকখিগনি হাযদুন থাজব থমলম্মী মশাগা লোযনবকপা শেনথুমসু লোযশিনখিদুনা অরাব ফীভম অমদ মশম মকোয কোকতনা লৈবম্নি।

মবক মবকতা অতোনবী নুপীগী মফমদা টেলিফোন তৌকবা থোকলসু লটাবীগী শেন লৌথোদক্কদবা মতম থাখবনি চংখিগনি হেক্তা হাযবকপ।

চহী মুক ঙাযবকপগী মতুংদ তুবাগী ''বাবুসানা'' অতোনবীদুন লৌবা লাক্কনি হাযব থাজবগী রাংমদ লৈবদগী অতোনবি অদুগী খঙ্গুল থীকনব ডিমাপুব ফাওব লাকলম্মী। লম্বেলদ ''বাবুসানা'' অমুক্কা নিংহন্ন খল্লকখি সবকাবগী টেঙ্কাব মাল গাড়ীদগী থাউ হুবানবগী মবাল লৈবব ওযনা ''শিখিবা বাবু'' ঐ ডিমাপুবদ পুলিসনা ফংলর্বদি পুন্সিগী কৈশুম শংদা লৈবা তাবেদনা ওম্নোকপনি ঐগী ইবাযবকসে ''বাবুসানা'' মতোমতা খল্লকখি। শেল অবেম্ব খবা পামলুবগী দমক্তা কবিসু ইবাল লৈত্রবা ঐসে ''থাউহুবানবা অমসুং শিখিবা মীওই শাকবগী'' কোকথকতা হাপকৎলে। খন্ন খন্ন ''বাবুসানা'' ডিমাপুব যৌনা চৎপগী মপাঙ্গল লৈশিনলকতদুনা তেজপুব তাম্না অতোম্প মফম অমদ চৎলম্মী। লমদম অদুদসু ''বাবুসানা'' হাযনা শক তাকলম্মী। নোংমগী চাক চাবা অমা তানবদা যান্না রানা থোকলম্মী, রাখল নুঙাযতবা অমগা লোযনদুনা মাযশ্বীবব লাম্মী অমগুমন মীগি মযুমদ থবককুবা যাউকবদগী ফংলকপ শেনফম খবাদুন যান্না অরাব মওংদ লেলম্মী। বাবুসনাগী থম্মোযদ নোংমদি মহাকপু মাংহলম্ব ''অতোনবী নুপীদো'' লোযননা নোংমা শকখংনখিব মাদ্রাজী নুপা ''টম এজেন্ট'' ফংদ্রি ফাউবা থিখিগীনি খনদুন নিংহন্নবা লৈবমদে।

মোংমা নুমিদাং গৌহাটিদগী অরুণাচল চৎপা নাইট সুপাব অমদ মহাক্কী নুপী অতোনবীদো অঙাং অম লোযদুনা ফমলম্ব হাযফেৎ উবম্মী। বাবুসানা ঙহাক মুন্না যেংলমলগা-

-হাযবকখি ''ডিমাপুবদ লৈবম্ব''বিলাসীনি মত্রানে ?

-নুপীদুনা "বিলাসিনী মতে, ঐ ডিকোস্তানী। পাউখুম পীনিংদবোয
তৌদুন অঙাং নুপীমচাদো পমখৎলগা মমায ওনথোকখিবনী।

মতম অদুদসু সুপাব গাড়ীদো থাগৎখীবনি, বাবুসানা ঙহাক ইকাযবোয,
মহাক্কী নুপীগা মান্নবা ওযবমবসু থল্লদুনা লৈহৌই। চিংনবগী রাখল
থাদোকলমদে, কবিসু খংলোয নুমিদাং মমলগা মশকমক উন্নদ্রবসু খঙ্গোকতুনা
ইশাগী নকনবা মীওয কযা মশক খংনবনী। নিংহন্নবা লৈখিদে, চাব-থকপা
মতাং চাদ্রবসু চোকথখীদে "বাবুসানা"গী হংচাংদ্র।

মথংগী নুমিৎনি থাজব অম থমলগা অকণাচল চৎপা গাড়ী তোংখৎলগ
চৎলনী, মওল মওল রাখলদ নুমিদাং চুম্পা চেনখিব গাড়ীদুগ তোংলফাওব
মীকুপ অমত্তং তুমখিব লৈবমদে। অরুনাচল গী কেপিটেল "ইটানগর"
যৌবগা, তোংলিব গাড়ী অদুদগী কুমথবনী। কদাযদনো মহাক্না চৎকদবসে,
মহাক্কী নুপী অতোনবী "বিলাসীনি" মাল্লবী "ডিকোস্তানি" হাযবম্না মীওই
অদুগী খোঙ্গল লিখিব হৌবনী। পাক-চাওববা সহব অদুদ রুনানসু অশেংব
অমত্তং পাউতাক পীখিবা ঙমলমদে। নুমিৎ কযানী হৌগ্রে, থাজব অমদি
মহাক্কী থম্মোযদগী মতমপুন্নদ কাউথোর্কখিবমদে।

নোংমাইজিং নুমিৎনি, অযুক্কী খ্রীষ্টিযান লার্যনিংব কাংলুপ খবনা
ঈশ্বরগী থৌজাল থব ফংলম্বগী মত্তানি লার্কলিবা মীওই পুম্না গীর্জা অদুদ
"বাবুসানাসু" নিংব কাযববগী মওংনি, অফংব গাড়ী অম তোংখৎলগা
লাকলম্বগী মত্তানি, গাড়ী ষ্টেন্দদ মতম কুইনা গাড়ী ঙাযবব ফাওব ছুটি
নুমিৎনিনা ফংখিব লৈবমদ্রে। ঙহাক গাড়ী ঙাযদুন লৈবিঙেদ, গাড়ী ষ্টেন্দকী
মনাক্ত লৈবা গীর্জা মার্যকৈ অদোমদগী টেক্সী অম তোংলগা মুতক মুবব
মীওই অমগা মতম কুইনা লৈফম থীবকলব, "দিকোস্তা" অমস্ং তেজপুবদ

উখিব অঙাংদো যাওদুনা চৎখিব হাযফেৎ উহৌই নিংশিংলকখি মতম কুযনা কাউথোকলুবব শক্তম, শোযদনা মহাক্কী অতোনবী নুপীনা নুমিদাং অমা শকখংনখিব্ মাদ্রাজী নুপা ''টমাস'' ইনসুবেনসকী মীওইদুনী অদুগা ''দিকোস্তা'' অশেংবমক মহাক্কী নুপী ''বিলাসীনিনী''। ''বাবুসানা থৌনা ফগৎলকপগুম, কোযখি খিবিঙেদ ইটানগবগী মাদ্রাজী কলনি বায়লেঙ নম্বব-মঙা, হাউস নম্বব-তবামঙাদ ''মিষ্টাব ফ্রান্সিস অমদি মিসেস ডিকেস্তা''মমিং অইবা থোঙালগী চংফমদ থেৎপা যুম অম থেংনবম্মী। ''বাবুসানা'' নুমিৎ মবী চংনা লৈকায অদুদগী ৱাবী ৱাখোং পুন্নমক লৌবম্মী, হাযখ্রিবা মীওই অনি অদুগী মবমদা। লৈকাযগী মীওই খবদগী তশেংনা খংবা ঙমলে ''মিষ্টাব ফ্রান্সিস'' চহি মঙামুক্কী মমাংদ উনখিব মাদ্রাজী নুপা ''টম এজেন্ট''নী অদুগা ''মিসেস ডিকোস্তা''না মহাক্কী অতোনবী নুপী ''বিলাসিনি''নী হাযবসে।

মিতাতিথী নুমিৎনি, অৱাং বামোন লৈকায মান্দবতা মহৌশাগী উৎসব চৎকে হাযদুন লৈকাযগী অহল অমা ওইনা থৌবাংলম্মী। নুমিৎ নিনিগী মমাংদ থোকখিব কর্ম অমদসু ঐগী মহৎ শিনদুনা যুমগী নুপীনা যাওবম্বনি। চৎলম্বদায মতমদা ঐনা হংলম্মী ঐগী নুপীদ।

''কনাগী মিতাতিথি উৎসবনো।''

নুপীনা ''খংদে খংদে, বামোন লৈকাযদ লৈবদুদ '' থৌবনিনা ''ভাবোক ওইবিদবা যাদে, কন্না বার্তোন পীবম্বনি।''

-ঐনা খমলম্মী ''ফখ্রেদ, অতোম্প লৈকাযদ যুম ইখোল লৈবগী মহৎতা, নুমিৎ খুদিংগী ইশ্বৰগী উৎসব ফংবসিসু। চেং-চাক, হৈজাং নাপীনা তাংলব মতমসিদ যুমগী শেল খবসু চাওথোকলনি।

নুপীনা কবেন্নবোয ''তোযনা উৎসবচাবসিসু পংফদি ফবোয মখা

তাম্না মযাং লোনদ "মাগনা খাযলে, হাগান হোযব একদিন"।

নুপীগী রাবীদো তাশিন্নদবগুম ঐ যাংনা মান্দবতা লাকলদুনা মীযামগা লোযনদুন কর্ম অদুগী উৎসবতো ফংনব ফমলম্মী। ইনাক্তা ফম্মিনবিব লৈকায তাদদুনা হাযবদগী খংলে চহি তকক্কী মমাংদ শার্দ্ধ তৌখিব নাগালেণ্ডদ লৈখিদ্রব "বাকুী" মিতাতিথি ওইনা উৎসবসে মহাক্কী নুপী অহলদুন মপুবোযব নাংশিংবগি পাংথোকপনি। চাক চখোম অনিমুক্তং হুকলিঙেদ বামোনগী থোঙান অদদ জীপ গাড়ী অম লেপলম্ব মীযাম পুম্বনা উখি ঙহাক লৈববগী নতুংদ পুলিস খবনা মখুৎত্তা হেণ্ডকাক থাবব মীওই অম পুথরকলগা ঐখোযন লৈবিব মাযকৈবোমদ চংলকলম্মী। মীযাম পুম্বনা ঙক্লা যেংলিঙৈ নুপী অহল শাবিবদুগী মনাক্তে চংশিলক্তুন হাযবকখি ঐ "বাবুনী"। মশম-মকোয শোংলব নুপাদু যেংলগা নুপী অহলদুনা লাউবকখি ইপুনোযবনি। উৎসব চাবমলীব মীযাম পুম্নমক মখুৎতগী চাকলুক থাদোকলমলগা কোযচেন চেম্নবা হৌবম্মী অঙাংশা অযাম্বসু অযুক নুংথিলদ "অশিব মীগী ভুট" থোবকলে হাযবনা চংবা কীবদ্মী পংকপ কপ্লবম্মী।

ঐসু থৌদোক অদুদা কীবোয খংবোয খনা যাংনা থোবক্কে খল্লিঙাযদ লাকলমলিব পুলিস অমন ভিডিঅ কেমেবা পথোবকলগা ঐঙোন্দা হংলম্মী।

পুলিস "তাদ কেমেবাসিদ ঙহাক লৈতনা উবিব মীওইসে মত্রানে?"

ঐ ঙহাক মুম্না যেংলগা "অচুম্বনি নিংশিংলকখি চহি তককমুক্কী মমাংদ নোংম মফম অসিদ শার্দ্ধগী উৎসব কর্মগী যাউবম্ব দৃশ্য মযামদো। পুলিসদ অহানব ভিডিও ফিল্ম মাদ্রাক্তা নপাদুন কাপখিবদুদ হাযপা শাদুনা হজ্জিন হজ্জিন ইশাসে যাউখিবনি কেসট অদুদ মখোযগী মবী নরুবা মীওই অমত্তুম।

-পুলিস "তাদসু থানা ফাওব ঐখোযগী মীওই অনিখক শক তাকপীনবা চৎওবা যাদে।"

পুলিসকী জীপতা তোংখৎলগা লাকলিঙৈ, মখুৎতা "হেগুকাফ থাংলিব "বাবু"না রাবী পুন্না লিবকখি, মতৌ কবন্না "বাবুসানা" ওনখিবনো, নুপী অতোনবী "বিলাসিনী"গী থৌশিনদগী লুপা লাখ মঙা লেন্না পামলুবদগী অরাব ফংখিব। মমিং ওন্নোকলগ মাদ্রাজী এজেন্ট অমগা অনৌব-সংসাব লিংদুন থীব ফংলবোয মতাগুম অবাম্পা মফম অমদ চৎত্তুনা লৈবন্ন মওংদো। মখা রাবী লৈদ্রিঙৈ থানাগী মমাংদ জীপতো লেপলম্মী। গাড়ীদগী কুমথবগা হাযফেৎ যেংলুবদ থানাগী লকআপ মনুংদ শার্দ্ধ নুমিৎতা মাকটি গাড়ী তোংলগা লাকলম্ব জিনস খোংগাউ শেৎপী বাবুগী অতোনবী নুপীদু লোযননা ভিডিও গ্রাফাব মাদ্রাজী নিপাʼদু ঐনামশক তাকলুবে। ঐবুদি নুংশিবদুনা থানাগী "ওসি" সাহেবত্তুনা থাদোবকলে, মখোয অহুমদো নাগালেণ্ডগী জেলদনি হাযনা থাখিবম্মী। নুমিৎ অদুদগী ঐসু অমুক হন্না পুন্সিদ বামোন মান্দপতা "উৎসব চাখিববোয" হাযদুন রাশকলম্মী।

# যেতুমসে করি নুমিৎ লৌথকপীগদৌনো?

নেংমাইজিং নুমিৎকী অযুক অঙনবদনি ''ডাক্তব লোকেন হোসপিটালদ ঙহাক ডিউটি চৎলমলগা মশাগী প্রাইভেট ক্লিনিক্কী চেম্বাব তাননা লাকপগী থৌবাংলম্মী। সবকাবগী থবকতা মতম চানা মথৌ কাযদনা চৎপা মীওইনী। মীওই অযাম্বনা সবকাবগী হোসপিটালদ লাযেংলম্বগী মহুৎতা শেন তিংলবসু মহাক্কী প্রাযভেট চেম্বাবদ ওযনা লাংযেলম্মী। মহাক্কী মশক মতৌ, রাঙাং-শাঙাং তাবদা থম্মোয শোল্লব অনাবা কযা লাযেংদ্রিঙৈদগী হান্ন হাযফেৎ ফগৎলম্বগী মওংনি। ''ডাক্তব লোকেন'' যান্ন শেল-থুম নংলবা ইমুং অমদগী হৌবকপনি। মযুমসু হোজাই মনুংচনবা খুঙ্গং অমদগিনী। ডাক্তব অম ওইনা সবকাবগীথবক ফংলবগী মতুংদ সহবগী ইনা-কৈবাক খুনবা নিঙোল লৌদুনা টাউন অসিদ যুমকৈ শাদুনা লৈখিবনী। মহাক্কী লোযনবী নুপীদুদি মতম পুন্নমকতা কে নৌজবী মশক মতৌ ফজবী ওইববসু বাঙাং-শঙাংদা মী খুমদবগী হৌনশা খুঙ্গংগী মবী মতাগা কযা চৎথোক চৎশিন লৈবমদে। নোংমা অযুকতা ''ডাক্তব লোকেন''গী চেম্বাবদ হকচাংসে খজিক নোঙাযতদ্দুন অমক্তং যেংথোকহল্লুগে খল্লদ্দুন লাকলম্মী। ফমলমলিব মীযামদুগী মবক্ত ঐবু উবদগি হান্ন কৌশিলকখি।

-ডাক্তব 'ইনাও বিবেন'' কবি ওযনা হকচাং নুঙাযত্রিবনো ।

-ঐনা 'তামো হকচাংসে লাযহৌ নোংম হৌকবদগী, চাব থকপা শুকযাযাদে।

ডাক্তর "অসিদা ঙহাক্তং হিস্পুসে, ঐ ফজনা অমক্তং যেংগে। ঙহাক ষ্টেস্কোপ পাযদুনা যেংলবগী মতুংদ, কবিসু থোযদোকপা অনাবা যাওদে. হৈদাক খব ইশিনগে মসি লৌবগা চাউ ফজখিনি।

-ঐনা "তামো চৎলগে, ফিস কযা থোকলগে ?

ডাক্তর "ঙহাক নোকলগা নং লুপা-পৈশা যামনা পাযরমাগ্রে, ঐঙোন্দ পীবগী মহুৎতা অঙার্গশংগী ঙমোক ওযনা লৈবগ যুমদ পুবিখো। মখা তাথবকখি ' ঐখোযগী খুঙ্গং অদগী মীওই অযাম্বগী রাবী ওযনা ঈ-পাট লৌবকখি, ঐগী থবক চিনব অসিদ নোংফাদোক চৎকে থল্লবসু চৎখব ঙমদেদো।"

ঐনা 'তামোগী থযোযসে হৌজিক ফাওব হোংলমদেকো ঐখোযদি লাযবকসে অদুম চাউখৎওবা খুঙ্গং অদুদ পুন্সিসে লেনখিব তাবমাগ্রে।

-ডাক্তর "নংশিদা। চহিগী কাং চিংবা লোযবগা হবিউখন নমিৎও জযদেব ঈশৈ শকলগা পালা চোংমিনখিব অদুগীসু মথও্যা যবি ডাবত মিঠাতেল তৈশিল্লগা ইযাম্বা ' ইবুঙোহলন লুচিংদন লাকমিনর্নখিব যাব চবোংদো। ঐ তামোগী থযোযসে ওগ্রোকনা পেনজগ্রে হৈদাক লৈবগ চাকর্গী দবকাব লৈত্রে ঐগী অনাবসে।

ডাক্তর ঙাযখো নংবু হৌজিক কবি তৌবিবগে

-ঐনা খুমখি বি এ পরীক্ষাদা অনীবক যাওকববসু মাং পাকলকতাদুনা যুমদ লৌশিং খবা শুদনা লৈবি, সবকাবগী থবক অমদং ফাউব ঐগীদমক্ত লৈবমদবগুম্বনী। '

- ডাক্তরনা নংশিববা খোম্রোকতা "হাযেংদগী নং ঐগী ক্লিনিক অসিদ থবক মতেং পাংবা লাকদবনি। নংগী অরাব মমল ওইনা নযাম্বন খুংনা

তৌগদৌরিবনি।

-ঐ নুঙাযব রাখল অমগা লোযদুনা সাইকেলদো থৌবগা মাইল তকক লাম্প ঐখোযগী খুঙ্গং তান্না লাকলম্মী। মথংগী নুমিৎতা ক্লিনিক অদুদ ষ্টাফ অম ওযনা থবক শুবা হৌবম্মী। নৌনা লাকলবসু অযাম্ব মতমদ ডাক্তব ঐঙোন্দ লৈকায অমত্তদ পীক্লীঙৈদগী হৌমিন্নবকপনিনা চেকশিনব থবক কযা শিনবম্মী। ঐগী মত্তং মতৌদো উবদা হান্নদগী যাওবম্ব কাংলুপ খবনদি তশেংনা মচিন থোকত্রবসু কল্লকলম্মী। মতম খবনি ইকোয-কোযদনা ডাক্তবগী যান্না থাজবা মীওই হাযবদুমক থোকলে, অদুগা মেমসাহেব ইতৈমাদুদি ঐঙোন্দ কৌ-ঙাংবা কযা তৌবমদে, মতম পুন্নমক্তা লৌরায-খুঙ্গংগী মীওইশিংসে মীথান্নদবগুম্বনি। মহাক্না ডাক্তবদ লাযেংব লাকপা মীওই লৌরাযগী অপংবা কাংলুপ মশিং যামখৎপ অসিতনি পামজব, তশেংনদি ক্লিনীক অদুদগী মেদিসিন য়ান্না লৌখিব, লাযেংশেন হেন্ন পীবম্ব মশাগী কান্নবদ পামজবী মতাগুম্বনি। ঐসু ডাক্তবগা ইতৈমাগী যুম পানমন্নবিব রাখল্লোন থব খংবা ঙমলম্মী, তামো ডাক্তবগ অয়াম্ব মতম নক্ল লৈমিন্নবদগি।

নোংম অয়ুক অঙনবদ ঐ ক্লিনিক অদুগী অযাম্ব ষ্টাফ লাকত্রিঙৈদ লাকলম্মী। থোং-খিবিকি হাংদোকলিঙৈদ টেলিফোন অম লাকলম্মী, ক্রিং ক্রিং অহুমরক। মীওইকনা লৈতব অদুদা ফোন পাযকবে।

-হেল্লো হেল্লো, ডাক্তব লৈত্রা ?

-ঐনা "ডাক্তব নচ্চদে, ঐ ষ্টাফনি। কনা ওযবিবি ? এস. ডি. এম. ও. নি।

-ডাক্তব অমুক্তং পাযহনবিবকউ, অযাংবা থৌদোক অম থোকলে হোসপিটালদ।

-ঐনা "সার, ফোনসে হোল ঙহাকক্তং তৌবিব তাবে, য়াংনা ডাক্তব সাব কৌজবক্কে।

ঐনা চেনদুনা, তামো ডাক্তব মপান্দগী কৌজরম্মী থেৎলিব কলিং বেল খিংলগ। তামো ডাক্তবগী ইতৈমা মখুৎতা টুথ ব্রাস পাযদুন, তুমহেক হৌগৎলকপগী মত্তানি ঐঙোন্দ যান্না ইকাযপিবগী মওংদ হাযবকই "নখোযগী লৈব্রায খুঙ্গংগী মীওইশিংসে ওগ্লোকনা মতম খংখিদ্রে।" ঐ ইতোমতা ইকাযমনদুন ৱাফম কবিমত্তা হাযবমদবমখৈ থোবকলম্মী। ক্লিনিকতা লাকলগা যেংলুবদ টেলিফোনদসু লাইন ককথৎলম্মে। মতম অদু ঐগী থম্মোযসে যাম্মা নুঙাযবমদে, ঙসিমক মীগি মখা পোনবা থবক তৌব্বে খল্লম্মী, ইতৈমাগী হন্নবা ৱাঙাংশিংদো তাকবদগী। ঙহাক্কী মতুংদ ডাক্তব থোবকলম্মী, ক্লিনিকতা নুমিৎ খুদিংগী হোসপিটাল ডিউটি চৎত্রিঙৈদ ঙহাক ফমলমলগা মতম কাযদনা ওফিস কাখিব হৈনবিনী।

- ডাক্তব "ইনাও বিবেন, নহাক ক্কাটাবদ লাকলম্ব মাল্লে ?

-ঐনা খুমখি "তামোগী এস ডি এম ও সাবনি হায, যাংনা তামো ডাক্তববু হোসপিটালদ লাকতবা যাদে হাযবদুদ, কৌজবা লাকচবনি।

-ডাক্তব "ঐসু লায খুবম্বা তঞ্জা থোকলুবদগি হাযফেৎ নতৈমগা নঙ ৱাবী শান্নখিব তাহৌবি।

-ঐনা "তামো ডাক্তব, ঙসিদগী থবক থাদোকলগে হাযদুন খল্লমলিবনি, মমল যামলব তামো যাংনা লাকত্তব যাদে হোসপিটালদা অদুগী পাউদমসিমক্তং তমলমগে হাযদুন ঙাযবমলিবনি।"

-ডক্তব "নংসু, সহব-খুঙ্গংগী চাযেংদ যাওবব্রা ? মখা তাবকখি লাকউ, কান্নদব ৱাখল্লোনদ মতম মাংহনগনু, "হোয অঙাওবন চিকলমলগা

অমুক্কা খিদুনা হুই অঙাউবসু ফাবগা চিকহনগদবা হনজিন্না?

তামো ডাক্তবগা লোযনদুন ঙহাক খুন্নববগি মতুংদা হোসপিটালদ মখোযগী মাকটি কাবদ তোংখৎলদুন চৎলম্মী। হোসপিটালগী থোঙালদ ঐখোয চংলম্বা যাদ্রে তঙ্গাদো. মাইকৈপুম্বা মী মযান্না লাউ-খোংদুন লৈবম্রে "শিম্ভিবা মীওই অদুগী থরায হাম্পীযু, গোবেক ওল ডাক্তবস", মখুৎতা নুং, লাঠি পাযদুনা মীযামগী কল্লবা খোল্লাউ মবক্তা পাঙ্গল যাউদ্রবা থানাগী পুলিস কাংলুপ খবা লৈবমলবসু উবকই। খংবা-ঙমলে, কন্না লাযকন্নব মীওই অম মতম চানা লাযেংব পীহৌদবগী মীযান্না পেন্নদবগী ষ্ট্রাইক অসে তৌবমলিবনি। মতাংদু ডাক্তব অমগী লেমজনিঙায লৈববোয খনবদ্গী, তামো ডাক্তব মাযখীবব লাম্মী অমগুম হল্লকখি। ঐসু থম্মোয শোকনা রাবৌখি. তামো ডাক্তবগী ইতৈমনা ঐবু লান্ন লৌবমদব থোকলবদি অযুক্কী মতম অদদ ঙহাক্তং ওযববসু তামো ডাক্তবগী লাযেং ফংলমলবদি শিম্ভিব যুম্বুগী মীওই শিংদুনা থম্মোযদা পেনজগদবা। নুমিদাং রাখল নুঙাযতব ওযদুনা ঐঙোন্দা হুইসকি হাফ বটল অম লৌহলম্মী, নিংব কাযবব লমখাংগী লেভেল পামলুবব সহবগী-নুপী হাযটেক লিভিংদ খল্লুবদ্গী মহাক্কী যুম্বাল-পুন্সিদ "নোং হৌবকলগ চুখিদবগুম" অরাব কযা লিবম্মী। পেক অনি-অহুম থক্লা থক্লা মহাক্লা লাইবিক লাযগু তমলিঙৈদ ফংনখিব অরাব শেল-থুমগী মতাং, অদুগী মথক্তা মহাকপু মীঅমা ওইনবা সেম্বদা মনাও অমদি লুপ্তাবী মমাখোযনা কযা রানা লেনখিব মপ্নসি। ঙসিদি মযামনা শিংথানিঙায ওইববা সমাজকী মীওই মতিক চাবব ওইববসু তুমিন তুমিন শেনথুম খুঙ্গংগী লাযবব মনাও নিপাদা মতেং পাংলবসু খক ফোংনা "মতৈমগী" অযাবা যাওদনা পীখিব ঙমদে। ফুবা-দালান মার্বল কার্পেট, মেটেবেস গী

মথক্তা হিপলবসু রাখল লৈত্তব লৈবমদে তামো ডাক্তরগী পীক্লীঙেগী মপুন্সি হৌবকপগী মতাং খল্লুব মীকুপতো।

লায়বক থিব হাযগড্রা থোকখিব থৌদোক "হোসপিটালদ মমাংগী ষ্ট্রাইক, পুলিসকী লাঠি চার্জন চিংব" খববচে, টিভি নিউজ চেনেল কযান ফত্তব মওংদ "ডাক্তবশিংন" প্রাযভেট ক্লিনিকতগী হেম্না সবকাবী হোসপিটালদ অনাব মীওই কযাবু লাযেংবদা থৌশাবিদে হায়বন চিংব শন্দোকলম্মী। মতম ইকুয কুযদন ঐখোযগী সিভিল হোসপিটালদ থবক তৌবব ডাক্তব পুন্নমক অবাপা মফম কযাদ সবকাব মাযকৈদগী ট্রেন্সফাব থাখিবম্মী মযামদুগী মবক্তা তামো ডাক্তব লোকেনসু পানিসমেন্ট ওযনা কার্বি আংলং চীংনুংগী চাউখৎতব হোসপিটাল অমদ থবকী পোষ্টিং ওয়বম্মী। অহানবদদি তামোদো সবকাবগী থবক থাদোকলনী হাযদুনা থৌবাংলম্মী, মশাগী প্রাযভেট ক্লিনিক্তা থৌবুব ওয়দুন মপুন্সি লেনখ্রনি খল্লম্বনি, ঐনা কম্না তকশিনবদগী মতম কুযববগি মতুংদ চীংনুংগী হোসপিটাল অদুদ জযন তৌবম্মী। মহাক্কী ক্লিনিক অদুসু "রাখোক ওযববনিন নোংম নোংমগী অনাব লাকপগী মশিং হল্লবম্মী। পোলোযদদি ক্লিনিক্কী ষ্টাফ শুবিব মীওইশিং কযাগী চাংনাযনা থাগী অরাব শেন-ফম পীবদা রানা থোক্লম্মী। অযাম্ব মীওই কযাসু থবক থাদোকলগ চৎখিবম্মী। তামো ডাক্তব রাখল নুঙায়ত্তব নোংমগী হেক্সনলকতুনা মমাযদ মাহিং মচেৎ মচেৎ কাখিবম্মী। অরাব শংদাযনবত্তম যু-থকপা নোংমগী কায়দনা হৈনবী ওযবম্মী, ঐগী থবকসু তামোগী যু রাংত্তনা থৌরাংলম্ব তাখি। অযাংব মতমদ ইতৈমদো পীকলীব অঙাং অনিদো পোবগ, গৌহাটি মযুমদ চৎখিবম্মী। ঐসু তামোগী-যুম্বালদো উবদ থম্মোয কায়খিবত্তম হায়বম্মী।

ঐনা ''তামো, নুংশীবব ইচা অঙাং অনিদো যেংদুনা ইতৈমগী মবাল লৈরবসু ঙাকপীফম অমত্তুং থোকপ্রা ?

-তামোন শাওনা খুন্নকখি ''ইনাও বিরেন, মহাক্কী মীৎযেং মান্নদবা শাজৎ অদুদগী ঙসি পোকনফম খুঙ্গংগী ইনাও, মবীপুন্না কাযনাব্রিবনি।''

ঐনা অমুক্ক 'অশাওব হাযবসে অমাংবনি. মপা-মমা অনি লৈনা লৈনা অঙাং অনিদুন কবিসু খংদবমখে অৱাৎপা পোৎশক অম শোয়দনা লৈবগনি।''

-তামো ডাক্তব ''নতৈমনা মশানা লাক্লে খংলব্ মতমদুদা মদোম হল্লকচগনি. অঙাংশিংসু মমাগী শাজৎ-লিচৎ খৱদি খংহৌসনু।

অনৌব থবক মফদনি তামো ডাক্তরদো. ঐসু তামোগী অৱাব মতাংদো থাদোকলম্ব ঙমদদুনা, মহাক্কা লৈমিন্নখি। চীংগী হোসপিটাল ওইবনৱ, লোংমদ অনাব লাযেংলাকপা মীশিং শুপ্নগি মবি/মঙাখক শুবম্মী। লাযেংব লাকপ চীংমী অযাম্বন মাখোযগী মযুমদ শেন্বা যু 'চুল্লায'' লিকলি অমমম লোযননা যেনশ, ওকশা নত্রগা কবিশুম্ব মতমদা শজি অজাযবা পুদুনা ''ডাক্তবগী তমক্ত্রনি'' হাযদুন লাক্রম্মী। অঙকপনি হোসপিটাল অদুদ শুবিব নার্স, ষ্টাফ নচিংব অমফাওব চাং-নাযন থবক কাবকতে। থাগী তলপ থোকপ নুমিৎতুদদি কৈথেল মচা অম তিনবশুম কান্নবকর্নখি ষ্টাফপুন্না। মহৌশা চৎনবি অমশুন্না তামোনা ঙাংলবসু মখোযন তাশিন্নখিদে। মখোযগী মহুৎ শিনদুন ঐবু হান্নদগী ক্লিনিক শুকবগী এক্সপেবিযেন্স খবদুগা তামোন শুই থিনবা, হৈদাক পিথোক পিশিন তৌহল্লম্মী। মী-অযাম্বনদি সবকাবগী থবক তৌদ্রবসু ঐঙোন্দা ''ডাক্তর মচা'' হাযনসু কৌবম্মী। তামো ডাক্তবদি মহাক্কী ৱাখলসে ইতৈমা অমসুং মচাশিং কাযনবগী মৈচাকতো ঙাংথোকত্রবসু, ঐ পুন্নমক খংব ঙমলম্মী।

চীংগী মফমনিনা ইলেকট্রিক মৈ, চৎথোক চৎশিন খুদোং কযা চাবমদে অদুগীসুমথক্তা থোং অমত্তা মওং চাদে। তামোনা খব হৈনজব অরাব তাযননিঙাায ওইববা হুসকি, ব্রাণ্ডি মফম অদুদ শেল লৈববসু থিব ফংলমদে, মহুৎ ওইনা চীংমীগি চেংখি মচু মাল্লব ''চুল্লায''ন শিল্লমী। নুমিদাং খুদিংগী যামদ্রবদ লিকলি অহুম ঐখোয অনিগী চাং-চপচাবা হাযবদুমক ওযবম্মী। কবিগুহ্ন মতমদ তামোগী মপান ভিজিত্তা লাযেংবা শেলগী মহুৎত্তা লিকলি মবি / মঙা ঐনা লৌবম্মী।

নুমিৎতো সন্ধ্যা যাচংবগী মতমনি, ঐখোযসু নুঙাযনা ওকশা থোংবা খবগা ''চুল্লায'' লিকলি অনিমুক থকলম্মী তামো ডাক্তবগী লৈফম বাংলা অদুদ, মপানলোমদগী মীওই খবনা কৌবকপা তাবম্মী। থোবকলগা যেংলুবদ, চীংমী খবনা শগোল অমগী মথক্তা হাপলগা মেলেবিযা নাবব মীওই অমা পুবকলম্বা উবম্মী।

-মীওইশিংদুনা ''অমুক্তং অনাবসে যেংবিযু ''ডাক্তব সাব।''

-ঐনা ''ডাক্তবদি ইমুংদা লৈ, কৌথোক চবক্কে অমুক্তং, মযাম ঙহাক্ত ফস্বীসি ফিদা অসিদা।''

-তামো ডাক্তব ইমুংদগী থোবকলগা ''কদমদনো অনাব মীওইদু, হিপলিব অনাবা মীওইদো লাযেংলম্মী।''

-তামোন হাযবকই ঐঙোন্দ কুযনিযান ইনজেকসন অমক্তং কাম্পীখো অনাবা অসিদ, হাযবল্লগা চংল্লে।''

ঐ যু খজিকত্তং হেনখিবগুম, সিবিজ্ঞ অম লৌথক লগা .- ইশিং মচা অমা থুগাযদুনা ''কুযনিযান'' হৈদাক·বটল মচা অমদ মিক্স তৌহনলম্মী। থাম্ববা মখুম ফাওননবা কুন সাইউ শুই মচিন অম সিবিন্স অদুদ পাল্লদুন

মিক্সিং ওইবব হৈদাকতো চিংথোকলম্মী. ঙহাক লৈববগী মতুংদ অনাব মীওইদু মনাক্ত চংশিল্লম্মী।

-ঐনা অনাবা মীওই অদুদা ''যেৎ থংবা পাম্বমদো অমুক্তং পীবকও, সিবিন্সতা যাওবিব হৈদাকপুম্ব কাপশিল্লম্মী।

-অনাবা মীওই ''ঐ শিবে ঐ শিবে, ডাক্তব মচা অমুক্তং শুইদো শৎতোকপীবে, মখোযগী চীংমী মবোলদ লাউকগ কপলম্মী।'' লোযনবকলিব মীওইশিংদুন অনাবা মীওই অদুদা চৈহৎপীবম্মী ''অনাব যাংনা ফনিংলবদি খব অৱাব খাংব তারেদনা।''

ইমুংলমদগিসু তামো ডাক্তবন মথক্তা, খবা যাংনা থাদোকখবো। হাযখিবম্মী। ঐসু খবা যাংশিনদুন সিবিন্সতো শৎতোকলগা অনাব মীওইদু মফম অদুদগী থাদোকলম্মী। মবক্তা তাঞ্জা চাদনা লাকপদগী নুঙাযনা যু থকমিনবিঙেদ অযেৎপা পীবম্বদো পেনমনদুনা নুমিদাং চুম্প লিকলি তকক মুক থকলম্মী ঐখোয অনি।

মতম খবনিগী মতুংদ, নোংমা অযুক অঙনবদ ফোং ফোং শাবা যু লিকলি মবিগা ওকশা কিলো অনিমুক্কা ঐখোযনা লৈবিবা মফম অদুদা লাকলম্মী হান্না লাযেংখিব মেলেবীযা অনাবা মীওইদু। মশাদ খুদৈ অমা ইনশনলগা।

-ঐনা ''কমদৌবে নংগী অনাবদু''

-মীওইদুনা ''যাংনা অনাবা ফহনবগী দমক্তা যুমদা অবোযব ওক মচাদো হাৎতোকলগা ''ডাক্তব সাহেব'' পীজকগে খনদুনা লাকচবিবসিনি, অদুগা ঐগী নুপীনা থোংবা অশেংব চীংগী চেংদগী শেম্ব যু লিকলি মবিশিসু পুজবকলিবনি।''

-ঐনা হবাউজদুন খুমখী ''মতা চাস্ত্রেদ, হোরেন নুমিদাংগী খনবদ মাথা শারমলিব।'' পোৎচৈশিংদো পায়দুনা চংলম্মী ইমুংলোমদ।

মীওইদুনা ''ইনলিব খুঁদেদো হায়দোকলদুন, অসিদ যাল্লিব যেতুমসে কবি নুমিৎ লৌথকপীগদৌনো?

ঐ মখা কবিসু হায়দমখে ইকাযরপ তৌদুন, শুই মচিনদো লৌথকখিবশ্নী, নিংশিংলকখি যু হাযফেৎ ঙাউখিবদগী শা-ষণদা থিনজিনব যাবা য়েতুম মচিনদো শিলহৌদবনি, কোযনিযান ইনজেকসন কাপখিব নুমিৎ অদুগী মতংদ।



# নংগী লাইথিবী

ইমা মেথোক্লবদা মথং মথং চাকলওনা মখোয়গা যংনাবা যুম অদু মৈ রাহবা হৌবক্লে অমুবা ফিজোল শেংপা খুৎলাই পাযবা মীওই তবামবি মঙানা থংনব যুমদা মৈ থাবিবদু উবকপগা মযুম তম্না চেল্লকতুনা হীশ শিনা হিপ্রবা মচাবু পমলগা শোঙলবা নাবক তম্না চেল্লকাখ।

'চেচে! চেচে! সে, নংগী লাইথিবী লৌহৌবো। নঙনা মাবু হান্দাক্লম্লবাদ মা কাপ্লযে। পুখোসে।

'মা লেহৌববস্ চেচেনি খম্না নঙগা শান্নমিন্নৌ।' নওেনে চেচে। পুখোসে। কালেন ছাটি লোযদুনা হোষ্টেলদা হনগদগী থোবক্লবা মচে। ডালিব কৌ কৌদুনা মখুওা লাইফাদবী পাযদুনা জোননা লমজাও তম্না চল্লকই। কাউভুমদ্রবা অযকান; মচিন মৌপ্পা চনা চামিন্নবা লোযবগা মৌপ্পা এপীশক অদু কোনশিল্লগা

জোনা নংগী কবি লৈবকডগে

এগী কুব কুবি পকেট অনী লোবনকউ।

অদম্না মচিন মৌপ্পা রানি শাবডে মমা ইবেম্মা উইলিন

ইবেম্মা জেনী। নাফ নবেল শেৎচল্লো। গাড়ী মতম যৌবক্লে। ডাব কৌন্দিংদগী দিফু গাড়ী নোংমদা অমওনি। কাবিগুম্বা গাড়ীদু মতমচানা ফাবা ঙমহৌদ্রবাদ নোংমা পনবা তাবানি। স্কুল বেগ মচানা চাকনবা মখোয

খুন্নাযগী ট্রেদিসোনেল ওইনা শীজিন্নবা বোসতেদ শাজি অযাইবা, কাবোং চেম্পাক, চীংগী লফোইনচিংবা বেগ অচৌবা অমদা হার্পাচিল্লগা মপা পিতাবনা লমজাও তন্না থোকখি। থোক্লমদাইদা যীশুগী মফমদা মচাগী যাইফ মঙ্গল থৌনিজখি। মপাগী মতুং ইন্না মমা উইলিনা চহী অহুমতা শুবিবা মচা জোনবু পমলগা মচে জেলিগা লোযননা থোবকলম্মী। মচাবু যেংলগা মমানা হাযবকই

মমাগী জোন। মমানে চেচে থিল্লুখিগে। নং বাবাগা লৈবম্মু। ইচাদি মবম ওকউ। হযেং মমানা মচাগী ঙমোক মযাম অমা পুবক্কনি। সে সে পৈশাসে পাযক। হোবেন বাবাগা মোবতোন লৈবগা চাউ।

হর্নগা লোযননা গাড়ী মখোল লমজং মনাক ওইনা লেপ্লে। পিটাবনা গাড়ীগী দেকীদা বেগ অদু হাপলম্মী। মচা জোনবু পিটাবদা শিন্নবমলগা মমা বিদায পীবল্লগা দিফু খোংচত্তা যাওখি।

বিধিগী নোংদম কনা খংনি। মপা মচা যুম তন্না চঙলকখি। মচাবু পোবীবগা মাগী নুঙাইতবা মতৌদু ফননবা ইচা জোনগীদি চেচেনা হযেং লাকপদা শামু অচৌবা লৈবিবক্কনি। শগোলসু পুবক্কনি। মমানা মচাগী চানবা অথুম অহাউ মযাম পুবক্কনি।

অসুন্না মচাবু পোশিবগা নাউশুম ঈশৈ শক্লুনা মচাবু ফমুংদা শুমলম্মী। পিটাবনা বিড়ি অমা চমলগা ইথোল মনাক্কী পাম যাল্লম্মী। মীকুপ অমা পোথাগে খন্না উখোং অমগী মখাদা ফমদবতা ঙাযবি নৈকাইদগী লাওবকপা খোঞ্জেল অমা তাখি-

ঐখোয অমুক্তা কনবিযু। ঐখোযবু কনবিযু। হন্না যেংথোক্লুবদা মথং মথং চাকলক্লুনা মখোযগী থংনাবিবা যুম অদু মৈ রাইবা হৌবক্লে। অমুবা

ফিজোল শেৎপা খুৎলাই পাযবা মীওই তবামবি মঙানা থংনবা য়ুমদা মৈ থারিবদু উবকপগা মযুম তন্না চেল্লকতুনা ইশি শিনা হিপ্পিবা মচাবু পমলগা শোঙলবা নাবক তন্না চেল্লকখি।

নুংথিল পুং মবী তাবদা মচাগা লোযননা মযুমদা হল্লকপদা য়ুম অদু চাকথেকখ্রবা উবা হুমদাংগী মুশুক মুশুক মুনা লেপ্পুনা লৈবম্মী। লাপ্পা তাদুনা লৈবম্মী মচানা শান্নবগ্বা লাইথিবি অদু। খুঙ্গংদুদা মী অমত্তা লৈবমদ্রে। মং ওইববা ফিভমদ্দা অকি তুজুংননা মীকুপ অমা পন্থবা লৈতনা নাবক্কী খোংলম যেং যেংনা জিবি কিদিং তন্না লাকলম্মী। মহৌশা খোজেল ফংবা অমনা লাওবকপা তাখি।

পিটাব অদোমদা নত্তে চৎকদবা। প্রিসেকর্তনি চৎনখিবা। ডিফু চৎপা গাড়ী অদু মৈ থাদোকলম্মে হাযনা মযাম চৎনখি। শ্বাই লাউই। মচা নুপী জেলিবু নিংশিংলকই। মমা উইলিনা কদাযদা। মমিৎ তন্দন পাইখিবা খঙহৌদে। পবপ পবপ প্রিসেকতন্না লাকখি। লাপ্পা উবকই ফিঙৌ কুপতুনা লৈবগ্বা দৃর্শ্যদু। চংশিন্দুনা অমমতা হাযদোক্লা যেংলুই। কাথেকলবা মচাগী মাযথোংদু লাকশিনবা ঙমদনা লৈবম্মী। অদুবু মপানি কবিদি খংলোয। হীপতুনা লৈবিবসে মচা জেলিনি। আ। নং লাকপা ঙাইনা লৈহৌবি নংগী লাইথিবিনা।





| | |
|---|---|
| Name | . Nongthombam Binod Bihari |
| Birth | 24th March, 1964 |
| Father's Name | Nongthombam Lal Bihari |
| Mother's Name | Keisam Ningol Patome Devi |
| Address | Shivbari Road, Hojai(Assam) |
| Qualification | B Sc Forestry |
| Designation | Range Forest Officer,<br>Forest Department, Assam |

Contribution in the field of Literature

(i) Short Story Reader (Manipuri Short Story Society, India)

(ii) Publisher of Nongthombam Publication, Hojai, Assam

(iii) Contributed Short Stories to Different Journal & Souvenier

Associated Organisation

(i) Donor Mamber, Manipuri Sahitya Parishad, Assam

(ii) C E C Member, Manipuri Sahitya Parishad, Assam

(iii) Joint Secretary, Manipuri Sahitya Parishad, Assam (Nagaon District Committee)

(iv) Vice President, Manipuri Cultural Society, Assam